# মৈতৈ ইপানাং ইপুনাং

## অহানবা পন্দুপ






অইবা :

শ্রীকৈশাম বিরচান্দ সিংহ, মহারাবি

অইবা অমসুং অকোংবা : কৈশাম বিরচান্দ সিংহ, মহারাবি

পুথোকপাঃ তাং ১৪/১২/৯৫ পোইন্নুগী ২২ নি পানবা, শগোলশেন

অহানবা নম্বা মশিং : ১০০০

কোভর য়েকপা : আইচঃ ইবোমচা
কোভর ব্লোক শাবা : ইমেজ গ্রাফিক

লাইরিক ফংফমশিং :

১। জগৎমাতা বুক ষ্টোর, পোলো গ্রাউণ্ড

২। মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

মমল লুপাঃ ২৫/-



নম্ফম :— Manorama Printing Press, Uripok
Imphal—795001

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরদা লৈরিবা মৈতৈ জাতী ঐখোয়গী মহৈশাদগী হৌজিক ফাওবদা চৎনরকখিবা লমচৎ-শাজৎ, লাইনিং-লাইশোন্নচিংবগী মরমদা ইপানাৎ ইপুনাৎ কদায়নো ?

হায়রিবা ৱাফম অসিগী মরমদা মপা-মমা অমতগী মচা—মচিন-মনাও অহুম্না য়েংনহুনা ঙাংনবগী ৱাফমদা ইবা লাইরিক্নি।

ময়াম্বা অহল চাওবা, মথং য়াইমা, অতোনবা তোলেন,—অহুম অসিনা ইপানাৎ ইপুনাৎকী মরমদা য়েংনহুনা ঙাংনরিবসিবু পাবিরগা করম্বনা চুম্বগে হায়বহু পাবিরিবগী পুক্নিংদা খন্থহুনা য়েংবীয়ু।

মচিন-মনাও অহুমনা ঙাংনরিবা ৱাফমসি হৌজিক হৌজিক মণিপুরদা গৌরধর্ম্ম চৎপা মৈতৈগা, সনামহি লাইনিং চৎপা মৈতৈগা—কাংলুপ অনিনা ঙাংনরিবা-য়েংনরিবা ৱাফমহুমক্নি। মসিবু পাবিব্রিবশিংনা করম্বনা চুম্বগে হায়বহু মাগী মাগী পুক্নিংনা খল্লগা লেপ্লিরো।

**সত্ত-পুন্নমক অইবগীনি**

**অইবা: শ্রীকৈশাম বিরচান্দ সিংহ, মহারাবি**

## লাইরিক অসি ইবদা মতেঙ লৌখিবা। লাইরিকশিং

| | লাইরিক মমিং | | অইবা |
|---|---|---|---|
| ১। | শ্রীমদ্ভাগবত গীতা | — | শ্রীব্যাস গুরুদেব |
| ২। | শ্রীসাত কান্দ রামায়ন | — | শ্রীকৃত্তিবাস পণ্ডিত |
| ৩। | শ্রীমদ্ভাগবত | — | শ্রীব্যাস গুরুদেব |
| ৪। | শ্রীগোপাল সহস্রনাম | — | শ্রীব্যাস গুরুদেব |
| ৫। | শ্রীপ্রভাস খন্দ | — | শ্রীব্যাস গুরুদেব |
| ৬। | সরল বাঙ্গলা অভিধান | — | শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্র |

লাইরিক অসি ফোংনবা হোৎনবদা শৌগৎপিবা

১। শ্রীযুক্ত অরিবম গৌরকৃষ্ণ শর্ম্মা
থাংমৈবন্দ লৌরুং পুরেন লৈকাই।

২। উত্তর মণিপুর 'প্রগতিশীল' ব্রহ্মসভা সেক্রেটরি
এস: গৌরমনি শর্ম্মা, খোংহামপাৎ
ভদ্রলোক ২ গী মফমদা ইকায় খুম্নজরি।

# হিরম লামাই

# মৈতৈ ইপানাং ইপুনাং

## ১বা

চাওবা—তোলেন, ঙসিদি ইয়াম্নগা নংগা ৱারি খর শানসি।

তোলেন—করি ৱারিনো? তাচৌ।

চাওবা—অতৈ ৱারি নত্তে তোলেন, মৈতৈ ঐখোয়গী ইপানাং ইপুনাং ঙাক্ল চৎলসি। মীগী মতৌ তম্বা তোক্লসি, মীগী মমাদা ইমা কৌবা তোক্লসি, ইমাদা ইমা কৌরসি হায়বনি তোলেন।

তোলেন—তাচৌনা হৌজিক হায়বিববু ইপানাং ইপুনাং ঙাক্ল চৎলসি, মীগী মতৌ তম্বা তোক্লসি, মীগী মমাদা ইমা কৌবা তোক্লসি, ইমাদা ইমা কৌরসি। অসিনিনে হায়বিখিবা অদো?

চাওবা-হোয়নে অহুনিনে; হৌজিক তুমহুনা লৈবা মতম নত্তরে মিকপ থোকলো তোলেন।

তোলেন—তাচৌনা হায়বিরিবসিবু তাচৌদি তুম্বমু নত্তনা তাইবংদা মঙ মঙবিরেনা।

চাওবা—করি হায়বা তোলেন, তুম্বনা নংনা তুম্নগা ঐবু মঙ মঙই হায়বা। মহুগী চপ চাবা খুদম পীয়ু।

তোলেন—তাচৌ, মহুগী খুদম য়াম্না লৈ; খুদম খরদং হায়জগে তাবিয়ু। তাইবংপানবদা মতম মতমগী চৎনরকখিবা অহোংবা কয়া লাকখি। মীওইবা ঐখোয়গী লমচৎ-শাজৎ থবক থৌরম লাইনিং লাই-শোন্নচিংবা হিরম খুদিংমক্তা তত্তনা অওনবা অহোংবা অসি মহৌশাদগী হৌজিক ফাওবদা লেপ্পা লৈতনা হোংলকৃলিবা অসি ঐখোয়না উরি অমম্নুং থংলি। অম্নুম্না উনা-উনা থংনা-

খংনা অচুম্বা অদু লৌশিনবা ঙমদনা তাচৌগী ৱাখল্লান অদুদি তাইবংদা মঙ মঙবা নত্তরদো ?

চাওবা—তোলেন নংনা উৱিবা খংলিবা অদু মীয়ানচাগী মখোংদা চংজবা অদুনা মফরে অসি নত্তরা ?

তোলেন—তাচৌ, তাচৌনা উৱিবা অদুদি য়াম্না খুনা য়াম্না পিক্না উবিরে। হায়বদি মণিপুর মৈতৈ মচা খর খজিক্কুগী ওইনা উবিরে. মীওইবজাতি কাংলুপ কয়া লৈরিবসি কনান করি তৌরিং ধর্ম্ম মখল মখল লৈরিবা অসি করম্বা মতমদা করম্বা ধর্ম্ম থোকলকখি হায়বা পাকশন্না য়েংদ্রে অদুনা মীওইনা চৎপদা কান্নবা অদু করি ধর্ম্মনো হায়বা খংবিদ্রে।

চাওবা—ঙাইখো তোলেন জাতি খুদিংমক মাগী মাগী মপানাং-মপুনাং ঙাক্ল চৎনরি। য়েংউ হাওনা হাওগী, পাঙল্না পাঙলগী, খৃষ্টাননা খৃষ্টানগী, মাগী মাগী চৎনবী অদু কায়দনা লাইনিং লাইশোন তৌনরি। মৈতৈ ঐখোয়না ময়াং মতৌ তম্লি মসিবু তৌরুসি হায়বনি।

তোলেন—করিনো তাচৌ, হায়বিরিবা অসিবু ঐন্থু মৈতৈ ঐখোয়গী চৎনবী ধর্ম্ম কায়দনা চৎচরিনা।

চাওবা—মদু হায়গন্থু তোলেন গৌরধর্ম্ম চৎপনি হায়রিবা নখোয়গী লমচৎ ধর্ম্ম অসিদি য়াম্না লাল্লি। শাওদি শাওগনু ইয়াম্বা ৱা হায়গে।

তোলেন - হায়বিয়ু তাচৌ করি অমতা শাওজরোই।

চাওবা—ইয়াম্বসু গৌরধর্ম্মগী লাইৱিক হায়বা ওইরম্মীদনা।

তোলেন - হোয় ওইরম্মী তাচৌ।

চাওবা—তোলেন মদুদা ইয়াম্বনা শ্রীমদ্ভগবত গীতাগী শ্লোক থেংনরুবদগী ঐখোয় মৈতৈনা ময়াংগী মতৌ তমদুনা মীতোপকী ধর্ম্ম

তাংলুবা অসি য়াম্না লাল্লি হায়বা অদু খংলকপদগী ময়াংগী মতৌ তম্বা তোকলিবা অসিনি। অদুনা কাম্নদে ইবুংঙো খংব্রিবৈঙে খংদ্রগস্তু হৌজিক গীতাগী রা খংলবনিনা মীগী ধর্ম্ম তাংবা অসি তোক্লসি হায়বনি।

তোলেন—তাচৌ, তাচৌনা হায়রিবা গীতাগী শ্লোক অদু কয়াস্তুবা অধ্যায়দা শ্লোকনা কয়াস্তুবনো ? অর্থগা লোয়নননা মচা খায়না অমুক্তা হায়বিসি।

চাওবা—তাক্কে তাক্কে, নং ভাব তাননবা ইয়াম্বনা ফজনা তাকপিগে। শ্রীমদ্ভগবত গীতাগী ১৮শুবা অধ্যায়গী ৪৭ শুবা শ্লোকতা অমা, ৪৮শুবা শ্লোকতা অমা শ্লোক অনি অসিগী অর্থ ফজনা হেক খংবদা নহাক ভাব তাগনি। ৪৭ শুবা শ্লোকতা অস্তুম্না হায়রি—

শ্রেয়ান্ স্বধর্ম্মো বিগুণঃ পরধর্ম্মাৎ স্বনুষ্ঠিতাৎ।
স্বভাবনিয়তং কর্ম্ম কুর্ব্বান্না প্লোতি কিল্বিষম্ ।। ৪৭ ।।

অর্থ=ইশাগী ধর্ম্ম অসি দোষ খর পক্লবস্তু নিংথিনা পাংথোক্লবা অতোপ্পগী ধর্ম্মদগীদি ফবা হেল্লি। মহৌশাদগী তৌরকপা মশা মশাগী কর্ম্ম তৌবদা মীওইবগী মশাদা পাপ চঙদে ।।৪৭।।

শ্লোক অসিগী রান্থোক অসি নংনা ভাব তাবা ঙম্নবা খর শন্দোক্লা হায়গে মুম্না তাওঃ— তাইবং মীওইবশিংগী মশা মশাগী ধর্ম্ম অসি অতোনবা ফত্তবা ওইতুনস্তু অতোপ্পগী ধর্ম্ম অফবা অদুদগীদি ফবা হেল্লি। মরম অসিনা মীওইবনা মহৌশাদগী চৎনরকপা মপা মপুগী ধর্ম্ম অদু চৎপদা ফত্তবা ওইরবস্তু মশাদা পাপ চংদে পাপ পুদে হায়বনি। অদুনা ইবুংঙো তোলেন, শ্রীকৃষ্ণমক্না হায়বা গীতাগী রাসি হিকতোক্কস্তু।

তোলেন—হোয় তাচৌ, শ্রীকৃষ্ণমক্না হায়বা গীতাগী রা হিকতোকচরোই, হিকস্তু হিকতোকচদরী। ৪৮ গী শ্লোক অদুগা হান্না অমুক্তা হায়বিখো।

চাওবা—হায়গে তারো, ৪৮ শুবা শ্লোকতা অমুম্না হায়রি—

সহজং কর্ম্ম কৌন্তেয় সদোষমপি ন ত্যজেৎ।
সর্ব্বারম্ভা হি দোষেণ ধূমেনাগ্নিরিবা বৃতা: ॥ ৪৮ ॥

অর্থ=হে কৌন্তেয়, (হে অর্জ্জুন) পিথোরকপা হৈনবা থবক দোষ খর পক্লবসু থাদোকফদে। মৈথুনা মৈবু য়োম্বগুম থবক পুম্বসি দোষ ইচেন চেন্নৈ ॥ ৪৮ ॥

অসিনি তোলেন ৪৮ শুবা শ্লোককী অর্থ খর শন্দোক্লা হায়গে তাও। কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়খি, হে অর্জ্জুন তাইবংপানবগী মী-ওইবশিং অসি মশা মশাগী মহৌশাদগী তৌরকপা চংনরকপা থবক থৌরম ধর্ম্ম হৈনবা অদু খর ফত্তবা ওইদুনসু থাদোকফদে

হায়রিবা অসিমক্লা তাক্লি মীগী অফবা ধর্ম্ম অদু লৌরুগনু দোষ খর লৈবা ওইরবসু নশা নশাগী ধর্ম্ম থাদোকফদে হায়বনি। মৈবু মৈথুনা য়োম্বগুম থবক হিরম খুদিংমক দোষ লৈবা ঙাক্তনি।

মরম অসিনা তোলেন, ঐখোয়না ময়াংগী ধর্ম্ম চৎলুরিবা অসি য়াম্না লাল্লি, শ্রীমদ্ভগবত গীতাদা কৃষ্ণমক্লা হায়রল্লিবা অসি খংলেদনা।

তোলেন—হোয় তাচৌ শ্রীকৃষ্ণনা হায়বা গীতাগী ৱা অচুম্বা ঙাক্তনি হিকতোকফদে, অদুনা মদুমক্ কায়দনা চৎচরিবা অসিনি।

চাওবা—করি হায়বা তোলেন ? মীগী ধর্ম্ম তাংদুনা গৌরধর্ম্ম চংলিবা নংনা গীতাগী ৱাবু ঙাক্ল চংলি হিকতোকৃতে হায়বদি করিনো ?

তোলেন—হোয় তাচৌ গীতান হায়বা ৱা হিক্তোক্চদরি। গীতাগী ৱাবু লৌদরিবদি তাচৌনি। ননাওদি গীতাগী ৱা পুন্সিগী হিক্তোক্চরোই খঙ্গরী।

চাওবা—হাই-হাই অভকপনিদা, লৈতোনদা শরু পান্দে, হায়রিবা মখৈ খৎপদা য়াই হায়তুনা পুংহাই হায়রেনা।

তোলেন—তাচৌ ফিংগৎপিগনু তপথবিয়ু, তাচৌনা পুবিরিবা রাখল্লোন গীতাগী অর্থ অতু ওন্নরে অতুনা ননাওবু লান্ন উবনি।

চাওবা—করি তোলেন ঐনা তৌবা গীতাগী অর্থবু লাল্লি হায়বা ?

তোলেন—নত্তে-নত্তে তাচৌ, তাচৌনা তৌবা গীতাগী অর্থ লাল্লি হায়বা নত্তে, লান্দে। তাচৌনা পুরিবা রাখল্লোন অতু ওন্নরে হায়জবনি।

চাওবা—রাখল্লোন ওন্নে হায়বদি—পুক্লিংনা রাখল খল্লগা হায়দোক্লিবা অর্থবুদি লান্দ্রগা রাখল্লোন্দি করম্না ওন্নরিবা ?

তোলেন—তাবিয়ু তাচৌ, তাচৌনা পুবিরিবা রাখল্লোন অতু লাইনিং লম্বী-রোমদা পুবিখরে, শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাকপদি ধর্ম্ম কর্ম্মগী মরমদা তাকপনি। কৌরব পাণ্ডব তেঙ্গোল অনিগী মরক্তা লৈরগা অর্জ্জুননা লান হৌননবগীদমক তেঙ্গোল অনিমক য়েংলগা কনাগা কনাগা পানগদবা, লাম্বা খনবা ওইনা তিল্লিবা তেঙ্গোল অনিমক্কী মীপুমতিংনা অমমম ওইনা য়েংলকখি।

মতম অতুদা অর্জ্জুননা খল্লকখি, মানা হাৎকদৌরিবা য়েক্লবশিং অতু মুংশিজবা মরুপ-মপাং, মচিন-মনাও, শাগৈ, ঙাইশেন, ওজা-গুরু য়াম্না মুংশিজরবা ঙাক্ত ওইরম্বা। মহাক্কা মুংশিনদবা খৎনখিবা কনা অমত্তা য়াওদবা, লুনা চান্ন মুংশিননা লোইনরকপা ময়াম অতু উরুরগা অর্জ্জুননা খল্লি, অসুক মুংশিগ্র-বা অসিবু ঐনা করম্না খুৎলাই থাগনি ! ইপানা নৌনা থম্বীরম্নবা ইপা মশক খংজহৌদ্রবা ঐখোয় ইচিন-ইনাও মঙাবু পোবী-পম্বীতুনা, নপ্-তিন্ তৈথোকপীতুনা মহাক্কী নম গন্দা চাওননবা

য়োকপিরক্লবা ইবুধৌ ভীষ্মদা ঐনা করম্না তেন্না থাগনি। খোং-খুৎ পায়হনা তাকপী তম্বীরক্লিবা দ্রোণ গুরু, কৃপাচার্য্য ওঝা ১দি থৱাইগা চপ্ মান্ননা মুংশিনা লোইনরকপা গুরুগী মচা অশ্বত্থামা, অসিনচিংবা তোঙ্গোলদা য়াওরিবা পুন্নমক অসি অর্জ্জুন ঐগা খৎনখিবা মুংঙাইনদবা অমত্তস্থ য়াওদে মসিবু ঐনা করম্না হাৎকনি। করম্না খুৎলাই থাগনি।

মসিগী রাখল অসিদগী অর্জ্জুন্না লিরুং তেন্দোং থাদোক্কনা ঐ লান অসি তৌররোই লৈবাক লম্ মচেৎ খরগীদমক নিংথৌ খুভমগীদমক, ইপা ইপু গুরুজন শাগৈ নাতৈ হাত্তুনা পাপ ময়াম অমা লংশিনগদবগী শরুকপুদি ঐমক্তা বোন্দা চত্তুনা লাই নিংহুনা পুক্সি লেল্লুরগে। অসি হায়বা রাখল অসিদা পুক্কিংনা চপ্ লেপখরে। মতম অহুদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জনদা মীওইবনা চৎকদবা ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌগদবা থবক থৌরন যোগ মখল কয়া হায়রকখি।

অর্জ্জুন, নং নিংথৌমচানি। নিংথৌমগাগী মথৌদি লান তৌহুনা লন তানশিনগনি বোন্দা ধ্যান তপস্যা তৌহুনা লাই নিংবদি ব্রাহ্মণ মুণি ঋষীগী মথৌনি।

অহুবু অর্জ্জুননা নিংথৌমচাগী মথৌ লান তোক্কুনা মুণি ঋষীনা তৌগদবা মতৌবু তৌরুরগে খল্লকপা অহুদা শ্রীকৃষ্ণনা নংগী নংগী নথৌ তৌ, নংনা মী হাৎপগী পাপ লৈরোই মরমদি ক্ষেত্রিগী বর্ণ ওইবা নহাক্কী ধর্ম্মদি লান তৌবনি।

স্বভাবনিয়তং কর্ম্ম কুর্বাণো বিষজত ইব কৃমিঃ কিল্বিষং ন আপ্নোতি ইতি উক্তম্-শঙ্কর=হুদগী পোকপা তিনবু হুনা করিমতা তৌদবগুম গুণগী মতুং ইন্না লেপ্পা শিন্থা পাংথোকপদা ( হিংসানচিংবা থর তৌরবস্থ ) পাপ চেনদে।

রাহন্থোক—ক্ষেত্রিশিংনা শা-লান তৌবদা অমদি লৌমীনা লৌ খোইবদা জীব খর শিবদি শোইদবনি ; অদুবু পীথোরকপা বর্ণগী শিনফম ওইবনা থাদোকপা চুমদে।

( মৈথুনা মৈবু য়োম্বগুম থবক খুদিংমক দোষ ইচেন চৈগ্নে ) মসিগী রাহন্থোক নিংথৌশিংনা লান তৌবদা জীব হাত্তবা য়াদে। লৌমীনা লৌ শুবদা জীব হাত্তবা ওমদে। ব্রাহ্মণনা ঈশ্বর সেবা তৌবদা জীব হাত্তবা লৈতে। (জীববু থওইমক্লা হাংকে খন্দ্রগম্নু খংদবদগী হাত্তবদি ওমদে)। মী পুম্নমক্না তৌরিবা থবক খুদিংমক জীব হিংসা তৌদবা লৈতে। ময়ুমদা ফমদুনা লৈবা দুকান্দার নত্রগা মহাজন অদুনা মহাক্কী হরাগাড়ি অদু দ্রাইভর নেক্কুনা গাড়ি চৎহল্লি। গাড়ি অদুনা তক্কুনা জীব কয়া শিবা অদু মহাজন অদুনা হাৎপনি। মন্ত্রিনা কার তোংদুনা চৎপদা কারনা তকপদা জীব কয়া শিবম্নু মন্ত্রিনা হাৎপনি। শম্না হায়রবদা মীওইবনা মোংমগী মন্নুংদা তৌদবা য়াদ্রবা থবক. হ্নাই শিৎপা, তৈবা, ঈশিং শোকপা, মনা-মশিং হেকপা, ফৌ তকপা, চাক থোংবনচিংবা থবক মরম খুদিংদা জীব হিংসা তৌই। মরম অসিনা মুণি ঋষী লাইনিংবা ফাওবা পাপ তৌদবা ওম্বা লৈতে।

মরম অসিনা কৃষ্ণনা হায়বদি অর্জ্জুন নংনা লান তৌবদা মী হাৎপা পাপনি হায়না খল্লিবদু লাল্লি নিংথৌমচা ওইনা পোকপা নহাক্কী লাইনা থাবা নথৌ লান তৌবদা জীব হাৎপা পাপ লৈতে। নংনা তৌবা থবক খুদিংমক ঈশ্বরগী শিন্থানি খন্দুনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তাইনশিল্লু। তৌরিবা থবক অদুগী মহৈ খল্লুগন্নু। পাপ পুগনি পুণ্য ফংগনি হায়বা অনিমক খল্লুগন্নু। তাইবংপানবগী জীবশিংনা তৌরিবা থবক পুম্নমক অসি কৃষ্ণ

ঐনা তৌহনবনি। কৃষ্ণ ঐনা জীব খুদিংমক্তা লৈবনি। জীবনা মসি তৌগে হায়না খল্লিবা অতুমক কৃষ্ণ ঐননি। কৃষ্ণ ঐ নত্তনদি জীবনা রাখল খন্না মশা লেংবা ওৎপা ফাগুবা ঙমদবনি। কৃষ্ণ ঐনা লৈবদগী জীবনা রাখন খণ্ণা, রা ঙাংবা, মশা লেংবা ওংপা ঙম্লিবনি। কৃষ্ণ ঐ লৈত্রবা মতমদা জীবতু থরাই য়াওড্রে শিরে হায়নরিবতুনি। মরম অসিনা অর্জ্জুন নংনা তৌবা থবক পুম্নমক কৃষ্ণ ঐঙোন্দা ইনথোকউ কৃষ্ণ ঐবু কাওদনা নিংউ অতু ওইরবদি কর্ম্মগী মহৈনা নহাকপু পুন্বা ঙমলরোই পাপ লৈরোই।

অসুম্না কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা পাওতাক কয়া পিবদগী অর্জ্জুন জ্ঞান তাররুতুনা ভারত লান তৌখিবনি।

চাওবা—ঙাইখো তোলেন, নং য়াম্না অখং অহৈ ওইরবনিনা ইয়াম্বা রা হংগে? স্বধর্ম্ম হায়রগা ইশাগী ধর্ম্ম, পরধর্ম্ম হায়বনা মীগী ধর্ম্ম হায়বা নত্তরা?

তোলেন—মানি তাচৌ অচুম্বমক্লি।

চাওবা—অতুদি গৌরধর্ম্ম অসি মৈতৈ ঐখোয়দা করিনো? স্বধর্ম্মরা, পরধর্ম্মরা?

তেলেন—তাচৌ, গৌরধর্ম্ম অসি মৈতৈ ঐখোয়গী স্বধর্ম্ম ওইরে।

চাওবা—তোলেন, নহাক্কী রাহৈ অতুমক্তা নহাক্তা হায়খিবা রারম খুদিংমক নরা লোবা য়াদে হায়বা তাক্লি। মরমদি মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চংলকখিবমকস্তু ইকুই কুইদ্রি, গৌরধর্ম্ম চৎলকখিবদি ঙরাং নহাক্তনি হায়বা য়াই। অতুম্না ওইদবা খক ঙাংগনু।

তোলেন—শাওবীগনু তাচৌ, তাচৌনা খন্নবা রাৎপদগী ভাব তাবিদরবনি, ননাওগী রাসি তাবিখো। মীওইবগী ধর্ম্ম মখল কয়া

লৈরিবসি ঈশ্বরনা তাইবংপান্বা শেম্নবা মতুংদা অহান অকোন নাইনা মথং মথং ধর্ম্ম মথল ময়াম পুথোকলকখি। মতু মীওইবা ঐখোয়না অপাম অপান্বা ধর্ম্ম লৌনতুনা চৎনরকখি। মসি তাচৌ য়ানিংদবরা ?

চাওবা — অতুবুদি অচুম্বনি, গুরু শিদবনা তাইবং শেম্নবা মতুংদা মীওইবনা চৎননবা লাইনিং লাইশোন, লিচৎ শাজং তম্বিতুনা শি।া পিরম্মী। অতুগুম্বা লাইনিং লিচৎ ময়ামগী মনুংদগী মৈতৈ ঐখোয়গীসু তেংবানবা মপুনা লাইনিংথৌ সনামহী, ইমা লৈমরেন শিদবীবু নিংজবা খুরুমজবা শিন্না অসি পিবিরম্মী। ইপা ইপুনা চৎনরম্বা ইমারোম্না লাইনিং লাইশোন তৌজবা, হৈকৎ লৈকৎতা ইমারোম্না তৌজবা, অসিগুম্বা মপুগী শিন্নাতু অরিবা ইপা ইপুশিংনা তৌরম্মী। অতুবু মৈতৈ জাতি ঐখোয়গী স্বধর্ম্মনি। কৃষ্ণনা গীতাদা স্বধর্ম্ম থাদোকফদে হায়বা অতুবুনি। গৌরধর্ম্মদি মৈতৈ ঐখোয়গী স্বধর্ম্ম নত্তে, গীতাগী ৱা লৌবা তারবদি মৈতৈ লাইনিং চৎকদবনি গৌরধর্ম্ম থাদোক্কদবনি।

তোলেন — তাচৌ, ননাওনা গীতাগী ৱা লৌজবদগী ইপা ইপুশিংনা চৎনরম্বা গৌরধর্ম্ম থাদোকচদরিবা অসিনি। লাইনিংথৌ সনামহী, ইমা লৈমরেন শিদবী অনিবু নিতি নুমিৎ খুদিংগী খুরুমজবসু তোকচদরিবা অসিনি।

চাওবা — মীনম্বা ৱা অতু হায়গনুনে তোলেন, মণিপুরদা গৌরধর্ম্ম চৎলকখিবা অসি কার্ত্তা মহারাজগী মতমদা হৌরকখিবনি, হৌজিক ফাওবদা চহি ( চনি ) ২০০ রোমদমক মঙাইরি।

তোলেন — চুম্মি তাচৌ, হায়বিরিবতু অচুম্বনি। হৌজিক্কগী চহি ( চনি ) ২০০ রোমগী মমাংদা মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা হিন্দূ ধর্ম্ম গৌরধর্ম্ম চৎনরম্মে। তাচৌনতুম থোয়না থংবিরিবতুনি। ঐখোয়বু

পোকপীবা বাজি, বাজিবু পোকপা ইপুনা চৎনরম্বা লাইনিংলিচৎ নশা-নশান উহৌই খংহৌই। ইপুবু পোকপা পুরেন অত্থমক্তি শক উহৌদরে অত্থবু নোংমা বাজিনা ইচিন ইনাও ঐখোয় পুল্লবা মতমদা ইপুবু পোকপা ইবুধৌ-ইবেনধৌ অনিগী মতমদা চৎনরম্বা গৌরিয়াগী ৱারি লিখিবা অত্থ তাচৌ কাওবিরবরা ?

চাওবা —কাওদে করিগী কাওরুনি, অত্থদস্থ নত্তে নংনা পিক্লিঙৈ মতমদা নোংমা ইপু কৃত্তিনা ঐঙোন্দা ৱারি তৌখি। ৱারিদি ইপু কৃত্তিবু পোকপা চাউভল, চাউভলবু পোকপা ইপুত্থ শ্যামচন্দ্র কৌই হায়। ইপু অত্থ শিবা ফাওবা সনা লৌথোকখিদে হায়। গৌরিয়া য়াম্না তৌই, গৌরিয়া তৌবদা সনায়ানবগী গৌরিয়া হায়না মমিং চৎলি হায়না ৱারি তৌখি।

ইপাদগী পুরোন মরি ফাওবদি তশেংনা গৌরিয়া তৌরকখি হায়বা ইয়াম্বা খংঙি। মথক্কীদি হংহৌদ্রবনিনা হায়বা ঙমদ্রে। হায়রিবা মতম অত্থগী ইপা ইপুশিং অত্থনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎলম্বা অসি তশেংনা লাল্লবনি। মতম অত্থগী ইপা ইপুশিং অত্থদি নিংথৌ কিবদগী নমত্থনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎখিবনি থোইদোকপা মরাল লৈজদবনি। থ্বাইদগী লাল্লিবদি পামহৈবা নিংথৌনি। নিংথৌনা মীচম প্রজাদা মশানা য়ানিংদ্রবস্থ নম-নমত্থনা ময়াং ধর্ম্ম চৎহনখিবগী ৱারি নং তারেদনা। নিংথৌ কিবদগী মীচম প্রজা পুম্নমক ৱা হায়বা ঙমদত্থনা খা-চিক্লা থাংত্থনা লৈরকপনি। হৌজিক মতম ওইরত্থনা মণিপুরগী মফম খুদিংদগী প্রজা মীয়াম হৌনরক্লিবসিনি। গৌরধর্ম্ম মুৎথৎনবা ইপা ইপুগী লাইনিং হণ্জিন্নবা কাংলুপ কয়া চোংথোকলক্লবসিনি।

মরম অসিনা কান্নরোই তোলেন, নং ভাব তাও। নহাক লাইরিক লাইশু কাবোক হৈজরবা, নবুদ্ধি নরৌশিংস্থ মরৈজরবা,

মীয়াম্না নংবু মী অমনি হায়না শিংথ্রানরীবনি। অরেম্বদা মতম মাংহনগন্নুশি, মৈতৈ প্রজা মীয়ামনা হৌরকলিঙৈসিদা নহাক য়াওনা চংশিন্দুনা ইপানাৎ ইপুনাৎ ঙাক্লবা হোৎনরসি।

তোলেন—তাচৌ, ননাওদি ইপানাৎ ইপুনাৎ ঙাক্কবা ঙমজরোই হৌজিকস্থু ইপানাৎ ইপুনাৎ ঙাকচরি। মতুংদস্থু থরাইনা লৈরিমথৈ ঙাক্কে খগুরি। মপোক মপোক খুদিংদস্থু ইপা ইপুনা চৎলম্বা ধর্ম্ম অসি কায়দনা চৎপা ফংজগে হায়না লাই খুরুমজরি। তাচৌনা ইপা ইপুগী ইনাৎপু ঙাক্কবা অসিমদি ননাও মুংঙাইজদে।

চাওবা—করি তোলেন, নংনা হৌজিক তৌরিবা লাইনিং লাইশোন ময়াং মরোম্না ময়াংগী লাই খুরমলিবা অদুবু মৈতৈ ইপা ইপুগী লমচংলনে ?

তোলেন—মানি তাচৌ, ঐনা হৌজিক চৎচরিবা লাইনিং লাইশোন, ধর্ম্ম অসি মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা চৎনরম্বা অদুমক্কি। ঐখোয়বু পোকপিবা ইপা ইপুশিং অদু গোরধর্ম্ম চৎলমদে হায়না রাশকউ হায়রবদি ঐ রাশকপা ঙমজরোই। তাচৌদি ঙম্বিগদরা ?

চাওবা—মৈতৈ ঐখোয়না ময়াংগী ধর্ম্ম চৎপা হৌনদে, ইপা ইপুশিং অদুস্থু লাল্লিবনি। গৌরধর্ম্ম চৎপা লাল্লি তোক্লসি হায়দুনা তোক্লরক্লিবসিনি।

তোলেন—তাচৌ, ইপা ইপুনা পামনা চৎলমলিবা ধর্ম্মবু লাল্লি হায়বদি হায়বিগম্মু, ইপা ইমাদি মিৎনা উবা লাইনি হায়নরি অদুগুম্বা ইপাবু লাল্লি হায়বদি য়াম্না চুমদে।

চাওবা—ইপা ওইরবস্থু ইপু ওইরবস্থু লাল্লবদি লাল্লি হায়বদা কায়দে।

তোলেন—মদুনি তাচৌ, লাল্লবদি লাল্লি হায়বা য়াই, লান্দবদা লাল্লি হায়রিবদুনি কায়রিবদি। ইচিন ইনাও ঐখোয়বু পোকপীবা

বাজিনা করি করম্বা অরানবা ফত্তবা থবক তৌরম্বগে ? শা চারম্ব-রা ? য়ু থকপরা ? মীগী মপোৎ হুবরা নত্রগা ওক্তবা শাজৎ চৎলি হায়বগী পাওকা তাবিবরা ? ননাওদি করিমতা তাজদে ।

চাওবা—অদুগী হায়রুরবদি তোলেন, ঐখোয়গী বাজিবুদি মীয়াম্না কিনরিবনি । শা চাবা, য়ু থকপা ইমুংগীদা চাক চাদেদো । ঐখোয়গী শাগৈ ওইত্নুনস্থু থরোই চাবা, তিলহৌ চনম চাবা ইমুংগী চফু চাদে । নংস্থু খংলিবদুনি বাজিনা ফনয়াম্না ওমদবা ওইদুনস্থু নোংমগী ইরুজরগা লাই খুরুম্বা তোকখিদেদনা ।

তোলেন—হায়রিবসিনদি তাচৌ. বাজিগী মরান্দি শা চাদবা য়ু থক্তবা থরোই চাদবা তিলহৌ চনম চাদবা নিতিগী ইরুজরগা লাই খুরুমবা অসিনা বাজিগী মরান তারেনে ?

চাওবা—মদুমক বাজিগী মরাননি হায়বদি ঐ হায়খিদেনা

তোলেন—অদুদি তাগৌনা ইপা-ইপুবু লাল্লি হায়বিরিবদি করিগীনো ?

চাওবা—ঐনা হায়বদি মহৌশা পামহৈবা নিংথৌগী মতমদা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা হৌদোকলমলিবা ইপা-ইপুশিং অদুদগী হৌনা লাল্লকলবনি । ঐখোয়গী ইপা ইপুতবু নত্তে পুন্নমকপুনি ।

তোলেন—অদুদি লান্দেনা তাচৌ, ময়াম চপ মান্ননা মসি চৎলসি হায়দুনা চৎনরিবা অদুদি লানবা কৌদে । লানবা হায়বা অদুদি ময়ামগী চৎনবী অদু নত্তবা মথন্তনা নাইতোম তানা তোঙানবা লিচৎ অমা চৎলকপা অদু অরানবা কৌই । ঐখোয়গী ইপা-ইপু অদুনা মীয়ামগা মান্নদবা লাইনিং লিচৎ ১ চৎলম্লবদি লাল্লি হায়বা য়াই । শা চাবা, য়ু থকপা ফত্তে তোক্লসি হায়দুনা লৈবাক নিংথৌ মীয়াম চপ মান্ননা তোক্লরক্লবদা তোকউ য়াদ্রিবদু লাল্লবা মীশক্লি ।

মণিপুরগী মৈতৈ জাতি য়েক শলাই পুম্নমক্কা নিংথৌ প্রজা মীয়াম পুন্না য়ানহুনা মসি ফরে চৎনরসি হায়হুনা চৎনরম্লবা গৌর ধর্ম্মনি। লৈবাক মীয়াম চপ মান্নরিবা অদো অচুম্বনি। মীয়ামগা মান্নদবা অহু অচুম্বা ওইহুনস্থু অরানবনি। মসিগী পাওতাক কাওবিরবরা ?

চাওবা—পাওতাক হায়বদি করিনো ?

তোলেন—তাচৌদি কাওবিরম্বা য়াই ননাওদি কাওজদ্রি, নিংশিংজগে। বাজি লৈরিঙৈ মতমদা নোংমা ইচিল ইনাও ঐখোয় ৩ পুল্লবা মতমদা বাজিনা ফূঙ্গাদা ফম্লগা ইচাশা রারি লিবিগে ফুরী শিকউ হায়বদা তাচৌস্থু তায়াইস্থু ফুরী শিকউ য়াদে, মহুদা ঐনা ফুরী শিক্লগা বাজিনা রারি লিখিদনা ?

চাওবা—তোলেন নংগীশিবু বাজিনা ফূঙ্গা রারিদা হায়খিবা হন্নুবী-হন্নুবনা ফৌ শুবদা শোরারেন অসি শুকনা ইনখৎখিবনি হায়বা রারিহু মসিদা পুশিনলক্কদৌরিবরা ? এঃএঃ য়াইমস্থু লাক্লে ফরে, য়াইমা ! লাউ ননাওগী রারিসি তারো লাও।

য়াইমা—খংলেদা তাচৌ তোলেনগা তাচৌগা অনিনা শানবা রারিদি অতৈ ওইরমলোই, মরৈ য়েৎনবা ওইরিনিনে। করি রারিনো তোলেন ?

তোলেন—অতৈ নত্তেদা তায়াই—তাচৌনা হায়বনা গৌরধর্ম্ম চৎপা ইপা ইপুশিং অসি লোইনমক লাল্লি হায়রিয়ে।

য়াইমা—অহুদা নংনা করি হায়রিবা ?

তোলেন—ঐনা হায়বনা, লৈবাক নিংথৌ প্রজা মীয়াম চপ মান্নরিবা অহু অচুম্বনি। মথন্তা নাইতোম তাবহু অরানবনি হায়বগী খুদম পিজগে তৌরম্নীবা।

য়াইমা—আঃ আঃ হায়য়ু হায়য়ু তাসি।

তোলেন—মুমিদাং অমা বাজিনা ফুঙ্গাদা ফন্নগা ফুঙ্গা ৱারি কয়া লিরুব্রবা মতুংদা খংবদা কান্নরবা পাওতাক খরস্তু হায়বিখিদনা, তায়াইস্তু তারিবছুনি।

য়াইমা—ফুঙ্গা ৱারিবুদি পংতা তাখি, অঙাং ওইরীবৈ মতমনিনা লৌবা য়াবা করি পাওতাক হায়খিবগে হায়বা অছুদি নিংশিংবা থোক্কেংদা। নংগীছুছুম হায়রো।

তোলেন—বাজিনা হায়খিদনা, ইচাশা ঙসি ইপানা হায়গদৌরিবা ৱা অসি কাওগন্নু-ষণনা উরোক থোং লানবা নমিৎমক্লা উহৌরবস্তু ষণনা উরোক থোং লানখি হায়ছুনা মীঙোন্দা হায়রুগন্নু। অচুম্বা ওইরবস্তু নথস্তা অঙাওবা তাগনি!

মথংদা, ধর্ম্ম কায়গন্নু ইচাশা, ধর্ম্ম কায়দনবগী পাম্বৈ অমা হায়গে মছুদি—ইশাবু ইশানা উরি, ইশাবু ইশানা খংঙি। মসি খক কাওগন্নু।

য়াইমা—তোলেন, মছুমদি করি হায়রিবনো? ইয়াম্বা ভাব তাবা ছমদে।

তোলেন—তায়াই, ইপা ইপুনা হায়বিরম্বা পাওতাকশিং অসি য়াম্না অর্থ লৈবা মক্তনি। ঐনা করিগুম্বা ফত্তবা থবক অমা তৌগে হোৎনরকপদা মী কনা উদ্রে খংদ্রে য়ারে ইথন্তঙাইরে মতমছুদা ঐনা খন্নুজগনি, ঐবু ঐনা উরি ঐবু ঐনা খংজরি। হায়বদি মী কনা অমত্তা উদ্রবস্তু খংদ্রবস্তু ঐনদি উরি খংলি। অছুনদি ঐনা উরিবনিনা খংলিবনিনা ঈশ্বরনস্তু উরি খংলি। মতম কৌবা লাইরেম্বী অমম অঙাননস্তু খংলি। মীগী মপোৎ ছুবনচিংবগী ফত্তবা থবক তৌফম মী কনা উদবা অরোনবা নফম অমুক লৈতে। মরমদি—ঐনা উরি ঐনা খংলি অছুনা মসি খক কাওফদে হায়বনি।

য়াইমা—ওঃ ওঃ ফত্তবা থবক তৌবা মতমচুদা মী কনা অমত্তনা উদ্রবসু তৌরিবা মশানদি উরি অত্থুনা ঈশ্বরনা উরি, অত্থুনা মত্থুগী মতিক চাবা মরানগী দণ্ডি শোইদনা ফংগনি অসি নত্রদো ?

তোলেন - মানি তায়াই, মী কনা উদনা অফবা থবক তৌরবসু মত্থুগী অফবা মহৈ অত্থু অত্থুম্বক ফংগনি। ফত্তবা তৌরবসু ফত্তবা মহৈ শোয়দনা ফংগনি।

চাওবা—নচিন ননাওগী ব্রারিত্থু লমফৈ চৎখিদৌরে। মৈতৈনা গৌর-ধর্ম্ম চৎপা অসি কুইদ্রি, পুকোকশিংনা চৎলম্বা নত্তে। মসিবু লাল্লি হায়রগা তোলেন নংনা লান্দে হায়রিবা অত্থুগী খুদম পিদবা য়ারোই।

তোলেন—তাচৌসু তায়াইসু তাবিয়ু, বাজিনা পাওতাক অমসু হায়-বিরম্মীদনা—ইচাশা ব্রা অমসু হায়গে, লৈবাক মীয়াম চপ মান্নরিবদো অচুম্বনি। মী ১০০ গী মনুংদা ৯৯ না চপ মান্নগ্রব-দো অচুম্বনি। ১০০ গী মনুংদগী অচুম্বা হায়রিবা অত্থু মথন্ত ঙাইরবদি মত্থু অচুম্বা ওইরবসু লাল্লবনি।

মত্থুগী খুদমদি উরোক হায়বা উচেক অসি মচু ঙৌইদনা ; মত্থুনা মী ১০০ গী মনুংদা ৯৯ না উরোক অসি মুই হায়না চিনথুম চপ মান্নগ্রবদি নহাকসু উরোক মুই হায়ত্থুনা মীয়ামগা মান্নগদবনি। অসুম্না বাজিনা হায়বিরম্মীদনা।

জগোই শাবদা, চোলোম তৌবদা মীয়াম চপ মান্ননা ওইরোমদা লৈবা মতমদা, অমথক্তনা য়েংলোমদা লৈরিবত্থু লাল্লবনি।

মরম অসিনা তাচৌ ঐখোয়গী বাজিনা মীয়ামগা মান্নদবা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমা চৎপা নত্তে, মীগী মপোৎ হুরুবসু নত্তে,

লৈবাক্তা নিংথৌ য়াদবা ধর্ম্ম কায়বা ওক্তবা লিচৎ চৎপস্থ নত্তে। লৈবাক নিংথৌনা চপ মান্নবা চৎলিবা ধর্ম্মবু করম্না লানগনি লান্দে।

চাওবা—তোলেন, ওইররোইদবা রা অত্থ খক হায়গন্থ; মী চামগী মঙ্গুংদা চাম্মামক্তা ৱাকপু কোকিননি হায়রবস্থ খোংলকপা মতমদা ৱাক ওইগনি মী চাম্মমক অরানবা তারোইদরা?

তোলেন—তাচৌ, তাচৌনা অহল-লম্মননা হায়রম্বা পাওতাক্তা অর্থ অচুম্বা অত্থ লৌশিনবা হৈতরে। মরমদি মী চাম্মামক্তা চুম্লে হায়না লেপ্লরম্নবা অত্থ অরানবদা খক লেপ্লরম্মোই। অচুম্বা ওইবদগী মীয়াম য়ানথুনা চুম্লে হায়না লেপ্লখ্রবনি হায়বনি।

হায়বদি—অমুবা মচুবু অঙৌবনি হায়না খক লেপ্লদে, লেপ্লরম্মোই। ৱাকপু কোকিন্নি হায়না খক লেপ্লদে.লেপ্লরম্মোই হায়বনি, তাচৌনা অর্থ লৌবা হৈতবননি। মণিপুরগী নিংথৌ-দগীনা মৈতৈ য়েক ৭ মক চপ মান্নবা চংনরম্নবা গৌর ধর্ম্মবু লাল্লি হায়বা য়াদে। লানবা হায়বদি ময়ামগা মোট মান্নদবা লিচৎ শাজৎ অমা হৌদোক্লক্লিবদো অরানবনি।

চাওবা— মত্থ নত্তেনে তোলেন, মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চংলকপদা অচৌবা ৱাথোক ওইখিবনি। অহানবদা শান্তদাস গোষাইগা পামহৈবা নিংথৌগা রা তান্নথুনা য়ানরগা মৈতৈ মচা য়ানিংদবা ময়াম অমবু নিংথৌনা নম নমথুনা ময়াং লাইনিং লৌহনখিবনি। মতম অত্থদা অখাঙ কন্না মজাতীগী লমচৎপু ঙাকচনিংবা মীওই কয়া কয়াবু ফুবা চৈবগী দণ্ডি পিবদা নত্তনা শিবগী দণ্ডি ফাওবা পিথুনা থরাই মাংহনখ্রবনি। অত্থগুম্বা নিংথৌগী অকনবা চৈরাক অত্থ উবদা কিবদগী য়ানিংদ য়ানিংদনা লোইনমক হিন্দু ধর্ম্ম চৎখিবনি। চহি মতম থর নিংথৌ ক্বিবদগী য়ানিংদ য়ানিংদ খা চিক্তুনা খাংনরুবনি। হৌজিক মতম ওইরথুনা লৈবাক মীয়াম হৌনরক্লিবসিনি।

য়াইমা—তোলেন, তাচৌনা হায়রিবা অসি চুমগদবোইনা; মীনা হায়নবদা ঐনা তাবা ব্রা ৈলৈ লাইরিক ৺ইনা থেংনবদি নত্তে। পামহৈবা নিংথৌনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎলু হায়বা য়াদবা মীবু ঙবোং খাওদা হানঞ্জিল্লগা ঈশিংদা থাদতুনা মীহাৎ য়াম্না থিনা হাৎলি হায়বা তাই। মতু ফাওবদি খর হাকমল্লি তাবদা থরাই নুংঙাইতে।

তোলেন—তায়াই, রাফম অতু ওইথোক্তে। মরমদি নিংথৌনা মরাল লৈরবা মীবু মাগী মাগী মরান অতুগী মতিক চাবা দণ্ডি পিবদি তৌদবা য়াদ্রবা নিংথৌগী ধর্ম্মনি। পামহৈবা নিংথৌনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎনরকপা মতমদা পামদবা মাওইদা ফুবা চৈথানচিংবা দণ্ডি পিতুনা নম নমতুনা চৎহনখিবা তৌদে। হিন্দু ধর্ম্ম পামদবা মী মখৈ তোঙান্না থম্মী মখোইগা চামিন থকমিন্নবা তৌদে খুঙ্গংসু তোঙাননা লৈহল্লি। মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপদা য়াওহৌদ্রবা চিথহৌবা মীওই হৌজিক খুরুখুল, সেকমাই, ফয়েংদা লৈরিবসিনি। মখোয়দা নিংথৌনা হিন্দু ধর্ম্ম য়াওদবা য়াদে হায়না হায়রুদে। মখোয়গী মরক্তগী গৌরধর্ম্ম পাম্বা য়াওরক্লবসু নিংথৌনা অতুম য়াওহল্লি। মখোয় অতু নিংখৌ অমদি ব্রহ্ম সভানা নিয়ম অমগী মথাদা সেংদোকলগা লাইমিং লৌহল্লগা গৌরধর্ম্ম য়াওহল্লি। মতুবু পানা থোকপা হায়না কৌরিবসিনি।

য়াইমা—ভাইখো তোলেন, পানা থোকপা হায়বগী অর্থ করিনো ? পানা থোক্লবা মী অতু কদাইদা লৈ ?

তোলেন—পানা থোকপা হায়বদি ইপা-ইপু নাৎতগী থোকলক্লবা হায়বনি। পানা থোক্লবা মী অতু হান্নগী গৌরিয়া তৌদবা ময়ামগী য়ুমলক্তা পুন্না লৈমিন্নদে। গৌরিয়া তৌবা মৈতৈ খুলক্তা লৈমিন্নবা

নত্রগা তোঙাম্না য়ুম ইংখোল অনৌবা চোংথোক্ত্না লৈবনচিংবা তৌনৈ। হৌজিক খুরুখুল সেবোক লৈকায় হায়বা লৈকায় অসিদা লৈরিবা মীওইশিং অসি অনৌবা পানা থোকলকপনা খুন্দাখিবা মফমনি।

মহৌশা হিন্দূ ধর্ম্ম চংলক্করিঙৈদা মণিপুরদা লৈবা মীওই পুম্নমক লমচৎ শাজৎ, চাকচা য়ুথক মওং চপ মান্নে হায়বা য়াই। হাও, মৈতৈ, খুরুখুল, সেকমাই, ফয়েং, লৈমরাম, পুম্নমক অসি শা যণ চাবা ওক-য়েন লোইবা. য়ু থকপা, শিরগা লৈরোন চন্দুনা পোৎলোইবনচিংবা লিচৎ মান্নরম্মী।

মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম মমি,তাবা হৌখিবদি মৈদিংঙু ক্যাম্বাগী মতমদা শ্রীবিষ্ণু লাৎপা হৌখিবদগী হিন্দু ধর্ম্মগী মমি তাবা হৌখি! অহুম ওইনমক হিন্দূ ধর্ম্মদি চত্তরী। মথংদা মৈদিংঙু পামহৈবগী মতমদা রামান্দি ধর্ম্ম চৎনরকখি মতম অহুদা শা চাবা, য়ু থকপা, ওক য়েন লোইবা তোক্লরকখি। রামান্দি ধর্ম্ম চৎলবা মীওইশিংগী মনুংদগী মরক মরক্তা কনাগুম্বা লম-হেনবা শা চাবা, য়ু থকপা, মীয়ামগী চৎনবীগী ৱাংমদা লমচৎ কায়রকপা মী অহুবু নিংথৌনা মরালগী মতিক চাবা চৈরাক পিবনি। মী-মী অহুগী মরালগী মতিক চাবা দণ্ডী-চৈ-থাংহুনা কিহনবা, ফুবা, কৈস্নমশংদা থম্বা, মরান চাওদা চাওথ্রগা শিব ফাওবগী দণ্ডী পিবদি নিংথৌগী তৌফম থোকপা মথৌনি।

য়াইমা—অহুবুদি অচুম্বনি, মরাল লৈরবা মীবু মরালগী মতিক চাবা চৈরাক পিবদি হৌজিকসু মণিপুর সরকারনা তৌরিবসিনি। মরাল লৈরবা মীবু সরকারনা দণ্ডী পিবদ নত্তনা মণিপুরগী নহারোলনা মতিক চাবা দণ্ডী পিরক্লিবা অসিনি। রেডিওগী

পাওদা, খবরদা তত্তনা তারি। য়ু য়োনলম্বা মীওই নহারোম্না ফারগা খুঙ্গোইনখ্রে, নম্বর ৪ চাবা-য়োনবা মীওই তৌগন্নু-হায়ত্নুনা হান্না ৱার্নিং পিরবা মতুংদা লম হেনবদগী মশক খংদবা নহারোম্না কাপ্তুনা হাৎলমলে। ওক্তবা লমচৎ চৎলম্না মুপী মুপা অতু মশম কোকথোক্লগা বাজারদা খুঙ্গোইনখ্রে। অসি-গুম্বা তাবদা হুঙ্গোইরবা পাও তত্তনা তারি।

তোলেন—অতুনি তায়াই, হিন্দু ধর্ম্ম চৎনবা হোৎরকপা মতম অতুদা খুরুখুল, সেকমাই, ফয়েং, লৈমরাম হান্নদগী মৈতৈগা অতুম লৈমিন্নরম্লবনি। মখোয় পুম্নমক অসি মৈতৈ নিংথৌগী মখাদা লৈৱামক্তনি। মৈতৈ নিংথৌদা চহি খুদিংগী লোইপোৎ কৎলিবনি। মৈতৈ নিংথৌনা ঐনা ওম্মি নখোয় ঐগী অপাম্বা ধর্ম্ম চৎকদবনি হায়ত্নুনা হায়রুদে। নিংথৌনা হায়-রুদ্রবসু মথৱাইনা পামজবদগী পানা থোক্লক্তুনা গৌরধর্ম্ম চৎপা মীওই কয়া অমা য়াওরক্লিবা অসিনি। হিন্দু ধর্ম্মদি চৎলগা চৎনবীগী ৱাংমদা লমচৎ কায়রকপা মী অতুবু দগী তৌফম থোকপনি।

য়াইমা তোলেন, ৱাফম অতুবুদি চুম্মী; অতুদা মৈতৈ ঐখোয়না হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা অসিদা ঐনা য়ানিংদবা মরম খর লৈ মতু হায়গে তাও। মরমদি করিগুম্বা লাই অমা খুরুম্বা তারবদা খুরুমজরিবা কৎচরিবা য়ুম্বু অতুগী য়েক শলাই, য়ুমনাক, মিং অশেংবা অতু হায়রগা খুরুমজবা কৎচবা য়াদবরা? শনি খুরুম্বা তারবসু নরান খুরুম্বা তারবসু, অঙাং পোকপগী ষষ্ঠী পূজা তৌবা তারবসু বামোম্না য়ুম্বুদা করি গোত্রনো হংলগা গোত্র অতু হায়রগা কৎলিবা অসিবু চুম্বরা? মসিগুম্বা

অসি নমথাক তৌবা মাল্লি য়ানিংদে। নংসু খন্দুনা য়েংউ অঙোম শলাইগী চাওবনা-তোম্বনা কৎচরী হায়না কৎপদা লাই অহুনা লৌরোইদরা ?

তোলেন—তায়াই, তায়াইনা হায়বিরিবা রাফম অতুগী মরমদা হায়নবা তারবদি মরম য়াম্না পাক-শাংনা লৈখরে, মুমিৎ কয়ানি ঙাংনবদা লোইবা নাইরোইদৌবা রাফমনি। অতুবু মরুওইবা খরদং শমলপ্পা হায়জগে।

ভারতকী মন্তুংদা লৈরিবা মীওইবনা চৎনরিবা ধর্ম্ম মখল কয়া লৈরিদনা। লৈরিবা ধর্ম্ম মখল খুদিংমক অসি মাগী-মাগী ধর্ম্মগী কাংলুপ কাংলুপকী চৎনবী তৌদবা য়াদ্রবা নিয়ম লোইনা লৈনৈ। অতুগুম্বা ধর্ম্মগী কাংলুপকী চৎনবী অতু কায়বা য়ানদে।

খুদম অসরোমদা হায়রগা ভারতকী মন্তুংদা লৈরিবা প্রাইমমিনিষ্টরদগীনা মীচম প্রজা ফাওবগী মন্তুংদা দিপার্মেন্ট কয়া থোক্লা থায়দোক্লিদনা। দিপার্মেন্ট অমগী মন্তুংদা ফম মখল কয়া লৈ। ফমশিং অতুগী মমিং তোঙান-তোঙান্না থোল্লিদনা। খুদম ওইনা হায়রবদা লৌরুংশংগী দিপার্মেন্টতা "এস: দি: ও: হায়বা, এস: দি: সি: হায়বা , এস: ও: হায়বা" আমিন হায়বা, ক্লাক হায়বনচিংদা ফমগী মমিং কয়া লৈরিদনা।

লানমীগী দিপার্মেন্টদা জেনরেল, কোলোনেল, কেপ্টেন, সুবিদার অসিনচিংবা ফমগী মমিং কয়া লৈরিদনা।

পি: দব্লইউ: গী দিপার্মেন্টদা কনান এস:সি: কনান এ: ই: না, কনান এস: ও:, কনান চম্প্রাসি ওইরিদনা।

মীওইবগী হকচাং কয়াক্তি চপ মান্নৈ, চংঙু-চংঙুরিবা দিপার্মেন্ট অতুদা মী-মী অতুগী মহৈগী থাক, ক্লাসকী মতুং-ইননা ফম হাপ্পিদনা।

অতুগুমনা গৌর ধর্ম্মগী কাংলুপ্তুস্না ( গৌর ধর্ম্মগী দিপার্মেন্টদস্না ) ঈশ্বরগী মফমদা চংজনবগী মরমদা লুচিংবা গোত্র তরেৎ লৈ। মী-মী অতুগী য়েক শলাইগী গুণ মতুংইন্না ওইফম্ থোকপা গোত্র বেদনা লৈরিবতুগী মতুংইন্না গোত্র পিবনি। মী অতুগী মহৈগী মতিকচাবা দিপার্মেন্টগী ফম পিবগুম্না য়েক-য়েক অতুগী ওইফম থোকপা গোত্র ওইরিবসি গৌরধর্ম্মগীদি তৌদবা য়াদ্রবা অমনি। মরমদি—থৌবাল থানাগী ও: সি: না মী ফাতুনা পুরক্লগা ইম্ফাল থানাগী এস: পি: দা শিন্নথরে। ৱাফম অসিদা থৌবাল থানাগী ও: সি: গী য়ুমনাক মিং হায়রুদ্রবস্না য়ারে। ইম্ফাল থানাগী এস: পি: না অতুম খংলে।

অতুগুম্না করিগুম্বা লাই খুরম্বা মতমদা ব্রাহ্মণনা শোনবা মতমদা অতুগুম্বা গোত্রগী তোম্বা সিংহনা ওসিগী থাবান হুমিৎ অসিদা ঈশ্বর নহাকী মফমদা ওমজবা পোৎলম খর অসি কচ্চতুনা খুরুম জরী। অস্নুম হায়না গোত্রগী মশক অসি হায়দবা য়াদে।

হায়দবা য়াদবগী মরমদি পুলিস দিপার্মেন্টদা CB লান খৎপা মতমদা ও: সি: গী য়ুমনাক মিং তমক হায়রগা ও: সি: হায়বা ৱাহৈ অসিগা লোয়নবা মাগী পিন নম্বর হাপ্তবা য়াদে।

খুদম অমরোমদা অমুক য়েংশি—শিফাই পলতোন ১গী মনুংদা অওন্দার কয়া লৈরে, অওন্দার অমমমগী শিফাই গ্রুপ-গ্রুপ লৈনৈ। পলতোন অতুগী শিফাইশিং অতু—নহাক

করম্বা অওন্দারনা পুবা শিফাইনো হায়রা রাফম অমা লৈবগুম, গৌরধর্ম্মগীসু নহাক করম্বা গোত্রগী মীওইনো হায়বা রাফম অসি লৈবনি মসিদা থোইনা ঙকলুফম থোক্তে।

চাওবা—তোলেন. নংনা হায়রিবা গোত্র অদু মৈতৈ ঐখোয়গী মীহৌরোন্দগী লৈরম্বা নত্তে মীরৈবাক মীয়ামচা রাম্নোনশিংনা মৈতৈবু নমথবা য়ানবগীদমক থোঞ্জিনখিবা গোত্রনি। চহি ইকুই কুইদ্রি। পামহৈবা নিংথৌগী মতমদা লৌনম হৈবা ময়াং শান্তিদাস গোষাইনা মৈতৈ নিংথৌ পামহৈববু যাদু তৌদুনা হুন্দাংলগা মৈতৈ মচাশিংবু নমদুনা ওনহলখিবনি।

তোলেন—হোয় তাচৌ, মৈতৈ ঐখোয়গী গোত্র হায়বা লৈরমদে। হিন্দু ধর্ম্মসু চংলমদে। গোত্র হায়বা অসি ধর্ম্ম অতৈদা লৈতে হিন্দু ধর্ম্মদদা লৈবনি।

ডাক্তরগী দিপার্মেন্টদা কন্সতেবল হায়বা ওঃ সিঃ হায়বা ফম লৈতে পুলিসকী দিপার্মেন্টতদা ওঃ সিঃ কৌবা ফম লৈবনি।

হরাগাড়ি টা টা থৌবা মীবু ড্রাইভর হায়বদি য়াই ডাক্তর হায়রুবদি য়াদে। লানগী লানমীবু শিফাই হায়বা নত্তনা নর্স হায়বা অমদি আমিন হায়রুবা য়াদে। অসিগুম্না খৃষ্টান ধর্ম্মনচিংবা ধর্ম্ম অতৈদা গোত্র হায়বা অমা লৈতে। গোর ধর্ম্মদা চংলকুলিবা মী অদুগীদি গোত্র অমা ওইদবা য়াদে।

ভাব তাবিয়ু তাচৌ, মুন্না রাখল তৌবিয়ু। হান্নসু পঞ্জথরবা রাফমনি। থানাগী থবক্তা চংলিবা মী অদু কন্সতেবল ওঃ সিঃ নচিংবগী ফম অসি শোইদনা ওইবা তাবনি।

মহৈ তম্বিনবা স্কুলগী ওজারোমদা চংবা তারবদি মহাক অদু হেডমাষ্টর সেকেন্দ মাষ্টর নত্রগা ওজা অমদি শোইদনা ওইবা তাবনি। অদুগুম্না গৌরধর্ম্মগী লাইনিংদা চংলক্লিবা মহাক অদু য়েক্কী মতুং ইন্না গোত্র অমা লৈতবা য়াদে হায়রিবসিনি।

য়াইমা—ভাইখো তোলেন, নংগী গোত্রগী ৱাফম অত্থু থমখো। মৈতৈ ঐখোয়গী ইমারোল্লা লাইনিং লাইশোন তৌবা অসিদি তৌদত্থুনা মীগী মরোনা বেঙ্গোলীনা, সংস্কৃতী লোল্লা লাইনিং লাইশোন তৌবা অসিবু ফরিবরা ?

শোরাৎ শোনবদা বামোন পুরোহিত অত্থুনা সংস্কৃতী লোন্দা শোল্লিবা অত্থুবু লৈখিদ্রবা ইমা হন্থুবী অত্থুদি সংস্কৃতি লোন্দি থমখো মৈতৈলোন 'ইমালোন্দগী' হেন্না ময়াং মরোন অমত্তম্থু খংখিদে। হিংলিঙৈদা খংদ্রবম্থু শিরবদি সংস্কৃত লোন অসি হেক্তা খংবা জাৎলা ?

তোলেন—তায়াই, শ্রাদ্ধ শোনবদা কৎলিবা অসিবু কনাগীদমক কনাদা কৎলিবনো, তায়াইখোয় তাচৌখোয়গী ৱাখল্লোন্দা করম্না কৎপিবগে ?

চাওবা—তোলেন নং হৌজিক ফাওবা মত্থু ভাব তাদরিবরা ? ইয়াম্বা হায়গে, লৈখিদ্রবা অত্থুগীদমক মাগী পিণ্ডম থোকপা শরুক অত্থু তমত্থুনা মঙোন্দা পিরিবনি।

তোলেন—তাচৌ, তাচৌনা পুবিরিবা শ্রাদ্ধগী ৱাখল্লোন অত্থুগা ননাওগা মান্নদরে। শরনী অমমম চৎনরে।

য়াইমা—তোলেন নংনা পুরিবা শোরাৎকী ৱাখল্লোননা করিনো? তাচৌগা মান্নদ্রিবনা কমদৌনা মান্নদ্রিবা হায়য়ু ?

তোলেন—হায়জগে তায়াই, তাচৌনা পুবিরিবা শরনীনা লৈখিদ্রিবা ইমা-ইপাত্থুগী মফমদা কৎপা ওইনা পুবিরে।

চাওবা—করিনো তোলেন নংনা হায়রিবা অসিবো ? লৈখিদ্রিবা অত্থুনা মুপা ওইরগা ফৈজোম ফুরিৎ, মুপী ওইরগা ফনেক ইন্নফী

তমহ্নুা কৎনরি। লৈখিদ্রিবা অতুদা কৎপা নত্তুনা কনাদা কৎকনি ? শোরাৎ শোল্লিবা বামোন্দা কৎকদবনি অসিরা ?

তোলেন—ঐনা পুজরিবা শ্রাদ্ধ শোনবগী রাখল্লোন শরনী অসিদি অহন-লক্ষ্মন, ওঝা-গুরুনা হায়বিরম্বা অমদি ঐবু পোকপীবা বাজীমক্লা। তাকপিরম্বনি। মসি তাচৌগী শরনী অতুগা মান্নদরে ননাও হায়জগে তাবিয়ু।

বাজীনা হায়বিরম্মী শ্রাদ্ধ-ফিরোই শোন্না মতমদা শরনী ওন্নরবদি কৎলিবা পুম্নমক অরেম্বদা মাংলবনি অতুনা শরনী চুম্না কৎকদবনি।

শরনীদি লাংজরিবা পোৎলম পুম্নমক অতু কৃষ্ণ পৃতিগী-দমক কৎকদবনি। হায়বদি—শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মহাক্না ( কৃষ্ণনা ) পেনবিনবগীদমক কৃষ্ণদা কৎকদবনি। পুগদবা রাখল্লোন হায়জগদবা রারোনদি—হে প্রভু তাইবংপানবগী মপু ওইবা থৌজান-হৈবা হে কৃষ্ণ, নহাক্কী নফমদা ঙসি লৈখিদ্রিবা ইমা অতুনা, ইপা অতুনা ঙমজবা পোৎলম খরদং কচ্চরি লৎনবীদনা লৌবিয়ু। ননাই ঐখোয়দি অক-ফত্ত মরম খংজদে, অশিন-অরাং ওইজবতনি, সেবা তৌজবতনি, লৈখিদ্রিবা মহাক অতুনা কচ্চবনি। কর্চ্চরিবা মহাক্কী মফমদা ইবুংঙোনা পেন্নীয়ু থৌজানবিয়ু।

মসিগী রাখল্লোন অসিদা কৎকদবনি। অস্নুম্না কৎলবদি লৈখি'দ্রবা মহাক্কীসু ফরে, শ্রাদ্ধ শোল্লিবা কর্চ্চরিবা মীগীসু ফরে, কৎলিবা পুম্নমকসু অরেম্বদা মাংদরে। অস্নুম্না হরি সংকীর্ত্তনচিংবা কৎলিবা পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণনা পেন্ননবগীদমক কৎলিবনি হায়না শরনী তৌদুনা কৎকদবনি। অস্নুম্না অহন-লক্ষ্মন, ওঝা-গুরুশিংনা ১সুং বাজিনা তাকপিরম্বা রাখল্লোন অতু ননাওনা পুজরি।

চাওবা—মতুনা থক অচুম্বা শকপা য়ারোই তোলেন, নংগী রাখল্লোন অতুনা তোঙানবনি বামোননা শোরাৎ শোম্বদা লোল্লিবা সংস্কৃতী মরোন্দুদি নংনা খল্লিবা রাখল্লোন্দুগা মান্নদে। লফোইগা য়ামগা তোংলগা মতুম তাশিল্লগা থোইদিং অমুবাগম্সু তৈশিল্লগা তিংথৌ মতোন খর থারগা পিণ্ড পিবা হায়তুনা কংলিবা অতুবু কনাদা পিজরিবনো? নখোয়গী কৃষ্ণ অতুবু অতুগুম্বা চিঞ্জাক (পিণ্ড অতু চাবরা ?

তোলেন—নত্তে তাচৌ, মতু কৃষ্ণদা কৎপা নত্তে। মতুগী শ্রাদ্ধ অতু প্রেতগী শ্রাদ্ধ কৌই। হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মী ওইতুনসু বৈরাগা চত্তরিবা পিণ্ড দান তৌতুনা শোল্লিবা শ্রাদ্ধ অতু গৌর ধর্ম্ম বৈষ্ণবকী মোট নত্তে, বেদগী মোটনি। শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা চৎলম্বা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসিদি বেদগী মোটকা মান্নদবা খর লৈ।

য়াইমা—ঙাইখো তোলেন ঐ রা অমা হংগে, হিন্দু ধর্ম্ম—গৌর ধর্ম্ম মশা অমত্তা নত্তরা? গৌরধর্ম্ম চৎলিবা মী অতু হিন্দু নত্তরা?

তোলেন—তায়াই, গৌরধর্ম্ম অসি হিন্দু ধর্ম্মগী মনুংদনি। হিন্দুস্থানগী মনুংদা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীওই জাতি কয়া লৈ, অতুবু জাতি মান্নদবগুম্না মোট মান্নদে। রামবু নিংবা, কৃষ্ণ ভক্তি চৎপা, লক্ষ্মী নরান লাৎপা, মহাদেব লাৎপা, দুর্গা লাৎপা, শ্রীগৌর-নিত্যাই লাৎপা, শ্রীরাধা-কৃষ্ণ লাৎপনচিংবা মখল কয়ামরুম লৈ। ময়াম অসি মীওই কাংলুপ-কাংলুপকী ওইনা মোট মান্নদবা কয়া লৈ।

খুদম ওইনা হায়রবদি:— কনাগুম্বা কাংলুপনা দুর্গা পূজাদা শা-ঙা বলি ককতুনা পূজা তৌই। কনাগুম্বা কাংলুপনা জীব হিংসা তৌবা পামদে হায়তুনা দুর্গা পূজাদা হামেং-য়াও, শা-উচেক বলি ককপগী পূজা অতু তৌদে। ঐখোয়গী মৈতৈ

ইপা-ইপুশিংসু জীব হিংশা য়াওদবা, চেংপাক কবোক লফোই শঙ্গোম চুহি চিনিনা ফোলা কৎপা অমদি ঙা য়াওদবা উসোব কৎপা চৎনবিরম্লিবা অসিনি।

য়াইমা—অদুদি তোলেন দুর্গা পূজা মখল অনিদু কনানা চুম্মী কনানা লাল্লি ?

তোলেন—অনিমক চুম্মী অমত্তা লান্দে ; পূজা অনিমক লাই হাকতক্কী লাইনা হৌদোক্তুনা চৎনরম্লবনি মীওইবা ঐখোয়না মান-মান পামজবা চৎপদা য়াই অমত্তা লান্দে।

য়াইমা—অদুদি তোলেন, দুর্গা পূজা মখল অনি অসি করম-করম্না লাইনা করম-করম্না মতমদা হৌদোক্লম্মী নংগী মোত্তনা করম্বনা পাম্মী ?

তোলেন—তায়াই, ননাওনা লাইরিক্তা থেংনজবদি অসুম্না লৈ-সত্য যুগ হায়বা মতম অদুদগী সুরথ কৌবা নিংথৌনা চহি খুদিংগী শাজিবু থাগী নোংমা পান্বদগী চাওরেন হৌরগা ১০ নি পান্বদা পূজা লোইশিন্বা অসি চৎনদুনা লাকখি।

মথংদা ত্রেতা কৌবা যুগতা ঈশ্বরনা মী ওইনা শায়োন্দুনা হায়বদি রাম ওইরবা মতমদা, লঙ্কাগী রাবণ হিংচাবনা সিতা হুখিবগী রাথোক্তা শ্রীরামচন্দ্রনা সমুদ্র পন থিংদুনা লঙ্কাদা চংদুনা হিংচাবগা লানথেংনবদা রাবণগী শাগৈ হিংচাবা পুম্নমক তুম্না শিরে, রাবণ মথন্তা ঙাইরে।

মতম অদুদা দুর্গা দেবীনা মনাই অচানবা রাবণগী দোলাইদা ফম্লগা রাবণবু ঙাক্তুনা থমগ্রবদা শ্রীরামনা রাবণবু হাৎপা ঙমদরে। শ্রীরামগী অরাবসি য়েংবা মুংঙাইত্রদুনা লাইনিংথৌ শোরারেননা তাইবং শেম্বা বিধি কৌবা লাইদা

শ্রীরামনা রাবণ হাৎপা করম তৌরগা ভমগনি হংজৈ। ব্রহ্মানা হায় শ্রীরামনা দুর্গা পূজা তৌরগা দুর্গানা পেনৰিত্নুনা রাবণবু থাদোক্লবতদা রামনা রাবণবু হাৎপা ঙমগনি মহু নত্তনদি উপায় লৈরোই।

রাক্ষম অসি তাবদা লাইনিংথৌ শোরারেননা ব্রহ্মাদা হায়জত্নুনা রামগী মনাক্তা লাক্লগা ব্রহ্মানা শ্রীরামদা হায়জৈ। হে প্রভু, রাবণ হাৎপা ঙমননবা দু র্গা পূজা তৌবিয়ু। শ্রীরামনা হায়—হে বিধি, হৌজিক দু র্গা পূজা মতম নত্তে। ঙসি মেরা থাগী ৫ নি পানবা লোইগদৌরে, নোংঙাল্লবদি ৬ নি পা.া ওইরগনি। হান্না চৎনরকপা দু র্গা পূজাদি শাজিবু থাগী নোংমা পানবদগী হৌরগা ১০ নি পান্নদা দেবীগী মুর্ত্তী বিসর্জ্জন তৌনরকই। ঐগী ইরমগীদমক তাইবংপান্নগী চৎনবী করম্না থুগাইগনি।

ব্রহ্মান হায়জৈ—হে প্রভু, হান্নগী চৎনবী থুগাইগদবা নত্তে। হান্নগীত্নুস্নু কায়দসন্নু, প্রভুনা অনৌবা চৎনবী অমা হৌদোকপিবদি তাইবংপান্নগী য়াইফবনি। ব্রহ্মা ঐনা তাইবং শেমজবা প্রভুগী নয়াথং ঙাকচবনি।

অসি হায়না থুরুমজরগা ব্রহ্মা হনখরে। সুমিৎ অত্নু লেল্লগা নোংঙাল্লবদা তেংবানবগী মপু ঈশ্বর শ্রীরামচন্দ্রনা মেরা থাগী ৬ নি পান্না সুমিত্তগী দু র্গা পূজা হৌরগা ৯ নি পান্না সুমিত্তা পূজা লোইশিল্লে। ১০ নি পান্নদা দেবীগী মুর্ত্তি সমুদ্রদা থাদরগা অমুক হন্না রাবণগা লান শোক্লরে। দু র্গানা রাবণবু থাদোকলমলবদা শ্রীরামনা রাবণ হাৎখি।

অস্নুম্না হৌজিক মেরা থাগী দু র্গা পূজা অসি শ্রীরামনা হৌদোক্লস্বনি। শ্রীরামচন্দ্রনা বৎখিবা দু র্গা পূজা অসি হামেং

য়াওনচিংবা বলি কক্নুা পুজা তৌখিদে জীব হিংসা তৌখিদে। মনম মুংশিবা লৈ, পত্র, ফল-মুল, নিংথিজবা উহৈনচিংবা নৈবিদ্যনা পুজা কংখি।

মরম অসিনা তায়াই, ননাওনা পামজবা মোত্তি ঐখোয়গী ইপা-ইপুনা তৌরম্বা জীব হিংসা তৌদবা নিরামিসনা নৈবেদ্য কংপা দুর্গা পুজা অসি পামজে। বলি তৌদুনা জীব হিংসা তৌবা দুর্গা পুজা অদুস্তু লাই হাকতক্কগী তৌরকপনি মদুস্তু লান্দে অপাম্বা মীনা তৌজসনু।

য়াইমা—তাচৌ, তাচৌগী মোত্তদি দুর্গা পুজা মখল অনি অসি করম্বনা পাম্বিবগে ?

চাওবা—য়াইমা, দুর্গা পুজা হায়বা অসি মৈতৈ ঐখোয়না তৌগদবা নত্তে। মৈতৈ ঐখোয়গীদি পান্থোইবী ইরাৎপনা অচুম্বনি।

য়াইমা—তাচৌ, ননাওনা খংজবদি মৈতৈ ইপা ইপুনা মেরা থাদা দুর্গা পুজা তৌবা অসি ঐখোয়না অভাং ওইরিদ্রেদগী অদুম্মক তৌরম্লে, হৌজিক ফাওবসু তৌনরি। পান্থোইবী ইরাৎপদি থেংনজবা ইকুই কুইদ্রি, চহি ৫/৬ লোমদা মঙাইরি।

চাওবা—চুম্মি য়াইনা অচুম্বনি, ঐখোয়গী থুঙ্গংগীসু পান্থোইবী ইরাৎপা হৌথিবা অসি চহি ৩ দমক মঙাইরি, কুমশি চহিগদি ৪শুগ-দৌরিবনি। মৈতৈ ঐখোয়গী তৌগদবা লাইনিং লিচৎ কয়ামরুম মতম কুইনা নমশিন্দুনা লৈরুরবনি হৌজিক্কা নৌনা হৌনরক্লিবসিনি।

তোম্বলেন—তায়াইসু তাচৌসু তাবিয়ু ননাও রা অমা হায়জগে। পান্থোইবী ইরাৎপগী মরমদা ননাওনা থিজিনজরুবদা মেরা থাদা পান্থোইবী ইরাংকদবা নত্তে।

য়াইমা—তোলেন নংনা হায়রিবসিবু কনাগী মরানো করি লাইরিক্তা য়াওই করি থাদা পান্থোইবী ইরাংকনি হায়য়ু ?

তোলেন—তায়াই, রাফম অসি লাইরিক্কগী ফংবা নত্তে, সনা কোন্নুংগী পণ্ডিত লোইশংদা হংজরুবদা পণ্ডিত অচৌবনা হায়বিরকপনি। মতুদি—পান্থোইবীবু মৈতৈনা থৌনিবা থাদি লমতা থাদনি ২৭ নি পান্না নুমিৎ অতুমতা তৌই। মফম নোংমাইজিংদা তৌই। মাগী মরমদা ইবা লাইরিক পান্থোইবী থৌনিরোন কৌবা লাইরিক্তা য়াওবনি। মৈতৈ লৈবাক্তা লেংদনা লৈবা পান্থোইবীগী খুবমপুন্নমক লমতা থাদা চাক্তা হরাওই। অসুম হায়না পণ্ডিত অচৌবনা হায়বিরকই।

য়াইমা—অতুদি হৌজিক মৈতৈ কাংলুপ খরনা মেরা থাদা পান্থোইবী ইরাং থৌনি তৌনরক্লিবা অসিদি পণ্ডিত্তা নংনা মরম হংদবরা ?

তোলেন—তায়াই, ঐনা পণ্ডিত উনজরুবদি রাফম অতুগীদমকনি। হন্দক্তা চহি ৪/৫ গী মমাংদগী মৈতৈ মরুপনা দুর্গা পুজাগী মতমদা পান্থোইবী ইরাংপা তৌনরক্লিবা অসিবু থাইনগী ইপা-ইপুনা তৌনরম্বা ওইরমগদরা ? করম্বা পুয়াদা য়াওরমগনি. পুয়া পাইবা পণ্ডিততা হংলবদি খংবা য়াই খন্দুনা পণ্ডিতপু উনজরুবনি। ঐনা হংজে—পান্থোইবী লাইরেম্বীগী ইরাং পুজা অসি মৈতৈ ঐখোয়না করি থাদা ইরাংনবগে ? করি থাগী কয়ানি প্নানবদা হৌরগা নুমিৎ কয়ানি ইরাংনবগে ?

পণ্ডিতনা হায়বিরকই, মেরা থাদা পান্থোইবীবু পুজা তৌবদি হিয়াংথাংদা খুভম লৈবা মরম্না তৌই। থাইনদগী তৌরকই। অতৈ মফমদা তৌরক্তে। অসুম্না পণ্ডিতনা হায়রকখি। অতুনা হৌজিক খংলে মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা মেরা থাদা পান্থোইবীবু ইরাং থৌনী

তৌরকখিদে। পান্থোইবীগী হবাওবা ইরাৎ থৌনি তৌবা থাদি লমতা থাদনি।

হৌজিক মৈতৈ মকপনা মেরা থাদা পান্থোইবীগী ইরাৎ থৌনি তৌনরক্লিবা অসিদি অনৌবা হৌদোকপনি। থাইনদগী ইপা ইপুশিংনা চৎনরকপা নত্তে। মসি ননাওগী অরেপ্পা মোটনি।

য়াইমা—খংলে রাফম অহু লৈখিসন্থু তোলেন, ঙসাইগী শোরাৎ শোনবগী রাফম অহু অমুক হায়রো, মহু শেংদোক্লখিসি।

তোলেন—হায়জগে তয়াই, তাচৌস্থু তাবিবো, হিন্দু ধর্ম্ম ওইহুনস্থু দুর্গা পুজা মখল অনি থোক্লা চৎনরিবা অসিগুম্মা শ্রাদ্ধ শোনবদস্থু প্রেতগী শ্রাদ্ধ, বৈরাগ্যগী শ্রাদ্ধ হায়না মখল অনি থোকই। ঐনা অহান্নদা হায়জখিবা লৈখিদ্রবা মী অহুগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা পেনবীনবগীদমক লংজরিবা পুম্নমক অহু লৈখিদ্রীবা মহাক্লা কৎচবনি হায়বা রাখল অশোমদা খল্লগা কৎলিবা শ্রাদ্ধ অহু বৈরাগ্যগী শ্রাদ্ধনি, শ্রীগৌরাঙ্গগী মোটনি।

প্রেতগী শ্রাদ্ধদি শ্রীগৌরাঙ্গ লেংশিন্বা তৌনদে। শ্রীবিষ্ণু, গোপালদেব লেংশিল্লগা পোৎলম পুম্নমক অহু শ্রীবিষ্ণুদা পুন্না কৎলগা, শরনীদি হান্নগুম্না লৈখিদ্রীবা অহুগী মফমদা ইবুংঙোনা চান্নীয়ু পুম্নমক অসি মহাক্লা কৎচবনি হায়বা রাখল খল্লগা কৎকনি। কৎলবা মতুংদা লৈখিদ্রীবা প্রেত অহুগীদমক পিফম থেংকপা শিঙুনচিংবা পিনৈ, মসি প্রেতগী শ্রাদ্ধ কৌই। বেদগী মোটনি।

চাওবা—মদুদনিনে য়ানিংদ্রিবসে তোলেম, নখোয়না নেকউরিবা বামোন অদুনা লোল্লিবা অদুবু করি হায়রিবনো নহাকপু খংবরা? খুৎথাংদা মীতোপ অমুক নেকউদ্রবস্থু নশা নশানা ইমারোন্না কৎপদি য়াদবরা?

তোলেন—তাচৌ, ইশ্বরদি মীওইবনা ঙাংনরিবা লোন খুদিংমক লোইনা খংঙি। অতুদসু নত্তনা, শা-উচেক, তিল, কাং, ককচেংনচিংবা জীব পুম্নমক্কী লোন খংঙি। মখোল থোক্তবা ব্রা ঙাংবা ঙমদবা ককচেংনচিংবা তিন মখল কয়া লৈরিবা পুম্নমক অসিগী লোল ঈশ্বরদি খংঙি। শ্রাদ্ধ শোল্লিবা পুরোহিত অতুনা হায়-রিবা মন্ত্র অতু তাচৌনা, এৗনা, লৈখিদ্রীবা অতুনা খংদ্রবসু ঈশ্বর মাদি খংঙি। মরম অসিনা মরম খংলবা পুরোহিত নেকপা চৎনরিবনি।

চাওবা—ঈশ্বরনা ইমারোন্না কৎলবসু লৌগদবা লৈরে অতু ওইরবদি বামোন নেকউদ্রবসু ইশানা ইরোন্না কৎপনা ফত্তুনে ?

তোলেন—তাচৌ মরম খংলবা ব্রাহ্মণ পুরোহিত নেক্তবা য়াদে। শ্রাদ্ধ ফিরোই কন্ম তৌবদা নত্তে, থবক মরম খুদিংমক্তা মীওইবা ঐখোয়গী অখংবা অহৈবা নেক্তবা য়াদে।

চাওবা—ঐগীদি নেকওই, ইশানা অতুম ইমারোন্না কৎচগনি। বামোন্নি হায়তুনা মফম-মরাং খংদবা, য়ু থকপা, য়েরুম বোরা চাবা, মৈতৈগী চক্কু চাবা বামোন য়াম্না থেংনরে, ইয়াম্বা সুকপাম পামদে। শোল্লিবা মন্ত্র অতু চুম্মী খংদে লাল্লি খংদে। ইমা-রোন্না শোল্লবদি চুম্মী-লাল্লি খংগদবা। অতুগুম্বা চিংনবা থবক অদু ইয়াম্বদি সুকতৌ তৌরোই।

তোলেন—হোয় তাচৌ, হৌজিক্কী মতমদা বামোনশিংগী মরক্তগীসু লমচৎ চুমদবা ব্রাহ্মণগী লমচৎ চত্তবা শা চাবা য়ু থকপা হাওনা থোংবা চাক চাবা লাই সেবা তৌদবা কয়া অমা য়াওরক্লি। মখোয় অতু ব্রাহ্মণ নত্রবনি, হাওদগীসু হেন্না তোল্লে হায়বা য়াই। মখোয় অতু ময়ামগী উসোপ্তা চাক থোংবা য়াওহন্নদে, ব্রাহ্মণ মরক্তা চংহন্দে চাবা থকপদা শম্ননদে। বামোন ওইরবসু

থৌরমদা শোল্লিবা লাইশোন-তিনশোন অহ্ অনাবা অহুনস্থ মরোল খংদে, নাদবা ইমুংতুগী মীওইশিংনস্থ খংদে। অহুবু অখংবা অহৈবা মাইবা অহুনা অনাবা অহুগীদমক মহুৎ শিন্দুনা মরম চুম্না ইরাং চবান, লাইশোন-তিনশোন তৌরগা অনাবা অহু করকইদনা ?

অহুগুম্না শ্রাদ্ধ শোল্লিবা পুরোহিত অহুনা লোল্লিবা লাইরোল অহ্ লৈখিদ্রীবা অহুনা খংদ্রবস্থ, কশ্ম মপুনা খংদ্রবস্থ পুরোহিত অহুনা মরম খংবা অহৈবা অমা ওইহুন মানা তৌরিবা থৌরম অহু লান্দনা মরম চুম্না কংলবদি শোইদনমক শিগ্রবা অহুগীস্থ, হিংলিবা কৎচরিবা য়ুম্নুগীস্থ অনিমক্কী অফবা ওইবে।

তৌবদি হৌজিক মতমগী থরদি লুবা অমা লৈরি, মরমদি—ব্রাহ্মণ ওইনদি লৈরগা মরমদি করিমতা খংদবা করিমতা হৈতবা অহুবু শেন পাম্বদগী অখং অহৈ শাহুনা মতো মান্নবা হোৎনরগা শেন তানবা ব্রাহ্মণস্থ য়াওদবা নত্তে।

ব্রাহ্মণতবুস্থ নত্তে, মাইবস্থ মরমদি খংদবা হৈস্থ-হৈতবা শেন পাম্বদগী খংবা-হৈবা শাবা, মাইবদি নত্তবা মাইবা মান্নবা মাইবা শাহুনা শেন তানবা মীওইস্থ য়াওদবা নত্তে। ডাক্তরস্থ অহুমঙাই হৈদি-হৈতবা সার্টিফিকেট তাম্নোকলগা ডাক্তর শাহুনা শেন তানবা মীস্থ য়াওদবা নত্তে। অহুগুম্না ডাক্তর শাবা, মাইবদি নত্তবা মাইবা শাবা, ব্রাহ্মণদি নত্তবা ব্রাহ্মণ মান্নবা ব্রাহ্মণ শাবা, মখোয়শিং অসিনা তৌবা থৌরমশিং অহু অমত্তা অফবা ওইরক্লোই।

য়াইম্না—অহুবুদি চুম্মীদা, হৌজিক কালগী মীশিং অসি খংদনা অখং-অহৈ শাবা য়াম্না লৈ। ঐখোয়গী মাইপৈ অশোমগী মাইবশিং অসি ঐ

সুকথা হেক থাজদে। মাইবদি নত্তবা মাইবা মান্নবা শাব। ঙাক্ত ওইনা তৌই। ঐনা হেক য়াম্না থাজরিবসে তাদ নবদিপ্তদি ফৈ হায়বা খংঙি। মাইবা অতৈনা লাইনা লাইওং খংদ্রবা অহু মানা মিহুন তাপ পায়হনা হেক য়েংবা খুদক অহুদা হেক্তা হাই। মসিদি লাইনা অহুনি থৌ অদু তৌফম থোকই। মসিদি লাইওং অহুনি ইরাৎ চবান অহু তৌফম থোকই। মানা হায়বা-হায়বা অদু হেক তৌথোক্লগা অনাবদু হেক্তা পোৎথাই, হেক্তা ফৈ। মাদি অশেং-অশেংবা হেক্তা হায়বা জাৎনি। মসিদি মৈতৈ মাইবনা য়েংগদবনি, মসিদি ঙাক্তরনা য়েংগদবা অনাবনি হেক্তা হায়বা জাৎনি। মাদংদি ঐনা ফৈ হায়বা খংঙি।

তোলেন—অচুম্বনি তায়াই, তাদা নবদিপতি তশেংবা মাইবনি হায়বা য়াই। মহাক্না নোংমা ঐঙোন্দা হায়খি—ইনাও ইবুংঙো উরিক লুগুণ থাগনু হরিনাম কাওগনু চৎথোক খোত্তোকপদা লাই ওক্লরোইদবনি, তিনমু লাইমু থেংনবা হৌনদবনি। তাদ নবদিপনা হায়খিবা অদু ঐ য়াম্না থাজৈ। ঐনা সুম য়েংববু লাই-তিন ওক্লদুনা ঙাওনা কৈনা নাবশিং অসি উরিক লুগুণদি থমখিসি, মঙকশমদা লংশুং মতৎ অমা ফাওবা থাদবা, ইরু-জদনা চাক চাবগী বেরা লৈতবা অদুগুম্বা মীওই ঙাক্তা ওইনা তৌই। তায়াইসু তাচৌসু সুম য়েংবিয়ুদো নহা ওইরবসু অহন ওইরবসু গৌরিয়া তৌদবা উরিক লুগুণ য়াওদবা মীওইদা ঙাক্তা লাইওক তিলওকপা অসি তৌগল্লি। নহা ওইরবসু পুং ঈশৈ তৌবা লাইমিং লৌরবা উরিক লুগুণ থাদবা মীওইদা লাইওক-তিলওকই হায়বসি পংতা তাদে।

চাওবা—নংগী অহনা গৌরর্ম্বু পংথাং থাঙ্গৎপগী রানী। নখোয়দি বামোন্না হায়রিবা মখৈ পংফদা ফরবনী। বামোন্নবু হায় বদী

অরানবশু অহুম চুমলে, অমাংবশু অদুম শেংলে। মসি ইয়াম্বনা হাইজীনবা নত্তে হৌজিক-হৌজিক অদুম তৌরীবনী। খন্দনা য়েংউ ঙা চাবা বামোন্দা গুরু ওইদনা লম্বোইরে, লম্বোইরবদী ঙা চাবা য়াদে হাইদনা ঙা চাদ্রে। অদগা গুরু অদুদি মপুন্সী চুপ্পা ঙা অদুম চাবা য়াই। মসিবু করীনো? অশিবগী পোৎলোইবদা মংগুমলুরবদি অশিবদগী মশাগা শোক্ল-শম্ন-রুদ্রবশু মাংই হাইদনা ইরুজরগা মৈ ওক্লুনা তুলসি মচুম থক্লগা শেংলে হাইদনা চৎনহল্লে, অশিবগী লাইবক্কী শরু অদুবুদি মন্ত্রনা শেংদোকপা য়াই হায়দনা শেংদোক্লগা অস্তি লৌথৎলগা পুম্নমক্কা শোক্ল-শম্নবা য়াহল্লি। কয়াদা ফজত্রবা বামোনগী থৌশিলনো। তোলেন, ইয়াম্বা রা অমা হায়গে অশিবগী শরু অহু মন্ত্রনা শেংদোকপা য়ারিবনিনা, ঙা পোরোং-শরেংসু মন্ত্রনা শেংদোক্লগা উসোপ্তা য়াওহন্বা শ্রীগৌরচন্দ্রদা কৎপা য়াদবরা? নখোয় বামোন অজ্ঞাশিংদা অহুক হংলকউ?

তোলেন—তাচৌ অজ্ঞাশিংদা হংলুদ্রবসু ঐনা খংঙি, মহু য়াদে।

চাওবা—করিগী য়াদনি? মীগী শরু শেংলিবা মন্ত্রহুনা অহুম শেংবা য়াইনা।

তোলেন—উসোপ্তা ঙা য়াওহন্নিংবা তাচৌনা মন্ত্রনা অমুক শেংদোক্রবসু অদুম্মক য়াওহল্লু, গৌরধর্ম্মদি শা-ঙা চাবা য়াদে।

চাওবা—তোলেন নংবু ঙা চাদবরনে? গৌরচন্দ্র লাৎলিবা, নিতিগী লাই সেবা তৌরিবা, উসোব থোংলিবা বামোনদবু ঙা চাদবরনে?

তোলেন—গৌরধর্ম্ম চৎপা মীদি চা চাদে তাচৌ, যুমদা চারিবা অহুদি ঙা চাই হায়বা য়াদে।

চাওবা—নিতিগী ঙা চানরিবা নংনা ঙা চাদে হায়জিল্লরবদি রা হায়নিংঙাই অমুক লৈতরে। অথুম্বা চিনি মীয়ামগী লৈয়েংদা থুম্নবস্থু নংগী লৈয়েংদা খাই হায়রবদি করি অমুক হায়রুগনি।

তোলেন—ঐনা হায়বদি ঐ ইতোমদা ঙা চাদে হায়বা নত্তে, গৌরধর্ম্ম চৎলিব্বা মী লোইনমক ঙা চাদে হায়জবনি। মতুগী খুদম অশেংবা হায়জগে, তাবিয়ু তাচৌ। শ্রীগোপালদেব নম্রগা শ্রীগৌরচন্দ্র লেংশিন্দুনা কৎপা উসোপ্তা ঙা য়াওবা তাচৌ থেংনখিগ্রবরা? থেংনবিরমলোই। অতুনি গৌরধর্ম্ম চৎপা মী ঙা চাবা য়াদে হায়বদি। বামোনস্থু মৈতৈস্থু গৌরধর্ম্ম চৎলবা মী অতুদি ঙা চাদে হায়বা নিয়ম লৈ। য়ুম য়ুমদা চানরিবা অসিস্থু চাফম থোক্কবনি। ইপা ইপুশিংনা থবৎ হেক ককপা ঙমদতুনা চানরম্বদগী অতুক চারিবনি, চাফমদি থোক্কবনি। প্রমাণ অমরোমদা হৌজিক নিশা শিজিন্নবা য়াদে। গঙ্গা, কানি, য়ু, নম্বর 4 নচিংবা চাবা থকপা আইন্না য়াদে। অতুবু য়ু থকপদি অদম থক্করি। মরম অস্থুন্না য়ুম য়ুমদা ঙা চানরিবা অসিদি ফোংদোক্কনা লোন্না অতুক তৌজবনি মরম অসিনা ঙা চাদে হায়বনি।

চাওবা—ফজৈ ফজৈ, কয়াদা ফজরিবা, গৌরধর্ম্ম ঙা চাবা য়াদে অতুবু চাদবদি লৈতে। ঙাইখো তোলেন রা অমা হংগে? নংনা নুতিগী চাক চারমদাইদা জয় কৃষ্ণ হায়দুনা কৎলিদনা? নংনা কৎলিবা ঙা থোংবা অদু ঙা চাদবা কৃষ্ণ অদুদা কৎপদি য়াবরা?

তোলেন—তাচৌ কৃষ্ণদি ঈশ্বরনি, তাইবং পানবদা লৈরিবা লাই পুম্নমকস্থু কৃষ্ণদগী ওইরকপনি, পৃথিবীদা লৈরিবা মীওই জাতি খুদিংমক্কা মানা মানা চাবা চিঙ্গাক কৎলিবা অদু ঈশ্বর মানা লৌবি। তোঙান-তোঙাম্বা জাতিগী তোঙান-তোঙাম্বা লাইশিং অদুস্থু

কৃষ্ণ মহাক্না ওইবনি। মরম অসিনা জীব অদুগী থৱাই অতুনা পামজবা চিঙ্গাক কৎলিবদু কৃষ্ণনা লৌদবা লৈতে।

চাওবা—অদুদি গৌরধর্ম্মগী লাইনিং লিচৎ অসিদি—কৃষ্ণ অসি ঙাইহাক অমুক ঙা চাবা কৃষ্ণ, ঙাইহাক অমুক ঙা চাদবা কৃষ্ণ তারেনেকো? উসোব চাবা লাকইবা কৃষ্ণ ঙা চাদবা অতু মুমিদাং য়ুমদা ঙা পোরোং থোংবা ঙক্য। অতাওবা কৎলিবা অতু চাবা লাকইদনা?

অতুগুম্বা নমথাককী লাইনিং অতুবু কনানা হৌনৈ। ইয়াম্বদি মুকয়া য়ানিংদে। ঙা চাবা লাই নিংগে নিংঙু চাদবা লাই নিংগে নিংঙু লাইনিংববু অনি থোক্না নিংবা হৌনবরা? হি অনি তোংবা করাং শেগাইবা শোইদবনি।

তোলেন—তাচৌ, মথক্তা হৌগ্রবা ইপা ইপুশিংনা চৎনরম্লিবা লাইনিং লিচৎ অসি খন্নবা য়াবা কয়া খন্নরগা, নৈনবা য়াবা কয়া নৈনরগা, ককপা য়াবা কয়া কল্লগা অমদি লৌখৎপা য়াবা কয়া লৌখৎলগা মসিগী মখৈ ফরে হায়তুনা লেপ্পরগা চৎনরম্লবনি।

হৌজিক ইচিন ইনাও ঐখোয়না খন্নরিবা অসিদি অতুক খন্নবা শাবনি। মণিপুরদা গৌরধর্ম্ম চৎলমদাইদা খন্নখিবা অতুদি হৌজিক খন্নরিবা অসিদগী শকক ( চামা ) ১০০ হেন্না খন্নগ্রবনি। মতম অতুগী নিংথৌ মন্ত্রি অঙম-অথৌ প্রজা ফমনাই ফানাইবা ব্রহ্মসভানচিংবা পুন্নমক্না খন্নরগা লেপ্পরম্লবনি।

অসুম্না খন্ন-নৈনবা য়াবা খন্নবা লোইরগা চৎনরম্লবা লাইনিং লিচৎনি। ইপা ইপুশিং অতুনা চৎনরম্লবা লাইনিং লিচৎ ঙাক্না চৎলিবা অতু ইপানাং ইপুনাং ঙাকপা কৌই। অতুনা "তাচৌ" ননাওদি ইপানাং ইপুনাং ঙাক্তবা ঙমজরোই। ননাওনা হৌজিক চৎচরিবা অসি ইপানাংইপুনাংনি।

চাওবা—তোলেন নংনা হায়রিবা অসিনদি ঙরাংদা লাকপা গৌরধর্ম্মবু ইপানাং ইপুনাং তাহল্লেনে? ইপানাং ইপুনাং চংলিবা ঐখোয়বুনা অরান্বা তাহল্লেনে?

তোলেন—ঐনা অয়াম্বা তাইম্বা নত্তে, তাচৌ নয়মাই লানজবনি। তাচৌনা হৌজিক চৎলিবা লাইনিং লিচৎ অমদি তাচৌখোয়গী কাংলুপ মৈতৈময়ুম্না হৌজিক চৎলিবা লাইনিং লিচৎ অসিবু করম্বা মৈতৈ ইপা-ইপুশিংনা চৎলম্বগে? হৌজিক হৌজিক তাচৌ-খোয়না চৎলিবা লাইনিং লিচৎ অসিদি মহোশা মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চংলক্লিভৈ পামহৈবা নিংথৌগী মথক্তা লৈরম্বা ইপা ইপুশিং অদুনা চংলম্বা লাইনিং লিচৎ অদুসু নত্তে। হিন্দুধর্ম্ম চৎনরক্লবা মতমদা লৈরম্বা ইপা-ইপুশিং অদুনা চৎনরকপা লাইনিং লিচৎ অদুসু নত্তে। গৌরধর্ম্মমকম্মু নত্তবা মওং মতৌদি খর লৌবা অনৌবা মথল অমা হোংদোকলকপনি, ইপানাৎ ইপুনাৎ নত্তে।

অদুনা তাচৌখোয়না পুথোরক্লিবা লমচৎ, ধর্ম্ম অদুদি ইপানাৎ ইপুনাৎ ঙাক্লবা কৌই। অহন-লমনগী পাউরৌদা নিংথৌ শেম্বা য়াওরুগন্নু নিংথৌ কম্বা য়াও হায়বা পাউরৌ মতুং ইন্না ননাওদি ইপানাৎ ইপুনাৎ ঙাক্লবা হোৎনজরগে। অনৌবা অমা শেমগৎলিবা অদুদা য়াওজররোই।

যাইমা তাচৌ, ননাওদি তাচৌগা তোলেনগা অনিনা ঙাংনরিবসি তারু তারুরগা ভাব অমা তাশিল্লকতরে। হায়বদি ঐবু কদোমদা চৎকগদবনো মফম খংদ্রে। তাচৌগী তুংবু ইনগদ্রা? তোলেন-না হায়রিবশিং অসিসু চুম্মী খেৎফম লৈতে। অদুনা ধর্ম্ম অনি অসি করম্বনা ফগবনো কদোমদা চৎসিগে হায়বা খংলক্লব-গী য়ানি।

মসিদা ঐনা তাচৌদা য়া অমগা হংনিংই? মদুদি—তাচৌবু মহৌশাদি বামোন্না থোংবা চারম্মী, অদুগা হাকুমদগীদি বামোন্না থোংবা চাদ্রিবসিনা করিগীনো?

চাওবা--য়াইমা মদ্গী মরমদি অসিনি --বামোনস্থু নং-ঐগুম্বা মীনি, মান হৈবা অতু ঐস্থু হৈ, মান ঙম্বা অদু ঐস্থু অদুম ঙম্মী করি অমতা খেৎনদে। অদুদা মান থোংবদি ঐনা চারগা ঐনা থোংবদি মহাক চাও হায়বা য়াদে। অদুনদি মান থোংবস্থু ঐনা চাদবা তাবনি।

য়াইমা, বামোন্না মৈতৈ ঐখোয় অসিবু য়াম্না হন্থনা খগা জাৎনি, মথুয়াগী উফূনগুম্না উবা জাৎনি। মৈতৈ নিঙোননি হায়দুনা হেক পোকপীবা মমাগী খুৎ চাদবা বামোন্নি। ঐবু পোকপীবা ইমাবু চাকখুম চংহন্দবা ইমানা থোংববু ঐনা চাবা য়াদে মাংই হায়বা, অসিগুম্বা নমথাকী চৎনবী শেম্বা বামোন্না থোংববু ঐনা করিগী চাজরুনি অতুগুম্বা বামোনগী চংনলোন অদু মৈতৈ ইপানাৎ ইপুনাৎ নত্তে।

য়াইমা—হায়রিবা অসিস্থু চুমগ্রবা রাফমনি, রাফম অদুমদি ননাও ঐস্থু নুংঙাইজদে। তোলেন তাচৌনা হায়রিবা অসি লানবরনে? হেক পোকচবী মমা অতুবুদি মৈতৈ নিঙোননি মাংই হায়দুনা মথুৎ চাদ্রগা, অমাংবা মমাহুনা পোকপা মচান্নুপা অদুবু উসোব থোংহল্লিবা অদুদি মাংদবরা?

তোলেন—তায়াই মতুগী মরম অসিনি—মমা ওইবী অতু মৈতৈ ওইরে অতুম ওইগনি, হাও ওইরে অদুম ওইগনি মপোকসিমগী হোংলরোই। মচা ওইবা অদুগীদি মপা অদুগী ঈঃ ওইগনি। হায়বদি মৈতৈ নিঙোন অদুনা বামোন্দা ওংলগা পোকপা মচাদু বামোন ওইগনি। মৈতৈ নিঙোন অদুনা পাঙনদা ওংলগা পোকপা মচা অদুদি পাঙন্নি। মৈতৈ নিঙোন অদুনা হাওদা ওংলগা পোকপা মচাদু হাওনি। মমা অদুদি মপুক্সি চুপ্পা মৈতৈ নিঙোননি।

মতুগী তশেংবা খুদমদি—মুপী ওইবীদি লৌফমগুম্বনি, হায়বদি লৌফম অমদা ফৌরেন থারবস্তু ফৌরেন লোকই, ফৌঙাং থারগা ফৌঙাং লোকই, কুম্বী ফৌ থারগা কুম্বী ফৌ ফংই। অতুনা হুনখিবা মরু অতুগী মহৈ ফংবগুম মপা অদুনা হুনখিবা মরু অদুস্তু মপাদুগী জাতি ওইরিবনি।

মমা ওইরিবী অতুদি হান্নগী মাবু পোকপা মপাদুগী জাতি অদুম ওইগনি। করিগুম্বা হাও নিঙোন অমা মৈতৈ দা ময়ুম পান্দুনা পোকলকপা মচাতু হাও ওইদে, মৈতৈ মচা অদুম ওই। মমা হাওনি হায়তুনা মচাদি মৈতৈ ওইবগুম, মমা মৈতৈ ওইরবস্তু মপানা ব্রাহ্মণ ওইবনা মচাস্তু ব্রাহ্মণ অশেংবনি।

মৈতৈনা থোংবা ব্রাহ্মণনা চাদবা, নিংথৌমচানা থোংবস্তু ব্রাহ্মণনা চাবা য়াদবা, হাওনা থোংবা চাবা য়াদবদি মৈতৈ নিথৌমচা অমস্তুং ব্রাহ্মণ অহুম্মক চাবা য়াদে হায়দুনা চানদ্রি।

অস্তুম্না মীওইবা জাতিগী হকচাং কায়াৎ চপ মান্নরবস্তু জাতিগী ওইবা লমচৎ শাজৎ ফিজেৎ চাকচা থবক থৌরম মান্নদবা মতুংইন্না কাংলুপ কাংলুপকী ওইবা জাতি মখল কয়া থায়দোক্লুনা লৈরিবা অসিনি। মীওইবা জীব মখল অমখক্ত-দা অচৌ-অপিক, অথোই অহেন, অক-ফক্ত থায়রম্লিবা অসি ল্যাইহাকতক্তগী থায়রম্লবনি।

ঈশ্বরনা তাইবংমী শেম্লবা মতম অদুদগী হৌদুনা বেদনা মীওইববু মখল মরি থোকনা শেমদোকই। মখল মরি অদুবু বর্ণ মরি কৌই। মদুদি—ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রি, বৈশ্য অমস্তুং শুদ্র অসিনি।

বর্ণ ৪ গী অথোইবা মকোক থোংবদি ব্রাহ্মণনি, ব্রাহ্মণদি লাইগী ঙমথংনি। মথা থাবা বর্ণ ৩ অদুনা থোংবা চাবা য়াদে হাইবা নিয়ম অসি লাই হাকতক্কী বেদনা শেমদুনা চৎনরম্লবা লিচৎনি। মথা থাবা বর্ণগী মথক থোংবা বর্ণনা মথুৎ চাদবা চৎনবী অদুসু বেদনা শেমলম্লবা নিয়মনী।

মনিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চংলকপদগী মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা চৎনরম্লিবা অসিসু বেদগী মোৎনি। বেদ হায়বা লাইরিক অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংনি। তাইবংপানবদা মতম মতমগী চৎনরোল ধর্ম্ম শেমগৎপসু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি।

চাওবা—তোলেন নংনা হাইরিবা অসিবু মনিপুরদা শান্তিদাস গোষাইনা রামান্দি ধর্ম্ম পুশিল্লকতুনা মৈতৈ ইপা ইপুগী লাইনিং লিচৎ থুগাইদুনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎহনখিবা সান্তিদাস অদু ভগবান কৃষ্ণরা? কৃষ্ণনি হায়গে হায়রিব্রা?

তোলেন—মদুমক হায়বা য়াই তাচৌ, তাইবংপানবগী জীব খুদিংমক্তা তৌরিবা থবক থৌরম হিরম খুদিংমক অসি ভগবান কৃষ্ণননি হায়বদা লান্দে। তাইবংপানবগী জীবশিংদি ঈশ্বর মাগী থৌদা ইন্দুনা মাগী লিলা য়াওরিবনী। ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি নিংখা তম্বা লাইনি, মহাক নত্তনা নিংখা তম্বা ঙম্বা লাই অমা লৈতে। লাই পুম্নমকসি মহাক্কী শিন্থা হিকতোকপা ঙম্বা লাই লৈতে। লাই পুম্নমক্তা ভগবান কৃষ্ণবু খুরুম্বনি, লাই মক্তা কৃষ্ণনা পিবা শিন্থা হিকতোকপা ঙমদ্রগা, মীচম ওইবা তাচৌখোয় ঐখোয়না করম্না হিকতোকপা ঙমগনি? মতম মতমগী অনৌবা ধর্ম্ম শেমগৎপসু মহাক্কি। মদুগী অশেংবা খুদম শ্রীমদ্ভগবদগীতাগী মরিসুবা অধ্যায়গী ৭শুবা শ্লোক ১সুং ৮শুবা শ্লোক্তা হায়রি।

যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত।
অভ্যুত্থানমধর্ম্মশ্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম ॥ ৭ ॥
পরিত্রাণায় সাধুনাং বিনাশায়চ দুস্কৃতাম্ ।
ধর্ম্ম সংস্থাপনা র্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে ॥ ৮ ॥

অর্থ - হে ভারত ! (হে অর্জ্জুন) ধর্ম্মনা ময়েং তারক্লবা অধর্ম্মনা হেঙ্গৎলক্লবা মতম অতুদা ঐনা অবতার হেক হেক তৌই। (শায়োন্নি)।। ৭ ॥

সাধুশিংবু ঙাক্লবা, ফত্তবশিংবু মাঙহন্নবা অমসুং ধর্ম্মবু নিং- থিনা লিংখৎনবগীদমক ঐহাক্না যুগ খুদিংদা অবতার তৌই। (শায়োন্নি) ॥ ৮ ॥

অসুম্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হাইখিবা মতম অতু দ্বাপর যুগকী মহাভারত লান হৌরমদাইদা কৌরব পাণ্ডব তেঙ্গোল অনিগী ময়াইদা লৈরগা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হাইখিবনিদনা ?

মতুদগী দ্বাপর যুগ লোইখিতুনা কলিযুগ হৌগৎলকপদা গৌতম বুদ্ধদেব ওইনা অবতার তৌরগা বৌদ্ধধর্ম্ম শন্দোকপি- বসি মীয়াম্না খংনরি।

মথুংদা ভগবান কৃষ্ণগী শক্তি অমনা যিশু খৃষ্ট ওইনা অবতার তৌতুনা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপিতুনা চৎনরক্পদগী ঐখোয়গী মণি পুরগী চিংমী কাংলুপশিংসু খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎখ্রিবন্নিনি !

মথংদা শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না নবদ্বীপ্তা গৌরাঙ্গ কৌতুনা ঈশ্বরগী মনাই ভক্ত অমগী শক্লম ওইবিতুনা কলি যুগতা পোক্লরিবা জীবশিংগী ফনবগীদমক অবতার তৌবনি। গৌরাঙ্গ প্রভুনা তম্বীরম্নবা গৌরধর্ম্ম, মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা ফরে হায়তুনা চৎ লম্নবা ইপানাৎ ইপুনাৎপু ভোকথোক্লগা অনৌবা লাইনিং ধর্ম্ম

অমা শেমগৎকনি হায়হুনা তাচৌখোয়না হোৎনরিবা অহু ননাও-না থিংবদি ইতিক নতে থিংজরোই, অহুগা মহুমক ওইবদি ওইরোই। মরমদি মতম মতমগী ধর্ম্ম শেমগৎপা লিংখৎপদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তৌগদবনি। জগৎ তাইবংপানবদা তৌরিবা পুম্নমক অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লিলানি। তাইবং মীওইবা ঐখোয়দি মহাক্কী শিন্থা ইনবনি। তাইবংপানবদা লৈরিবা মীওইবা জীবদমক নত্তনা লাই ফাওবস্তু মহাক্কী শিন্থা ইনবা নত্তনা নিংখা তম্বা ঙম্বা জীব লৈতে।

গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খিবা মহাক্কী অবতার অহু লোইগদবা রাৎলি। হৌজিক ওইরিবা কলি যুগ অসিগী লোইরকপা মতমদা ভগবান কৃষ্ণনা খা ভারত্তা ব্রাহ্মণ মচা ওইনা শায়োল-লকখিগদৌরিবনি।

য়াইমা—তোলেন নংগীসিবু নমিৎনা উবগুম্না পাও অসি তম্লি, নংদি করম্না খঙঙি? কৃষ্ণনা শায়োনগদবা রাৎলি হায়বহুনা চহি কয়া রাৎলিবা?

তোলেন—তায়াই, ননাওনা খঙজরিবা অসি লাইরিক্কুগী মক্তনি। ভগবান কৃষ্ণনা অবতার তৌবগী রাফম অসি শ্রীমদ্ভাগবদ পুরান, ব্রহ্ম-বৈবর্ত্ত পুরাননচিংবা লাইরিক অয়াম্বদা য়াওই। মহু শমলপ্না খরদং হায়জগে।

সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমস্যুং কলি কৌবা যুগ মরি অসিদা জয়দেব কৌবা কবিনা ভগবান কৃষ্ণগী অবতার অসি মরুওইবা তরাদং লৌখৎলগা শৈশকই। কলি কৌবা যুগকী অবতারশিংদগী জয়দেব কবিনা অবতার অনি লৌখৎলগা শৈথাহুনা শৈশকলম্মী।

কলিযুগকী অহানবা অবতারদা, জয়দেবনা লৌখৎপা অবতার তরাগিনা (৯) মাপনশুবা অবতারদা ভগবাননা বুদ্ধদেব কৌহ্নুনা অবতার তৌরগা জীব-হিংসা তৌববু থিংগনি।

কলিযুগকী অরোইবা মতমদা, জয়দেবনা লৌখৎপা অবতার তরাগীনা (১০) তরাশুবা অবতার, শ্রীমদ্ভাগবদনা হায়বা অবতারনা (২২) কুন্নিথোইশুবা অবতারদা ভগবান কৃষ্ণনা মহাভারতকী সম্ভল কৌবা খুঙ্গংদা বিষ্ণুযশা কৌবা ব্রাহ্মণগী য়ুমদা পোক্কনি।

অসুম্না কল্কি অবতার তৌরগা মথংদা ভাগবদগী শাস্ত্র পুন্নমক তম্বা লোইরগা মহাদেবগী নিংবগা য়ৌবগা মান্নবা শগোল অঙৌবা অমগা, খুৎসু থাং অমগা, লান্দা শেৎনবা শাফি লানফি কোয়েৎসু কোম্বনা ফংগনি। লাইনা পীবা শাগোল অদু তোংহ্নুনা মহাদেবনা পীবা থাং অদু পায়রগা ফত্তবা মীওই ম্লেচ্ছনচিংবা পুন্নমক তুম্না হাৎকনি হায়না লাই-রিক্তা লৈ। মদুগী মথংদা মহাপ্রলয় তৌহ্নুনা পৃথিবী ফাওবা মাংথ্রগনি, মথংদা সত্য যুগ অমুক হৌরগনি। অসুম্না লাইরিক্তা লৈ।

য়াইমা—তোম্লেন, অদুদি হায়য়ু কল্কি অবতার তৌগদবা মতম অদুদি চহি কয়া ল্লাংলি? বুদ্ধদেব ওইনা অবতার তৌখিবনা চহি কয়া শুখরে মদুগী মরম অদুদি লাইরিক্তা য়াওদ্রবরা ?

তোম্লেন—য়াওই তায়াই, পুন্নমক লাইরিক্তা লোইনা য়াওই, ননাও হায়জগে। কলি যুগ হায়বা অসি চহি লাক্ষ মরিগা লিশিং ৩২ ( ৪,৩২,০০০ ) না শায় হায়না লাইরিক্তা লৈ। কলি যুগ হৌখিবদি - 'মাঘী পুর্ণিমায় শুক্রবারে কলিযুগের উৎপত্তি

হয়”—ফাইরেনগী পুর্ণিমা ইরাই থুমিল্লা কলিযুগ পোকই অস্থুম্না ইরি।

পণ্ডিতশিংনা খন্নবদা কলিযুগ হৌখিবা অসি খৃষ্টগী মমাং চহি ৩১০১ দা ওইগনি হায়না লেপ্পে। মরম অসিনা কুমসি খৃষ্টাব্দ ১৯৯৪ দা কলিযুগ হৌখিবা চহি অসি ৫,০৯৫ শুখরে। অদুনা কলিযুগ লোইগদবা চহি লাক্ষ মরিগা লিশিং কুনগাতরুক চামাপন মঙা ( ৪,২৬,৯০৫ ) অসি হৌজিক লাংলি।

অদুনদি তায়াই, ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা কল্কি অবতার তৌগদবা অসি হৌজিক্কী চহি লাক্ষ ৪ হেন্না লাংলি হায়বা চাওরাক্লা থংলে। মথাগীদি ঐনা থিজিন্না লাংপনা ওইরিগদরা লাইরিক্তা লৈরমদবনা অবতার তৌগদবা মতম অরেপ্পা অদু-মক্তি হায়জবা ঙমদে।

তায়াই, ননাওনা চৎচরিবা অসিদি লাইরিক্লা হায়রম্বা অচুম্বা অদুথক্তনি, মীনা মসিনা চুমগনি হায়দুনা ভাবনা শারগা অচুম্বা মান-নবা ঙাংবা লাইরিক্তদি য়াওদবা রা অদু ননাওদি লৌজনিংদে।

ইপা-ইপুশিংনা চৎনরম্লিবা গৌরধর্ম্ম অসি ভাবনা শারগা চৎনরিবরা? লাইরিক্তা য়াওবরা হায়দুনা থিগৎচরুবদা লাই-রিক্তা য়াওবা বেদগী রা মক্তা ওইরম্মী। অদুনা বেদনা হায়রম্বা ইপা-ইপুশিংনসু মসিনা ফরে হায়দুনা চৎনরম্লবা অসি ঙাক্লা চৎপা চুম্মী, ইপা-ইপুশিংনা চৎলম্বা লিচৎ ঙাক্লা চৎপবু ইপানাৎ ইপুনাৎ ঙাকপা কৌই খঞ্জদুনা গৌরধর্ম্ম থাদোক-চদরীবা অসিনি।

শ্রীমদ্ভগবদগীতাদা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়খ্রেদনা—হেঃ অর্জ্জুন নিংথৌমচা ওইবা নংগী নথৌ থাদোকফদে, লান তৌদুনা মী হাৎপা শাগে হাৎপা গুরুজনশিং হাৎপা পাপ লংশিনগদবগী শরুকপুদি লান তোক্লগা বোন্দা চত্তুনা লাই নিংলুরগে খল্লিবা অদু অৱানবনি। বোন্দা লাইনিংবদি ব্রাহ্মণ মুণিশিংগী মথৌনি। নংগী পারি পুরীগী নথৌদি হেনফত্রবা লান তৌবনি।

অসুম্না হায়বা কৃষ্ণগী পাওতাক অসিবু ইপানাৎ ইপুনাৎ ঙাক্ল চৎলু হায়বা নত্তরনে তায়াই ?

য়াইগা—হোয়নে অদুবুদি চুম্মিনে, অদুদা নংগী ৱা অদু ঐখোয়গী তাচৌখোয়গী কাংবু মৈতৈ মরুপ হায়বা তারে, মখোয়না তাবদদি য়াম্না শাওনিংবা তাবা ৱাফমনি। মরমদি নংসু মুন্না খল্লুদো—গৌরধর্ম্ম অসিদি থাইনগী অরিবা ইপা-ইপুশিংনা চৎনরম্বা হৌদোকমিন্নরকপা ধর্ম্মদি নত্তেদো ? গৌরধর্ম্ম চৎখিবদি চহি পংকুই কুইদ্রিদনা, মসিদা নংনা ইপানাৎ ইপুনাৎনি হায়বত্তুদা শাওবা তাবনি।

তোলেন—তায়াই, মণিপুরদা গৌরধর্ম্ম চৎনরকখিবা কুইদ্রি হায়বা অদুবুদি চুম্মী। হৌজিকতগী চহি ২০০ ( চনি ) রোমদা মঙাইরি। চহি কুইদবগী ৱা থমখিশি, হান্ন গৌরধর্ম্ম অসি মৈতৈগী ইপানাৎ ইপুনাৎ ওইরমদে। অদুবু হৌজিকগী চহি ২০০ রোমগী মমাংদগী গৌরধর্ম্ম চৎনরকখিদুনা হৌজিক গৌরধর্ম্ম অসি ইপানাৎ ইপুনাৎ ওইরে করিসু কায়দে। ঈশ্বরনা মতম মতমগী শন্দোকলকপা ধর্ম্ম অদু মীওইবা ঐখোয়না পামজ পামজবা লৌদুনা চৎনবা মক্তমি। ঈশ্বরনা তাইবং পানবা শেম্বদগী চৎনরম্বা লিচং ধর্ম্ম অদু হোংবা শুকয়া য়াদে হায়বা নিয়ম

অমা লৈতে। মীওইবা ঐখোয়না চৎনরিবা ধর্ম্ম মখল্ল ময়াম অসি হায়া লৈরম্বা নত্তে। মতম মতমগী ভগবান কৃষ্ণনা শেমগৎলগা মীওইবনা কোম্না চৎনবনি।

ব্রহ্মাদেশরোমদা হৌজিক চৎনরিবা বৌদ্ধধর্ম্ম অসি মখোয়গী হায়গী মপানাং মপুনাং ওইরমদে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা বুদ্ধদেব ওইনা অবতার তৌরগা শন্দোকপা বৌদ্ধধর্ম্ম চৎখিবদগী হৌজিক মখোয়গী মপানাং মপুনাং ওইনা চৎলিবা অসিনি।

হৌজিক খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎলিবা মীওইগীসু যিষু খৃষ্টনা পোক্লক্রিঙৈদা মপানাং মপুনাং অমা লৈরমগনি। খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎলবা মতুংদা হৌজিক্তা মপানাং মপুনাং ওইখিবনি। মণিপুরগী চীংগী লম মত্থুং খর হুপ্লিন্না লৈবা, খর মতাই ওইবা লমদা লৈবা চীংমী অয়ান্বদি খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎখিবা ইকুই কুইদ্রি। হৌজিক্তগী চহি ৬০ গী মমাংদা খৃষ্টান ধর্ম্ম চত্তবা চীংমী কয়া লৈরম্মী।

মণিপুরগী মৈতৈ ঐখোয়সু গৌরধর্ম্মনা ইপানাং ইপুনাং ওইরমদে। ভগবান কৃষ্ণনা গৌরাঙ্গ ওইনা পোক্লগা গৌরধর্ম্ম শন্দোকলকপদগী মতু লৌতুনা চৎনখিবদগী হৌজিক ইপানাং ইপুনাং ওইরিবসিনি।

চাওবা—তোলেন নংগী বা অসি ঐনা তাগে হায়না শুম তাবদা তাবা য়াদবা রা য়াম্না য়াওরেদা।

তোলেন—করম্না রাকম ওইরবনো তাচৌ?

চাওবা—করম্না হায়রবু অতৈ নত্তে, পৃথিবীদা ধর্ম্ম মখল ময়াম অসিগী লাই পুম্নমক অসি কৃষ্ণ মথন্তনা ওইবগুম্না ভাংলিবা অতুবু তাবা য়ারিব্রা? লাই পুম্নমক অসি কৃষ্ণনা ওইবনি হায়বা রা অতু কুব্রি লাইরিক্তা য়াওই?

তোলেন—তাচৌ ৱাফম অতুগী ওইরবদি হিন্দূ শাস্ত্রগী লাইরিক অয়াম্বদা য়াওই। ননাওনা হায়জিনবা নত্তে, মতুগী তশেংবা খুদম খরদং হায়জগে তাবিয়ু।

শ্রীগোপাল সহস্রনাম লাইরিক্কী অহৌবা মক্তদা শ্রীমহাদেব দুর্গা অনীনা ঙাংনখিবা ৱাফম অস্মুম্না লৈ।

## ওঁ পার্ব্বত্যুবাচ

কৈলাসশিখরে রম্যে গৌরী পৃচ্ছতি শঙ্করং। ব্রাহ্মাণ্ডাখিলনাথ ত্বং সৃষ্টিসংহারকারকঃ! ত্বমেব পূজ্যসে লোকৈর্ব্রহ্ম বিষ্ণুসুরাদিভিঃ। নিত্যং পঠসি দেবেশ কস্য স্তোত্রং মহেশ্বর। আশ্চর্য্যমিদমত্যন্তং জায়তে মম শঙ্কর। তৎ প্রাণেশ মহাপ্রাজ্ঞ সংশয়ং ছিন্ধি শঙ্কর।

## পার্ব্বতীনা হায়

কৈলাসগী চীংথক্তা নিংথিবা লৈকোন্দা ফমতুনা লাই নিংলিবা মহাদেবগী মনাক্তা চংশিল্লকলগা দুর্গা দেবীনা খুরুম্লগা হংজে? হে প্রভুঃ ব্রহ্মাণ্ডগী মপু ওইবা, ইবুংঙোদি তাইংপানবা পুম্নমকপু শেম্বীবস্যু মাংহন্বস্যু ঙম্বা লাই পুম্নমক্কীস্যু মকোক থোংবা নহাক্নি। হে প্রভুঃ ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমস্যুং শোরারেন্নচিংবা লাই পুম্নমক্না নহাকপু পুজা কৎনরি।

অতুগুম্বা ইবুংঙো নহাক্না নিতিগী অচিকপদা ফমতুনা ধ্যান তৌরগা মুরুম মুরুম শোন্দুনা নিংলিবা অতু কনাবুনো। তাইবংপানবদা ইবুংঙো নংঙোন্দগী হেম্বা করম্বা লাই অমামুক লৈরিব্রা? মসি খল্লুবদা ননাই ঐগী পুক্নিংনা ঙকপদা

থেংখরে, মসিদগী অমুক হেন্না ঙকনিংঙাই লৈতরে। হে প্রভু থরাইগী মপু ওইবীরিবা হে শঙ্কর নহাক্না চান্নীহুনা ননাইগী চিংনরিবা অসি কোকহন্ব য়ু।

অসি হায়হুনা পার্ব্বতীনা মবুংঙো মহাদেবদা হংজে। মহুদা শ্রীমহাদেবনা দুর্গাগী মফমদা হায়খি। হে দুর্গে নংনা ঙসি হংলিবা ৱাফম অসিদি য়াম্না থুপ্পা থুপ্পদগী থুপ্পা খাইদগী থুপ্পা ৱানি। কান্নবদগী কান্নবা মসিদগী হেন্না কান্নবা লৈত্রবা, য়াম্না লুবা লুবদগী থোইনা লুবা মসিদগী হেন্বা লুবা লৈত্রবা ৱাফমনি।

কনাগুম্বা অমগী মফমদা তাকথোকপা য়াদবা ৱানি। তাকফম চাদবদা করিগুম্বা তাবলুরবদি তাক্লিবস্তু তারিবস্তু অনিমক লৈখা তাহুনা মাংমিন্নগদবা ৱাফমনি। অদুবু নংদি পুন্য চেন্দী সতীনী নংনা হংলিবা অসি জগৎ পুম্নমক্কী য়াইফ-নবনি। অদুনা ঐনা নংঙোন্দা তাক্লগে জগৎকী য়াইফবা ওইরগনি।

অসি হায়রগা শ্রীমহাদেবনা দুর্গাদা গোপাল সহস্রনাম তাকখি, হায়বদি—ব্রজবৃন্দাবনগী নন্দ যশোদাগী মচা ওইনা শায়োনবা শ্রীকৃষ্ণগী নাম লিশিং অমবু গোপাল সহস্রনাম কৌই। হায়রিবা নাম লিশিং অমদু তাকপগী অরোইবদা মহাদেবনা হায়খি।

মদুদি— ( শঠায় পাপিনেচৈব লম্পটায় বিশেষত: । ন দাতবং ন দাতব্যং ন দাতব্যং কদাচন। ) অস্তুম্না ন দাতব্যং হায়না অহুমলক হন্না-হন্না হায়খি। মসিগী মরুওইবা খুদমদি ঈশ্বর কৃষ্ণবু থাজদবা মী, পুকফত্তবা মীদা, পাপ চেন্না মীদা, নমধাক

তৌবা মীওইদা তাকলুগনু, সুকতাক তাক্কনু, কৈদৌঙৈদা সুকতাক তাকলুগনু, হায়না অহুমলক য়াম্না চেৎশিন্না হায়খি।

মরম অসিনা তাইবংপান্নগী লাই পুম্নমক্কী মকোকথোংবা লাইদি শ্রীকৃষ্ণনি হায়বগী খুদম অমনি।

অসি নত্তবা খুদম অতৈম্মু য়াম্না লৈরি মতুদিঃ—শ্রীমদ্ভগবদ গীতাগী তরেৎশুবা অধ্যায়গী ২১শুবা শ্লোক্তা হায়রি।

যো যো যাং যাং তনুং ভক্তঃ শ্রদ্ধ যার্চ্চি তুমিচ্ছতি।
তস্য তস্যাচলং শ্রদ্ধাং তামেব বিদধাম্যহম ॥২১॥

অর্থ=হে অর্জ্জুন মী মীতুনা পামজতুনা থাজবগা লোয়ননা অতুম অতুম্বা দেবতাগী পূজা তৌনিংবা মী মী অতুগী নীংজবা দেবতাদা লৈবা শ্রদ্ধাতু ঐনা হেন্না চেৎশিনহল্লি ॥ ২১ ॥
( শ্রদ্ধা=হায়বদি=থাজনা পামশিনববুনি ) ॥ ২১ ॥

শ্লোক অসিগী শব্দোকপা অর্থদি, মী কনান ব্রহ্মা নিংই, কনান দুর্গা নিংই, কনান মহাদেব নিংই, কনান শোরারেন নিংই, কনানা যিশু নিংবা য়াওই, কনান বুদ্ধ দেব নিংই, কনান অলা নিংই. অসিনচিংবা মা মানা নিংজরিবা লাই অতুনা খ্বাইদগী ফবা হেল্লি। অতৈনা নিংনরিবা লাই ময়াম অসিদগীদি ঐনা নিংজরিবা লাই অসিনা খ্বাইগী মকোক থোংবা অচৌবা লাইনি মসিদগী হেন্বা লাই অমা লৈত্রে হায়না মাগী পুক্নিংনা থাজবা পামশিনবা অতু কৃষ্ণ ঐনা মী তুগী পুক্নিংদা ইনশিন্দুনা অমুক হেন্না চেৎশিনহল্লি ॥ ২১ ॥

অতুবু মী অতুনা পামজনা থাজনা নিংজরিবা লাই অতুনা পিরিবা মহৈ অতুদি কৃষ্ণ ঐনা পি হায়বগী ব্রাফমদা ২২শুবা শ্লোকনা হায়রি।

শ্লোক—স তয়া শ্রদ্ধয়া যুক্তস্তস্যা রাধনমী হতে।
লভতে চ ততঃ কামান ময়ৈব বিহিতান হি তান ।। ২২ ।।

অর্থ=অমুম্না থাজরবা মীনা মানা থাজবা লাইবু পূজা তৌই; দেবতা অদুদগী মাগী অপাম্বা মহৈ কৃষ্ণ ঐনা পীরিদুনা ফংই ।। ২২ ।।

শ্লোক অসিগী রাফমদগী খংলে, মী মী অদুনা নিংজরীবা পূজা তৌজরিবা লাই অদুনা মী অদুদা, মী অদুগী অপাম্বা মহৈ পিদে কৃষ্ণনা পীবি হায়বনি। অদুনদি মী অদুনা থাজনা পামজনা পুজা তৌজরীবা লাই অদু মহৈ পিবিরিবা শ্রীকৃষ্ণবুনি। অমরোমদা তাইবঙপানবদা লৈরিবা লাই পুম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণদগী খায়দোকলকপা মক্তনি। অদুনা কৃষ্ণবু 'পরমেশ্বর' অথোইবা লাই হায়বনি।

থাইমা - তাইথো তোলেন নংগী রা অসি ইয়াম্বা ভাব অমা তাশিল্লক্রে।
ঐনা অমুম খন্নদা ভাব তাদ্রে, ইয়াম্বা রা হংগে।

তোলেন —ফনি তয়াই হংবিয়ু রাগনি ননাগনা খংবা ওইরবদি হায়গে।

থাইমা—ইয়াম্বনা তাবদা নথোয় হিন্দু শাস্ত্রনা হায়বদা তাইবংপানবদা লাই ৩ শিংথানরি, ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, হায়বা লাই ৩ অসিনা পুম্নমক্কী মকোক থোংবনি। ব্রহ্মানা তাইবংপান শেম্বা, অদুগুম্বা তাইবংপান্নদা লৈরিবা লাই শোরারেননচিংবা মী, শা, উচেক, লিল, তিল, কাং, ককচেংনচিংবা, ঈশিংদা লৈবা জীবনচিংবা জীব পুম্নমক অসিসু ব্রহ্মানা শেম্বনি হায়রে।

হায়রিবা তাইবং পান্নগী জীব পুম্নমক অদু বিষ্ণুনা য়োকপনি হায়রে। অদুগুম্বা তাইবংপান্না পুম্নমক অসি যুগনা লোইরক্লবদা মহেশ্বরনা মাংহনগনি প্রলয় তৌগনি হায়রে।

অদুগা ব্রহ্মানা তাইবং শেমগে, সত্য যুগ লোইখবে, মথংদা ত্রেতা যুগ লোইগে। মথংদা দ্বাপর যুগ ওইরক্লবদা মথুরাদা বসুদেব দেবকীগী মচা কৃষ্ণ পোকলে, কৃষ্ণ অদু বসুদেবনা খুদক্তা অহিংদা গোকুলদা যশোদাগী মনাক্তা থমজিলম্লে। নন্দ যশোদা অনিনা কৃষ্ণবু চাওনা য়োকখরে। অদুগা কৃষ্ণগী মমা-মপা বসুদেব-দেবকী; অমদি নন্দ যশোদা মখোয় অসি ব্রহ্মা কৌবা লাইনা শেম্বা নত্তবরা? ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর লাই অহুমসিদি তাইবংপান্বা শেমদ্রিঙৈদগী লৈরক্লবা লাইনি হায়রি। লাই, হিংচাবা মী, শা, উচেক্লচিংবা জীব পুম্নমকপু শেম্বদি ব্রহ্মানা শেম্বনি হায়বসি নখোয় হিন্দুগী সাস্ত্রনা হায়বনি। অদুগুম্বা কৃষ্ণগী মমা-মপাবুসু শেম্বা ব্রহ্মানি, যুগ কয়া পুল্লিরক্লবা ব্রহ্মাবু ঙরাং নত্তাস্ত পোকপা কৃষ্ণনা হেল্লি হায়বসিদা নখোয়গী হিন্দু ধর্মগী শাস্ত্রগী রাহুবু লৌবা য়ারিবরা?

তোলেন ভয়াই, শাস্ত্রগী রাদি লৌদবা য়াদে। ভয়াইনা ভক্লিবা অদুগু ঙকপিরুগনু, ঙক্তনবা ননাওনা শেংদোকচগে। ব্রহ্মা, বিষ্ণু মহেশ্বর লাই ও অসি কৃষ্ণদগী থাইদোকলকপা তশেংবনি। বিষ্ণু হায়রিবা লাই অসি শ্রীরাধিকাগী মচানি।

য়াইমা করি তোলেন, বিষ্ণুবু রাধিকাগী মচানি হাইবা? রাধা অসি মচা লৈ, মচা পোকই হায়বদি এখোয় থংদে তাদে, করি লাই রিক্তা য়াওই?

তোলেন—ভয়াই মহুগী খুদম লাইরিক লৈ, মহুগী রারি য়াম্না পাক শম্না লৈখরে। লোইনা লিবদি ঙমলরোই খুদম অদু থংনবগী দমক প্রভাস খণ্ড কৌবা লাইরিকী অরোইবদা শ্রীব্যাসগুরুনা শুকদেব মুনিগী মফমদা হায়খিবা অদু খুদম ওইনা শম্লপনা হায়জগে।

শ্রীব্যাস গুরুনা শ্রীশুকদেব মুনিগী মফমদা হায়খি; শ্রীকৃষ্ণগী মহারানীশিংগী লুটিংবী রুক্মিণী-সত্যভমা অনিনা নোংমগী অহিংদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা নোকমী নোকমী তৌনা করেম্নবা রাহৈনা হায়জখি। চান্নথোইবা হে কৃষ্ণ তাবিয়ু, নহাক্তি নুপীওইবিশিংগী থরাইগী মনিনি, সংসারদা লৈরিবী নুপী পুন্নমকপু শুমহৎপা ঙম্বা শকতম পুবা নগাক্তি। তাইবংপানবদা লৈরিবা মশক মতৌ ফজরবী মগুন লেল্লবী নুপী কনা অমতনা নহাক্কী পুক্লিংবু শুমহৎপা ঙম্বী নুপী লৈতে।

মসিদা হে হরি, মমাংঙৈদা নাকোংনা ভাবা অমা লৈখি, মহুদগী ঐগী মীংকা নাকোংগা অনী অসি হৌজিক ফাওবা খংনহন্না লৈরে, খংনবগী লোইবা লৈতরে চান্নথোইরবা হে কৃষ্ণ মহাক্না চানবীহুনা নিংকা নাকোংগা খংনরিবসি অমুকতা কোকহনবীয়ু।

মহুদা কৃষ্ণনা হায়-হে রুক্মিণী হে সত্যভামা নখোয় অনিগী রা অসি কৃষ্ণ ঐ ভাব তাদরে নখোয়গী মিংকা নাকোংগা করম্না খংনরিবা ?

রুক্মিনীনা হাইজৈ হে চান্নথোইবা ইবুংঙো ননাইগী নাকোংনা তাজবদি কুইরবনি ইবুংঙোদা হংগে খন্না খন্না লৈজরক পনি ওসিদী মতাং চারে হংজরগে অশেংবদি তাকপিয়ুকো। কৃষ্ণনা হায় ঐনা খংবা ওইরগদি করিগী অশেংবা হায়রোই করি-নো তারিববু ? রুক্মিনীনা হায়জে - লৈবাক্না ঙাংনৈ ব্রজধামদা গোপকন্যা রাধা কৌবী অমা লৈ, স্বর্গ, মর্ত্ত, পতাল মরোল অহুম্মক্তা লৈরিবী নুপী পুন্নমক্তগী মশক মতৌ ফজবা ওন লৈবা রাধানা পুমহেন হেল্লি, রাধাগুম্না ফজবী জগত্তা অমা লৈতে হায়নৈ। অতৈদি থম্বিখো কৃষ্ণ, ইবুংঙো নহাকমক

রাধাবু উরুবদগী রাধানা শুমহৎখিদুনা থরাই ফাওবা রাধাগী মফমদা য়োনথোকখি হায়বা তাজৈ। নোংমগী হুমিৎ অমদা রাধাগা হায়নখিবা মতম অদু ইবুংঙো নহাক্না ঙাইহাক্তং চোনদুনা শোইরুবদগী শকহেন্নী রাধানা শাওখিদুনা ইবুংঙোবু ইহোক পিরে হন্না ফাওবা য়েংবিখিদরে। মদুদা কৃষ্ণ নহাক্না বাধাগী মফমদা ইবুংঙোগী কোক্না মাগী চরণ শোক্না খুরুমজরবা ফাওবদা য়াবিরক্রুবদা মমৈদা যোগী শাদুনা ভিক্ষানিদুনা ননাই ওইজরগে হায়দুনা থরাই হকচাং ফাওবা কখোক্তুনা হায়জরবদা উচিন নাচিন্না শাওবা ফরদুনা কৃষ্ণবু লৌখৎপিখি হায়বা তাজৈ। নাকোংনদি তারে মিৎনদি উদবদুদা মিৎ কৌবা ইন্দ্রিনা য়ান্না নুংঙাইজদরে।

অদুগুম্নবী শকহেন্নী গোপ কন্যা রাধা হায়বী অদু হন্দক প্রভাস তির্থ অসিদা ইবুংঙোনা মজ্ঞ কৎলি হায়বা পাও তাবদগী মতম কুইনা উনখিদ্রবা ইবুংঙো নহাকপু উননবগীদমক প্রভাস তীর্থ স্নান লাকপদা নামা থাংলগা মাগী চান্নবী ব্রজগী গোপীকা পুম্নমক্কা লোইনদুনা লাক্লে। হৌজিক হৌজিকমক বিশ্বকর্ম্মানা হন্দক্তা শেমগৎপা বৃন্দাবনগা চপ মান্নরবা প্রভাসগী বন অসিদা লৈ হায়বা পাওসু ফংজরে। অদুগুম্না শকহেন্নী অদু হৌজিক ইনাক্তা য়াম্নানক্কা লৈরে হায়বদি তারে উবদী ফংজদরি মসিদা ঐগী মিৎনা উজনিংবগী খাঙঙমদবা অরাবা ওইরে। রাধাগী চান্নথোইবা হে কৃষ্ণ তোম্লবী ননাইবু অমুক্তা নুংশিবিয়ু চান্নীদুনা শকহেন্নী রাধাবু উহনবীরগা 'মিৎ' নাকোংগী রাথোক অসি কোকহনীয়ু।

সত্যভামা-রুক্মিণীগী রাফম অসি তাবদা কৃষ্ণনা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই। অচুম্বামক্কি প্রিয়ে নখোয় অনিনা হায়রিবদু তশেংবা রাফমনি। তাইবংপান্বসিদা লৈরিবা ফজবা

পুন্নমক অসি রাধাগী খুয়া খাদা লৈবাঙাক্তনি। রাধাগী ফজবা অসি জগত্তা অদুগা ম্যান্নৈ, অদুগুম্মী হায়না চাংদম-নিঙাই লৈতনা হায়নিংঙাই লৈতনা পুন্নমক্তগী হেন্দোক থোাইদোক্লা ফজবা রূপনি।

কৃষ্ণগী রাসি তাবদা অমুক হেন্না উনিংবনা লাংতক্লরবী সতী অনিনা কৃষ্ণদা অমুক হায়রৈজে, হে-রাধাগী চান্নথোাই ইবুংঙো খংজরে য়াম্না পামুবিরনগনি, ঐখোয়গুম্বী অতোনবী শকথিবীগী মফমদা ইবুংঙোগীদি থরাইদগী হেন্না চেংনা থম-জরিবনিনা তরাই তরাই হেক উহনবদি য়ানিংফম থোক্তো অদুবু ঐখোয়না রাধাবু য়েংবদা শনিনা গনেশগী কোক তুমখিবা অদুমক্তি তৌরোইদনা। য়াম্না কুইনাকা য়েংজরোইদা অমুকতংদি উহনবীয়ু ইবুংঙো।

অদু তাবদা কৃষ্ণনা নোক্লুনা হায়—কৃষ্ণ ঐনা উহননিং-দবগী রা নত্তে ঐবুদি উননবা শিনবিগে, অদুদা লুরিবদি নখোয়না রাধাগী ফজবা অদু য়েংবা ঙমলোই। হায়বদি রাধাগী ফজবা কুচুগী লংলবা মঙান্না য়েবদা নখোয় মিৎ পাংবা ঙমলোই।

কৃষ্ণগী রাসি তাবদা সতী অনিনা হায়রৈজে—প্রভু মিৎ পাংবা ঙমদ্রবসু তোকচগে য়েংবতদি রেংহন্বীয়ু, পুংয়ান য়েংবা ঙমদ্রগসু মচেৎ খরদি উনিদনা।

কৃষ্ণনা অমুক হায়—ফরে প্রিয়ে অসুম্না তৌরসি ঙসি অহিং অসি লোইরগা হয়েংগী সুমিৎ তারগা অহিং অথেংবা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমদা ঐগা নখোয় অনিগ। ঐখোয় ৩ খক্তা তুমিন্না মী কনা খংহন্দনা প্রভাস তীর্থগী তোর্ব্বান্দা চৎলসি।

তীর্থগী তোর্বান্দা ঐখোয় অহুম লৈরবা মতম অতুদা ঐনা রাধাবু কৌগে। কৃষ্ণ ঐগী বাঁশীগী মখোল তাবদা শ্রীরাধীকা কৃষ্ণ ঐগী ইনাক্তা শোয়দনা লাক্কনি মতম অতুদা প্রিয়ে নখোয় অনিনা রাধাবু য়েংজহৌ।

অসি হায়হনা অহিং অহু নোংঙানবা ঙাইহনা পোথানরে। নোং ঙান্নবদা কৃষ্ণনা বনদা চৎলগা ললিতা সখীগী মফমদা হোরেন অহিং অথেংবদা প্রভাস তীর্থদা শ্রীরাধা লাক্লবগী পাও পিরুরে।

শোমদা সত্যভামা-রুক্মিণী অহিং ওইরক্লবদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা হায়জরক্লে প্রভু, অহিং অসি ফন কুইরে প্রভাস তীর্থ চৎনবা মতম য়ৌদ্রিবরা? মতম অসি অহিং নোংয়াই য়ৌশিল্লক্লে চৎসিগবা ইবুংঙো। কৃষ্ণনা ফরে মতম ওইরে চৎনসি হায়হনা সতী অনি পুহনা লাকপনা প্রভাস তীর্থদা থুংলরে।

তীর্থগী তোব্বান্দা লেপ্লগা কৃষ্ণনা প্রিয়ে অনি, ঐ রাধাবু কৌরগে নখোয় অনি মিৎ-নাকোং শিংনা লৈয়ু হায়রম্লগা বাঁশি খোংহনা রাধাবু কৌরক্লে। কৃষ্ণগী বাঁশিগা খোঞ্জেন তাবদা সত্যভামা-রুক্মিণী আনমক্কী খমোইদা হায়ফম থংদনা লুংশিবা পুক্লুং শুমহৎপা প্রেম পোকলকাখ।

শোমদা শ্রীমতী রাধিকা বাঁশিগী খোঞ্জেন তাবদা মবুংঙোনা কৌরে থংলহনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লগা শ্রীচরণদা খুরুমজরগা মবুংঙো কৃষ্ণগী ওইদা থোগন তৌজরে। শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনি কোম্নরগা গোলোক ধামদা চৎলেংখরে, রুক্মিণীগী মবুংঙো কৃষ্ণনা রুক্মিণী—সত্যভামা অনিগী মনাক্তা লৈহোরে।

মথংদা ললিতা-বিশাখানচিংবী সখী ময়াম লাক্লে। সখীশিংগী ফজবা শক উবদা সত্যভামা রুক্মিণী অনিগী পুক্লিংদা পুমণক ঙকখি, ময়াম অসিগী মরক্তগী রাধা হায়বী অতু করম্বা ওইরিগবা খন্দুনা কৃষ্ণদা হংজরকখি। রুক্মিণীনা হায়জে— প্রভু আদা লাক্লিবী ময়াম অসিগী মরক্তগী রাধা হায়বী অতু কদায়নো ?

কৃষ্ণনা হায়—হৈমাঃ হৈমাঃ নখোয় অনিদি রাধাবু উহৌদ্রবরা ? লাক্লিবী ময়াম অসিদি রাধাগী মনাই ঙাক্তমি, মসিদা রাধা য়াওদে। রাধাদি হৌজিক্তা ঐগী নাক্তা চংলতুনা ঐবু খুরুম-লম্লিবা অতুবু উদ্রনে ? তগেংনা হায়য়ু নখোয় অনি হৌজিক্তা লাকলম্বা রাধাবু খজিক ফাওবা উহৌদবরা, কদায়দা করি য়েংহুনা লৈরুরে।

রুক্মিণীনা হায়— ঙশাই ইবুংঙোনা বাঁশি খোঙলমদাইদা মীৎ-নাকোং শিংনা লৈয়ু হায়নীখিদহৃদগী পুক্লিং লোংদনা মিং কুপ্তনা চেকশিল্লা য়েংহুনা লৈজবনি, মসিদা হৌজিকরাইদা প্রভুগী হকচাংগী শংবান্নবা মঙানবু নোংথাংগুম্না লংবা মঙান অমা মিংকুপমক্তং ঙানখিবগুম তৌই, মতুদগী হেন্না করি অমতা উজদে।

কৃষ্ণনা হায় — তো-তো মতু রাধানি, ঐনা ঙরাং হায়-খিবতুনি রাধাগী ফজবগী মঙান্দা মিং পাংবা ঙমলোই হায়-খিনহুনি। রাধাদি হৌজিক্তা ঐবু খুরুমলম্লগা শ্রীধাম গোলোক কৌবা লাইরৈবাক্তা মশাগী হকচাংগু পুহুনা চংনা স্বর্গদা চংখরে। লাক্লিবী ময়াম অসিদি রাধাগী মনাই সখী হায়বতু অসিনি। মখোয়শিং অসিমু মবেম্মা রাধাগী তুং ইনথ্রগদবনি, কৃষ্ণ ঐবু খুরুমলম্লগা চংনা স্বর্গ কাথ্রগদবনি।

রুক্মিণী সত্যভামা অনিদু রাধাগী মনাই সখীশিংগী ফজবা গুণবু উরুবদা পুক্লিংদা অঙকপা ওইখি। সতী অনিনা খনখি, ঐনা নহালমখে, ঐ অসি মুপীশিংদগী থোইদোক হেন্দোকপা অথোইবী অমা ওইরমাল্লে খঙ্গরম্বদি রাধাগী মনাই অমনা য়াম্না হেনখ্রেদা। ঐহাক অসি করম্বা মতমদা রাধাগী মনাই ওইজবা ফংলকখিগদরা নত্রগা রাধাগী মনাই ওইজদুনা সখীশিং অসিগী তুং ইগ্গদুনা লোইনদুনা চৎমিন্নরবদি কয়াদা নুংঙাইগবা অস্নুম্না খনখি।

অসি হায়দুনা শ্রীব্যাসগুরুনা লিবা ৱারি অসি তাবদা, ৱারি তারিবা শ্রীশুকদেবনা গুরুগী মফমদা খুৎ লোম্নদুনা খুরুমজরগা হংজে। গুরুদেববু—তাবিয়ু ৱারি মতাং অসিদা ননাইনা য়াম্না ঙকপা অমা য়াওরে অমুক্তা তাকপিয়ু। হৌজিক গুরুনা হায়বিখিববু শ্রীরাধিকানা মবুংঙো কৃষ্ণগা লোয়ননা গোলোক্তা লেংখরে, রুক্মিণীগী মবুংঙো কৃষ্ণনা প্রভাস তীর্থদা লৈহৌরে অস্নুম্না হায়বিবা অসিবু ননাই ভাব অমা তাজদ্রে। কৃষ্ণ মশা অমখক্তদা অনিথোক্লা, হায়বদি রাধাগা লোইনদুনা কৃষ্ণ অমা গোলোক্তা চৎখরে। রুক্মিণীগী মনাক্তা কৃষ্ণ অমা লৈহৌরে। মসিবু কমদোবা জাৎনো ?

অদুগা অঙকপা অমগস্থু লৈরি মদুদি— শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীরাধিকাগা অনিনা কায়নখিবা অসি মমাংঙৈদা কংশগী যজ্ঞ য়াওরুনবনি হায়দুনা আক্রুরনা রাম-কৃষ্ণ অনিবু মথুরাদা পুখিবা মুমিং অদুদগী উনখিদবনা, চহি চামা হেন্না উনদ্রবা মতুংদা হন্দক্তা প্রভাস তীর্থদা উনরে। চহি চামা হেন্না কৃষ্ণ কায়নবগী অৱাবা খাংদুনা ভাইরক্লগা হন্দক উনবা অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা রাসলিলা শান্নরসি হায়বদা শ্রীরাধানা য়াজ্রিবা মরমনা

করিগীনো? রাফম অসিমগা মথক্কী রাফম অসিগা রাফম অনি অসি ঐগী পুক্লিংদা ঙক্লা থোকলে চিংনবা অসি কোকহন্বীয়ু।

শুকদেবগী রা অসি তাবদা শ্রীব্যাসনা হায়। হে শুকদেব রাফম অসিদি য়ায়া থুপ্পা য়াম্না লুনা লৈথ্রবা রাফমনি, অদুবু ঐনা নংঙোন্দা হায়রগে তারো, কৃষ্ণ অসি অনি ওইবগী রাফম হান্ন হায়গে তাও।

গোলোকনাথ কৃষ্ণদি ব্রহ্ম সনাতননি। মাদি গোলোক্তগী লেংথোক্তে, মাদি করিগুম্বা থবক অমত্তা ফাওবা তৌদে। মশা মথন্তদা নুংঙাইজবা অরাৎপা লৈতবা মুংঙাইহুনতা লৈবা লেংদবা মশক্তি। তাইবংপানবদা তৌরিবা কর্ম্ম ময়াম অসি মহাক্কী প্রকৃতি মায়াননি। প্রকৃতি পুন্নমক্কী লুচিংবী প্রকৃতিদি শ্রীরাধানি। তাইবংপানবা শেম্বা হৌগৎলকপগী অহানবদা মহাবিষ্ণু অসি রাধানা পোকখিবনি। মতুগী প্রমাণ নামমলা তন্ত্রদা য়াওবনি য়েংউ। রাধানা মহাবিষ্ণু পোকখিবগী রারি লৈ। নামমালাতন্ত্রদা অসুম্না লৈবনি মতুদি— কৃষ্ণপ্রাণাধিকা দেবী মহাবিষ্ণুবু প্রসুরপি ॥×॥ অর্থদি শ্রীকৃষ্ণগী থরাইদগী হেন্না চান্নথোইবী মহাবিষ্ণু পোকচবী রাধিকা হায়বনি।

অদুগুম্বা রাধাগী মচা মহাবিষ্ণুনা বৈকুণ্ঠ ধামদা লক্ষ্মী সরস্বতীনা সেবা তৌদুনা তাইবংপানবগী জীববু য়োকপীরিবনি। দ্বাপুর যুগকী মতমদা ধর্ম্মনা মাংথরক্লবা অধর্ম্মনা চাওখৎলক্লবদা পাপীশিংনা পৃথিবী ইমাগী মথক্তা গুৎ-নৈবগী অরাবা খাংবা ঙমলক্রুবদা ব্রহ্মা শোরারেন্না চিংদুনা লাইয়ামনা ক্ষীরোদ সাগরদা চত্তুনা মহাবিষ্ণুগী মফমদা পৃথিবীগী অরাবা কোকহনবীয়ু হায়জখি। চানবীদুনা মহাবিষ্ণুনা লাইয়ামদা

হায়বীরকথি— রাবীরুরগন্থ লাই পুম্নমক কুইররোই কৃষ্ণ ঐনা বাসুদেব দেবকীগী মচা ওইনা পোক্লগা পৃথিবীগী অরাবা কোকপীরগনি হায়খিবগী মতুংইন্না দেবকীগী মচা ওইরিবসিনি। রুক্মিণী সত্যভামা অনিসি বৈকুণ্ঠদা বিষ্ণুগী মনাই ওইবা লক্ষ্মী, সরস্বতী অনিহুনি। বাসুদেব-দেবকীগী মচা কৃষ্ণদি মহাবিষ্ণুগী অবতারনি।

হৌজিক রাধা-কৃষ্ণ অনিগী রা অমুক হায়রগে তারো, শ্রীদামগী শাপনা মরম ওইহুনা শ্রীমতী রাধা গোলোক থাদোক্লগা ব্রজবৃন্দাবনদা পোক্তবা য়াদহুনা বৃষভানুগী মচা ওইনা শায়োল্ল-নি। শ্রীমতী রাধাগী মরমগীদমক গোলোককী স্বয়ং কৃষ্ণসু অবতার ভোরবনি। স্বয়ং কৃষ্ণনা যশোদাগী মচা ওইনা পোকপা মতমদা মহাবিষ্ণুগী মতেং পাংনবগীদমক দুর্গাগা লোইনহুনা ফাইবোক পোকই। রাকম অসি মহাদেবনা হায়বা মাগী প্রমাণ শ্লোক্তা অসুম্না লৈ।

মহ্নদি— নন্দপত্ন্যাং যশোদায়াং মিথুনং সমপদ্যতে বাসুদেবা বিশেত্তস্মিন ঘনে সৌদা মিনী যথা।।

অর্থ=নন্দগী নুপী যশোদানা নুপা অমগা নুপী অমগা অণাং অনি ফাইবোক পোকলম্মী। বসুদেবগী মচাগা যশোদাগী মচাগা অনিহু নোংথাংনা নোংদা তিনখিবগুম্না অমত্তা ওইনা তিনশিনখিবা অহু উবদা বাসুদেবনা য়াম্না ঙকখি।

যশোদানচিংবা ব্রজগী মী পুম্নমক যোগমায়ানা শুমখিবদগী কৃষ্ণনা অবতার তৌবা অসি জীব কনা অমত্তা খংখিদে। মী অতৈদি থমখো যশোদা মশামক যোগমায়ানা কন্না শুমখিন্দগী মচা কৃষ্ণ পোকখিবা মহাক খংখিদে।

বাসুদেবনা চংলকপদা যশোদাগী মনাক্তা মহাক্তা পুরক্লিবা কৃষ্ণ অহুগা চপ মান্নবা কৃষ্ণ অমগা কন্যা অমগা অনি লৈরম্বা উখি। কৃষ্ণ অনি অসি নকশিন্নরগা য়েংগে খন্দুনা নকশিন্না থল্লবদা অমখক্তা ওইখরে, মহুদা বাসুদেবহু পুমঙক ঙকখি, কন্যা পুরগা হনখি। ব্যাসনা হায় বাসুদেবগী মচানা নন্দগী মচাদা তিন্দুনা লোৎপনি। ব্রজদা অবতার তৌরিবা কৃষ্ণ অসি স্বয়ং কৃষ্ণনি। মহাক্তি নুংঙাইবা রাসলিলা শান্নবা নত্তনা অতৈ থবক অমত্তা তৌদে। ভারত লান য়াওরিবা ধর্ম্ম কর্ম্মগী রায়েন বিচার তৌরিবা অসি স্বয়ং কৃষ্ণনা নত্তে।

লান তৌহুনা হাৎপা তুপপা তৌরিবা, সাধুশিংবু য়োক-খৎপা, ফত্তবা মীবু মাংহন্বা, ধর্ম্মবু শেমগৎপা পৃথিবীগী অরাবা কোকহনবীবা কৃষ্ণ অহুদি স্বয়ং কৃষ্ণগী অংশনা অবতার তৌবা বাসুদেব দেবকীগী মচানি।

মসিদা নংনা হায়বা য়াই—কৃষ্ণ অনি ওইরবদি করিগী তোঙান তোঙান্না লৈতবগে? মহুগী মরমদি কংশ কিবদগী লোৎতবা য়াদহুনা লোৎপনি। কংশ হাৎপা মতম ওইরবদা আক্রুরনা বাসুদেব কৃষ্ণ পুখরে, নন্দগী মচা স্বয়ং কৃষ্ণ শক উহন্দনা বৃন্দাবন্দা লৈহৌরে। মতম অহুদা কৃষ্ণ অনি অসি খায়দোকনখরে। স্বয়ং কৃষ্ণদি করিগুম্বা মতমদা বৃন্দাবন্দগী সুকচৎ চথোক্তে, ব্রজ বৃন্দাবন্দগী খোংফম অমা ফাওবা লেংথোক্তে হায়বা শ্লোক লৈ।

শ্লোক অহুদি—কৃষ্ণোইন্যো যদুসম্ভুতো যস্ত গোপেন্দ্র নন্দনঃ।
বৃন্দাবনং পরিত্যজ্য, পাদমেকং ন গচ্ছতি॥

যদু শাগৈদা পোকপা মথুরা দ্বারকা দমু লৈবা কৃষ্ণ অদু অতোপ্পা কৃষ্ণ অমনি। গোপগী নিংথৌ নন্দগী মচা কৃষ্ণদুদি বৃন্দাবন থাদোক্লুনা খোংথাং অমা ফাওবা চথোক্তে।

বৃন্দাবন্দা লৈরগা উদবগী মরমদি শ্রীদামগী শাপনা মরম ওইদুনা শক উহন্দনা লৈবনি। হন্দক অমুক প্রভাসদা লাক্লগা কৃষ্ণ অনি পুন্ননি। প্রভাসদা কৃষ্ণনা রাসলিলা শান্নসি হায়-বদা রাধানা য়াদবগী মরমদু হায়গে তারো। রাধানা পোকখিবা বিষ্ণুগী কৃষ্ণদু মবুংঙো স্বয়ং কৃষ্ণগা পুন্না লৈ মরম অদুনা রাধানা য়ারক্তবনি। ( রাধানা য়েংবদা কৃষ্ণ অনিমক উই )।

বৃন্দাবন্দা কৃষ্ণ অনি পুন্না লৈবদদি করি করম্না রাস শান্নবগে হায়গনি, মদুদি অসিনি— রাস শান্ননবগীদমক অহিং-দা স্বয়ং কৃষ্ণনা রাধাগী মনাক্তা চৎখি, বাসুদেব কৃষ্ণনা যশোদা-গী মনাক্তা লৈহৌই। রাস লোইরগা অমুক হল্লক্লুনা কৃষ্ণ অনি পুল্লি। মদুগী তশেংবা খুদমগী ৱারি হায়গে।

নোংমগী নুমিত্তা যশোদা রাণীনা শাজৈ মচা অমা কৃষ্ণদা পিরগা হায়, ইবুংঙো কহ্নাই চৈ অসি পাইয়ুসে অদুগা থোং মনাক অসিদা ফম্মুসে, ইমানে যমুনাদগী ঈশিং খর লোকখিগে ঐনা লাক্তরিবমথৈ নংনা য়ুম অসি শংঙম্মু চৎথোক্লমগনুকো, ইমুংদা হুই হৌদোং চংহল্লমগনু. চেকশিন্না শংঙম্মুকো, ইচাদি মরমমোকপনি ফম্লিবসিদগী সুকচৎ চথোক্তনুকো। করিগুম্বা ইমুংদগী পোৎ ননি মাখন সঙ্গোম লৈহৌরিবশিংদু হুই হৌদোং চংদুনা চাথোকখ্রবদি চৈ অসিনা নংঙোন্দা চৈ অসি তুমদ্রি-ফাওবা ফুগদবনি।

কৃষ্ণনা হায়, হোয় ইমা ঐ য়ুম শংজরমগে ইমানা হল্লক্লি-ক্ষাওবা সিদস্থুম ফমহুনা শংজরমগে স্নুকচৎ চথোকচরমরোই অসি হায়হুনা কৃষ্ণ লৈহোরে।

মতৌ অস্নুম্না যশোদা যমুনাদা চৎতুনা ঈশিং শোকলুগে হায়হুনা চৎখিবা খুদক অতুমক্তদা গোপী থরনা য়ুম অমদা পুন্না তিন্নরগা মবুংঙো কৃষ্ণবু উজনিংবদগী থরাই হকচাং শোক্লা গোপী ময়াম পুক্লিং চপ মান্ননা থম্মোই শোক্লা নিংশিংহুনা থম্মোইদা কৌজরকই।

পুম্নমক খংলবা কৃষ্ণনা গোপীশিংগী নিংজবা থুংহল্লীগে খন্দুনা যশোদাগী মচা কৃষ্ণনা গোপীশিংগী মনাক্তা চৎখ্রে। দৈবকীগী মচা কৃষ্ণনা য়ুম শংহোরে।

অশোমদা রাণীনা যমুনাদগী ঈশিং পুহুনা হল্লকপদা গোপী-শিংগী মরক্তা মচা কৃষ্ণনা শান্নবা য়াওরম্বা উরে। মতুদা যশোদা রাণী য়াম্না শাওরে, রাণীনা খল্লি ঈশিং হান্ন থমলুখিগে, খংগনি ঙসিদি 'লম' হেনবগী মতিক চাবা চৈরাক পিগে। অসি খন্দুনা য়াম্না শাওনা য়ুমলোমদা য়াম্না ক্ষিংনা পরব পরব লাকখি।

অস্নুম্না লাকপনা নন্দরাণী য়ুম য়োরকপদা মচা কৃষ্ণ চৈ পায়হুনা ঙসাই ক্ষমহৌবা মফম অহু স্নুককাই কাইদনা ফম্নম্বা উবদা রা ঙাংদে পুমঙক ঙকই :। ঈমুংদা ঈশিং থমলুরগা থোকলক্তনা কৃষ্ণনা হংই ? ইমাগী নীলমনি ইমা রা অমা হংগে শেংনা খুম্মু ইমাদা মীনমগনু তৌহৈদে। কৃষ্ণনা হায় ইমা, ইমাদা ওইদবা রা হায়জরোই করি রানো হংবিয়ু।

যশোদানা হায়— ইমাগী কৃষ্ণ নংবু ইমানা যমুনাদা ঈশিং শোকপা চৎখিঙৈদা লৈকায় ফনাগী য়ুমদা চৎলুই শেংনা

খুম্মু ? কৃষ্ণনা খুম্মি — ইমা করিমতা চৎথোকদে, ফল্লিবা অসি-দগী সুকহো হোগংচদরি ইমাদা ঐনা ওইদবা হায়বা তারবদি ইমাবু হাৎপা পাপ পুজগে। ব্রা অসি তাবদা যশোদা ঙকপদা থেংখরে, ঙাইহাক মণ্ডন-মণ্ডন খল্লুরগা মচাবু পমখৎলগা গোপীগী মরক্তা লৈহৌবা কৃষ্ণবু য়েংবা থুনা য়াংনা চৎলি। ঙশাই লৈহৌবা কৃষ্ণহু হৌজিকসু অতুম লৈরম্বা উরে।

ঙক্লহুনা যশোদানা গোপীশিংদা হংই— ইবেম্মখোয় নখোয়গা শান্নমিন্নরিবা কৃষ্ণ অহ্ কদায়দগীনো ? গোপীশিংনা যশোদাদ করেম্নহুনা হায়রকই— ইমা, কৃষ্ণবু ইমাগী নচা কৃষ্ণ অতুমনা লোইরম্নগনি খন্নীরমাল্লে, ঐখোয়গীসু কৃষ্ণসে লৈজরু-রিবনে লৈজরুবা।

যশোদানা হায়—অতুদি ইবেম্মখোয় নখোয়গী কৃষ্ণগা ঐগী কৃষ্ণগা কনানা হেন্নগে থানহুনা য়েংগে, ঐঙোন্দা অনুক্তা পিরকউ পমহুনা য়েংগে হায়হুনা লৌরুরে। খুদক অহুদা কৃষ্ণ অনি অহ্ অমখক্তা ওইখরে, মহুদা যশোদা কিরহুনা হন্না ফাওবা য়েংলমদনা চৎখরে। মতম অহুদা গোপীশিংনা হায়রকই —নন্দরাণী ইমা ঐখোয়না লৈজরুবা কৃষ্ণহুদি থম্বিরম্মু ঐখোয়গী কৃষ্ণ পিরম্মু হায়হুনা লাউরকপা তাবদা রাণী অমুক হেন্না কিগ্রহুনা হন্না য়েংলমদনা য়ুম য়োনবা চেনখি।

অম্মুম্না বাঁ গুরুনা শুকদেবগী মফমদা লিখিবা ব্রাবি অসিনা খংলে। মহুদি হাইরংপানবা শেল্লগে নিংলকপদা মণ্ডানগী মশক ওইনা লৈবা হরিনা আদ্যা শক্তিগী মফমদা পুক্রিংনা চংহুনা মশক মণ্ডং-নায়বা মুক্তি পাব্রা অমা ওইরক্লে ওইরক্লিবা মুক্তি অসি পান্বোম অনি পানবা বাঁশি পাইবা

শংবান্নবা কুচু ওইবা সনাফীগেৎ থোনবা ৱাহোং মতুগী চূড়া থোনবা শ্রী কৃষ্ণ অতুমক্লি। অতুগুম্বা হরি কৃষ্ণনা সংসার শেম্নগে খল্লবদা অহান্নদা ইবুংঙোগী হকচাং ওইথংবা তংখাই অতু মুপী ওইরে অতুগা য়েৎথংবা তংখাই অতুদি কৃষ্ণগী মূর্ত্তি অতুম লেংদনা লৈ। মতুগী মতুংদা ওইগী হকচাং তংখাই অতু তোপ্পা খায়দোক্তুনা রাধাগী মূর্ত্তি ওইরে। অতুগী মতুংদা রাধা-কৃষ্ণ অনিনা চহি কয়া শান্নরবা মতুংদা শ্রীরাধা গর্ভ পুরে। চহি লিশিংঅমা গর্ভ পুরবা মতুংদা মচা অমা উচেক্কী মরুমগুম্না মরুম অমা পোক্লে। মতুদা রাধানা শাওতুনা লাক্তুনা লংখিবদা সমুদ্রদা তাখরে। হেক তাবগা পোকখাইতুনা পাঙ্গোম ৪ পান্বা মহাবিষ্ণু পোক্লে। মহাবিষ্ণুগী খোইদো থম্বানদগী ব্রহ্মা পোক্লে। কৃষ্ণগী হকচাং ওইথংবদগী মহাদেব পুথোক্লে। ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর লাই ৩ পোকখিবনি।

অসিনি তায়াই তাইবংপান্বদা লৈরিবা লাই পুম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণগী মখা থাবা মক্তনি। পুম্নমক অসে মহাক্না পুথোকপামক্তনি মঙোন্দগী ওইরকপা মক্তনি। অতুম ওইনমক কৃষ্ণগী যোগমায়ানা খুমহৎতুনা সংসারদা লৈরিবা মী-লাই পুম্নমক্না কৃষ্ণবু লাইনি হায়বা খংবা ঙমহন্দে। কৃষ্ণগী মায়া শক্তি কনগ্রবা জাৎনি তায়াই, মীওইবা ঐখোয়দি থম্মীখো লাই ফাওবা কৃষ্ণগী মায়ানা খুমহৎখিতুনা কৃষ্ণবু লাইনি হায়বা থাজরুদবদগী মরাল লংজরুতুনা অৱাবা কয়া তাগ্রবনি। মমৈথংদা ঐ লাল্লে হায়বা খংজরক্লবদা ইকাই ইকি হুন্দোক্তুনা কৃষ্ণদা চংজরকখি। কৃষ্ণনা মাগী মরাল অতু ঙাকপিখি।

য়াইমা—ঙাইখো তোলেন, ঐ ৱা অমা হংগে—করম করম্বা লাইনা কৃষ্ণবু লাইনি হায়বা খংদবদগী করি মরাল লংঙতুনা করম্বা

অরাবা তাখি? ৱারি অদু করি লাইরিক্তা য়াওই অতুক হাইয়ু।

তোলেন – তায়াই ননাওনা খংজরিবা খরা অসিদি লাইরিক্তা লৈবা মক্তুনি। শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা লাই পুম্নমকপু স্নমহৎপা ঙম্মি হায়বগী খুদম ৱারি অমা শম্নপ্না হায়জগে। ৱারি অসি শ্রীমদ্ভাগবতকী ১০ সুবা স্কন্ধগী ১৩ সুবা অধ্যায়দা য়াওরি।

শ্রীব্রজবৃন্দাবনদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অঙাং ওইরিঙৈদা সখা-শিংগা নিতিগী ষণ শেনবা চৎলি। নোংমদি অঘাসুর কৌবা হিংচাবনা অচৌবা লিন অমা ওইনা লাক্লগা কৃষ্ণগা লোইননা যম্নাউ শেল্লিবা সখাশিং পুম্নমকসু যম্নাউ পুম্নমকসু হিংচাবনা উমগ্রবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হিংচাবা হাৎলগা যম্নাউ পুম্নমক্তা যম্নাউ শেন্না সখা পুম্নমক্কপু কনখি।

নুমিৎ অদুদা হিংচাবা শিরবা মতুংদা সখা ময়ামগা কৃষ্ণনা যম্নাউ ময়ামসু লোইনদুনা যমুনাদা লাক্লগা ইরুজনরে ঈশিং থক্লরে। যমুনাগী তোর্বান ফজরবা মফম অমদা কৃষ্ণনা ময়াইদা ফম্লগা সখাশিংনা ইকোয় কোইশিল্লগা মা-মানা ময়ুম-ময়ুমদগী পুনরকপা অচাপোৎশিংদু চয়োম থোক্লরগা চামিন্নরকই। ময়াম অদু হরাওনা নোক্লা নোক্লা লংন-লংননা য়াম্না নুংঙাইনা চামিন্নরকই। সখা অমনা মহাও তংলুরবা অদু কৃষ্ণদা-ইতাও কাহ্নাই মসিনা থ্বাইদগী মহাও হেল্লি ঐনা মহাও তংলুরবনি হঙোইবরনে সে মসি মহাও য়েংউসে হায়দুনা পি। মদু কৃষ্ণনা হঙোইবা লৈতনা লৌদুনা চাই।

গোপগী অঙাংশিং অদুগা কৃষ্ণগা পুন্না চামিন্নবা অদু উবদা ব্রহ্মানা কৃষ্ণবু লাইনি হায়বা থাজদে। মরমদি ভগবান কৃষ্ণদি ব্রাহ্মণশিংনা যজ্ঞদা কৎলিবা পোৎ পুন্নমক অদু মন্ত্রনা শেংদোক্লগা হোম তৌদুনা কৎলবা হবি অদুতবু চাবনি। গোপগী অঙাংশিংগা লাক্ল-লাক্ল মুন্না-মুন্না পুন্না চামিন্নবা অদু উবদা কৃষ্ণবু ঈশ্বরনি হায়বা ব্রহ্মানা থাজদবনি। মরম অসিদগী ব্রহ্মানা গোপ্‌মচা কৃষ্ণ অসি মতিক মগুণ কয়া লৈবগে চাংয়েং তৌগে খনখি।

শ্রীশুকদেব মুনিনা হায় তাও পরীক্ষিৎ মহারাজ। মতৌ অস্নুম্না বন্দা অঙাং ময়ামগা কৃষ্ণগা চামিন্নরিঙৈদা যন্নাউ ময়াম অদু মমাং মমাংদা শজিক অনৌ অনৌবা উবদগী চানা চানা চৎথিবনা অচৌবা বন্দা চংখ্রে। ব্রহ্মানা যন্নাউ পুন্নমক মফম চানা লোৎশিন্দুনা থমখ্রে। কৃষ্ণনা থিরকপদা ফংদনবা য়াম্না চেৎনা মায়া তৌদুনা শুমদুনা থমখ্রে।

শোমদা সখাশিংনা য়েংলকপদা যন্নাও অমত্তা উদ্রবদা য়াম্না নুংশা থিনরে। নুংশাথিদুনা অকিবগা লোইননা মখুৎতা অচাপোৎ পাইনা পাইনা ময়াগী চখোম শায়না শায়না যন্নাউ থিবা চৎকে হায়দুনা হৌগৎনরক্লে। মতুদা কৃষ্ণনা থাম্মি প্রাণ সখা নখোয় পুন্নমক নুংশা থিগন্নু চাবা তোক্লন্নু লোইনা চাথোকউ। যন্নাউ পুন্নমক ঐনা লোইনা হোয়দুনা পুরক্কে। অসি হায়রল্লগা কৃষ্ণনা খুত্তা পায়রিবা চখোমদু য় ওনা য়াওনা যন্নাউ থিবা চৎখরে।

বৃন্দাবনগী বন পুন্নমক অশোংবা উরী উনানা উপশিন্দুনা লৈবা মফম, গোবর্দ্ধনগী চীংথক চীংখা লোকন্নুং মফম পুন্নমক্তা চত্তুনা থিরুবদা যন্নাউ ফংদরে। মতুদগী সখাশিংনা লৈহৌবা

মফমদা অমুক তম্না লাকখি। কৃষ্ণনা যম্নাউ থিবা চৎখ্রিঙৈদা ব্রহ্মানা যম্নাউ শেন্বা সখাশিংহুস্থু ব্রহ্মানা মায়া তৌদুনা পুখরে মফম অমদা, শুমদুনা লোৎশিনখি। মরম অদুনা কৃষ্ণনা অমুক হল্লকপদা সখা অমত্তা লৈরমদরে। মদুদা তাইবংপানবা পুম্নমকপু থংবা শ্রীকৃষ্ণনা বন মনুংদস্থু করিগুম্বা শাবল অমদস্থু যম্নাউমচা ১স্থুং মাদুবু শেনবা সখাশিংবু উত্রবদা ব্রহ্মানা তৌরিবা পুম্নমক্ত খুদক্তা সংসংনা থণ্ডখি। ১৭ ॥

মদুগী তুংদা তাইবংপানবা শেম্বা মহাপুরুষাবতারনচিংবগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা যম্নাউমচা গোপমচা পুম্নমকী মমাশিংবু অমস্থুং ব্রহ্মাবুস্থু মুংঙাইহনগে নিংদুনা ইবুংঙো মহাক্না যম্নাউ-মচাস্থু গোপমচাস্থু ওইদুনা লৈখি। ১৮ ॥

কৃষ্ণনা ওইরিবা সখাশিংগী, যম্নাউশিংগী পিকপা-চাওবা মচু মমেন, শাওং শাদা হকচাংশিংগী নোয়বা ময়াংকংবা অদুপকী মখৈ ওইবা মখোয়না পাইবা চৈ, শিঙ্গা, বেণু, যণ হুমনবা উ মতোল, চয়োম পুননবা থৌরিগী খাউ মাদুপকী মখৈ ওইবা, মখোয়গী লৈতেং ফিরোম্নচিংবা অদুপকী মখৈ ওইবা, মখোয়গী লমচৎ শাজৎ, মশুণ, মমিং মওং মতৌ, চহি মতাং মাদুপকী মখৈ ওইবা, মখোয়না মমা মপাদা চৎপা ব্যবহার অদুগা মখোয়না হাননা তৌরম্বদু থংবা, অসিনচিংবা অদুপকী মখৈ ওইবা পুম্নমক অদুগী মশক শ্রীকৃষ্ণনা ওইখরে। ১৯ ॥

অস্থুম্না তৌদুনা ইবুংঙো মহাক্না ওইবা যম্নাউশিংবু, মানা ওইবা সখাশিংবু বনদগী হোইদোকহন্দুনা মহাক্না ওইবা শাম্নবগী মরম খিবিকনা শাম্নদুনা ব্রজদা চংখরে। ২০ ।

শ্রীশুকদেবনা হায় হে নিংথৌ ! অদুগুম্বা শ্রীদাম সুদাম সুবলনচিংবা গোপমচাশিংগী মশক ওইরবা হরিনা অদু অদুগুম্বা মাগী মাগী ষন্নাউমচাশিংদু মাগী মাগী য়ুম য়ুমদা হোইজিল্লি, মাগী মাগী যঙ্গোনদা লৈহল্লগা মাগী মাগী অদু অদুগুম্বা য়ুমদা চংখি। ২১ ॥

মচাশিংনা খোংলকপা বেণুগী খোঞ্জেল তারগা মমা মমাশিংনা ফন্নম্বদগী হৌগৎতুনা শ্রীকৃষ্ণনা ওইবা মচাশিংবু উরগা মচানি হাইনা নিংদুনা মতম্বাক্তা পন্নগা চেংনা কোল্লদুনা মচাবু নুংশিবদগী নংথরকপা স্তন্যবু পিথকখি। ২২ ॥

শুকদেবনা হায় হে নিংথৌ ! অদুগী তুংদা মতম মতম অদুগী অদু অদুগুম্বা শান্নবনা মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী লমচৎ খিবিক্লা পেলহল্লি, অদুগা মমানা মনম নুংশিবা থাউ তৈবিবা, ঈরুবিবা; চন্দননচিংবা তৈবিবা, ফিজেৎ লৈতেং তৌবিবা, তিল্লাই চংদনবা ঙাক-শেনবা, চন্দন থিনবিবা, পিজবা, অদুগা বনগী পাউ হংবা অসিনচিংবা তৌদুনা য়োকপা থাকপা তৌরি। ২৩ ॥

ষণবীশিংসু গোপীশিংনা তৌবগুম্না কৃষ্ণনা মখোয়গী মচা ওইদুনা হান্ন যঙ্গোন্দা লৈরম্লবদা থুনা যঙ্গোন তান্না লাকতুনা হুম হুম হায়না মচাশিংবু কৌশিল্লগা চংলক্লবা মচা মচাশিংবু হন্না হন্না লেকলদুনা নংথরবা খোঙ্মি থন্না লৈরবা মখোম পীথকখি। ২৪ ॥

মতৌ অসুম্না ষণবী অমসুং গোপীশিংনা কৃষ্ণবু মচা ওইনা ফংই, মতুদা হান্নগী ওইবা মতৌদু করি অমত্তা কাইদে, মতমদুগী অতোপ্পা হেন্দোকপা অমদি নুংশিবতদি হেনগৎলকখি।

কৃষ্ণনা ওইবা যন্নাউ, কৃষ্ণনা ওইবা সখাশিংগী মফমদা নুংশিবা অসি হান্নদগী লেপ্পা লৈতনা নিত্তিগী হেনগৎলি। কৃষ্ণনা ওইবা যন্নাউ অদুগী মখাদা অনৌবা পোকপা যন্নাউ অদুদা নুংশিবদগী যণবী অদুনা হান্নগী অরিবা যন্নাউ কৃষ্ণনা ওইবা অদুদনা নুংশিবা হেল্লি।

অস্নুম্না শ্রীকৃষ্ণনা যন্নাউ অমদি যন্নাউ শেন্বা সখা শাদুনা লৈরব্পা অসি ময়াম্বা বলদেবমক খংখিদে। অদুমওইনমক বলদেবগী পুক্নিংদা য়াম্না ঙকপা ওইরকখি; ব্রজগী গোপ গোপী, মমা-মপা ওইরিবশিং অদুনা যন্নাউ শেনবা মচাশিংদা নুংশিবসি হান্নদগী হন্দক্না য়াম্না হেনগৎপা উখি। যণবীশিংনা অনৌবা পোকপা যন্নাউবুদি থওইদ্রগা মখোম খাইরবা যন্নাউ অদু উদ্রগদি লৈফম খংদবা, অসিগুম্বা যণবী অমম্নুং গোপীশিংগী মচা নুংশিবগী প্রেমগী মওং অসি উবদা বলরামনা ঙকপদা লেংবরে।

অস্নুম্না লৈরকপনা ব্রহ্মানা যন্নাউশিং সখাশিং লোৎশিনখিবসি চহি অমা ফাগদবা অহিং মঙা/তকক্তা ঙাইরবা মতম অদুদা বলরামনা খনখি। হন্দক ব্রজগী যণবী অমম্নুং গোপীশিংনা মচা নুংশিবদা হান্নদগী প্রেম হেঙ্গৎপা, মচা অনৌবা চেনবী যণবীশিংনা অনৌবা মচাদগী মখোম খাইরবা মচাশিংবুনা হেন্না চান্না, অরিবা মচা উদ্রগা থানবা ঙমদবগী মতৌদু উরগা মসি করিনো? বলরামনা খনখি। মসি করম্বা মায়ানো, লাইনা তৌবরা? মীনা তৌবরা? হিংচাবনা তৌবরা? মসি করি মরমদগী ওইরিবনো? ঐগী ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা শোইদনা ওইগনি মরমদি ঐমকপু সুমহৎপা মায়াদি অতৈ অতোপ্পগী ওইবা নত্তে। বলরামনা অস্নুম্না খল্লুরগা তপথরবা জ্ঞানগী

মশক ওইবা মিৎনা ষম্নাউ, সখা পুম্নমক অদুবু শ্রীকৃষ্ণ ঙাক্তনি হায়বা উরে।

শ্রীবলদেবনা পুম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণনা ওইবনি হাইবা খংলবদা ব্রহ্মানা সখাশিং অমসুং ষম্নাউশিং হুখি হায়বদি খংদবদগী খংনিংদুনা কৃষ্ণদা হংখি। বলরামনা হায় হে ইবুংঙো! পুম্নমক অসি নথন্তনা ওইবনি ঐ খংলে, হান্নগী লাইশিংনা ওইরকপা সখাশিং, ঋষিশিংনা ওইরকপা ষম্নাউশিং অদু হৌজিক করিগী ওইদ্রিবনো? মখোয়শিং অদু কদাইদা লৈখিদুনা হৌজিক নহাক্কা সখাশিং যম্নাউশিং ওইরিবনো? মসিগী মরমদা ইয়াম্বদা শম্না খংহন্বীয়ু।

বলদেবগী মফমদা কৃষ্ণনা নোক্তুনা হায়, দাদা নহাক মরমশিং অসি খংলমখিরোই ননাও হায়জগে! কৃষ্ণ ঐগী ইতিক ইগুন পরীক্ষা তৌগদবগী ব্রহ্মা কৌবা লাই অদুনা মায়া তৌদুনা যম্নাউশিং অমসুং ষম্নাউ শেনবা সখাশিংসু হুদুনা পুগ্রগা মহাক্কা মফম অমদা লোৎশিন্দুনা থমখ্রে। মদুদা ননাওনা কৃষ্ণ ঐগী ইতিক ইগুন খংহনগে হায়দুনা সখা ১দি ষম্নাউ ওইরিবনি। অসি হায়দুনা কৃষ্ণনা মরম তাক্লবদা বলরাম খংখরে। ২৫..........৩৯ ॥

অশোমদা ব্রহ্মানা মহাক্কী মফম য়ৌরুরগা য়াম্না থুনা ক্রুটি কৌবা মতম অমতংগী মানদা লাক্তুনা য়েংলৈ, মতম অদুদা মীগী পরিমানদদি চহি অমা সুরম্লে। অদুপ কুইনা শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী অনুচরশিংগা লোইনদুনা শান্নরমবা অদু ব্রহ্মানা উখি। ৪০ ॥

যন্নাউশিংসু অঙাং ময়ামসু কৃষ্ণগা লোইননা শান্নরম্বা উরুরগা ব্রহ্মানা য়াম্না ঙকখি। মানা অমুক খল্লি ঐনা লোৎলম্বা অদু কৃষ্ণনা লৌরুরমাল্লে খন্দুনা মফমদুদা তন্না য়েংলকপদা যন্নাউসু অঙাংশিংসু লোইনা তুমদুনা লৈরম্মী অমত্তা হৌগৎলমদে। মতুদা ব্রহ্মা, অমুক হেন্না ঙকখরে। ব্রহ্মানা অমুকসু য়েংই লোৎলম্বা অঙাং মশিং যন্নাউ মশিং রাৎপরা হায়দুনা মশিং থিদুনা য়েংবদা অমত্তা রাৎলমদে অমত্তা হেন্দ্রে মতুদা ব্রহ্মাদু মাগী রাখল পুংমম মমখরে খনফম থোক্তুরে। মানা লোৎলিবা যন্নাউ মশিং অঙাং মশিং কৃষ্ণগী মনাক্তা রাত্তুনা লৈ, মশক মতৌ চপ মান্নৈ, খজিক্তা ফাওবা তৈনবা তৌদনা অনি থোক্লা লৈবা অতুদা করম্বনা অশেংবনো করম্বনা শেংদবা ওইরিবনো হায়বা খংবা ঙমখিদে। কৃষ্ণগা লোইনরিবা অঙাংশিং যন্নাউশিং অসি কদাইদগীনো হায়দুনা ব্রহ্মানা য়াম্না মুন্না খন্দুনা ধ্যান তৌদুনা য়াম্না কুইনা য়েংলে মতুদসু খজিকফাওবা খংবা ঙমদরে।

অস্থুম তৌদুনা মাবু ঙকহনবা য়াদবা মানদি পুন্নমকপু ঙকহনবা, মফম পুন্নমক্তা লৈবা শ্রীকৃষ্ণবু ঙকহনগে তৌরুবদা ব্রহ্মাদু কৃষ্ণগী মায়ানা সুমহত্তুনা ঙকখি। মথক থোংবদা মায়া তৌরুবদা মায়া অদুনা মঙোন্দা লৈজরমবা মতিক ময়াই মাংহনজরে। হন্দক ব্রহ্মানা কৃষ্ণদা মায়া তৌরুবা অসি শ্রীমদ্ভাগবত্তা অস্থুম্না হায়। তুমিৎকী মঙোন্দা তন্দনগী মঙান্না নাপল তৌবগুম, সমুদ্রবু তুরেল মচানা হেল্লগে হোৎনবগুম, নোংলৈ নুংশিৎ অকনববু তেরা মফোন্না ঙাক্কনি থিংবগুম। মবুক লাম্লবা নোংশাদা শজিমচানা লান তৌশি হায়না হৌরুবগুমনা

ব্রহ্মাদু মাগী নাপন পুন্নমক মাংখরে। মশানা থাকপা লাং মশাদা থুবা হায়বতু ব্রহ্মাদা থোক্লরে।

মতৌ অসুম্না ব্রহ্মা অদু শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা সুমহৎখিদুনা বুদ্ধি লৌশিং জ্ঞান পুন্নমক মাংখরে রাখল থোক্লরে। মতম অদুদা কৃষ্ণগা লোইনরিবা সথাশিং মহুদা লৈরিবা যন্নাউশিং পুন্নমক অদু ব্রহ্মাগী মমিত্তা কৃষ্ণ ওাক্ল ওইনা উরক্লে, সংবান্নবা কুচু ওইবা সনাফীগে থোনবা পাম্বোম ৪ পানবা, শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম পাইবা, নাদা নাইন য়ানবা, কোক্তা লুহুপ উপপা, ভকশমদা কৌস্তুভ মণি থোনবা শ্রীবিষ্ণু মুর্ত্তি মক্তা ওইনা উবদা ব্রহ্মানা য়েংবা ভমদহুনা মশা থক থক নিক্তুনা জ্ঞান মাংথরক্লে মাগী শদোং কাঁওাগী মথক্তগী লৈবাক্তা লোংনা হাইথদুনা রান্থরে।

মতৌ অসুম্না শিবগা চপ মান্নবা রারবা ব্রহ্মাগী মতৌদু উরুরগা কৃষ্ণনা হুংশিবিরক্লহুনা থৌজানগী য়িৎয়েংনা য়েংবীদুনা জ্ঞান তাহম্বীরে। ব্রহ্মানা জ্ঞান তারক্লবদা শ্রীকৃষ্ণবু মী নত্তে হায়বা খংজরকখি। ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণবু চিংনা য়েংজরগা মাগী পুক্লিংনা খংজরকখি মহুদি:— মহাক অসিদি পুন্নমক্কী মরু ওইবা মীগী মশক মানবা মীদি নত্তবা পরংব্রহ্মনি, হাইবসি খুদক অদুদা খংজরক্লে। অসুম্না জ্ঞান তারক্লবা খুদক্ত লৈবাক্ত। সনাগী চৈনা তাবগুম্না তাহুনা মকোক মরিনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ অনিবু শোক্লহুনা মীৎতগী শিম্থরকপা পীগী ঈশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ চোৎপামখৈ কপচখি।

শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মানা লংজখিবা মরালশিং অদু নিংশিং নিংশিংলুরগা অমুক হৌগৎ অমুক তুহুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ অনিদা হন্না হন্না তুহুনা কুইনা লৈখি।

অদুগী তুংদা তপনা তপনা হৌগৎলে, মিৎ অনি নোইরে, শ্রীকৃষ্ণবু মুন্না য়েংলগা মঙক লুকথরদুনা খুৎ লোন্নরে, ভক্তিনা তিল্লবা পুকনিং তপথরবা ব্রহ্মানা মশা অদু তনিক তনিকনা লৈরদুনা হিক্লা হিক্লা চাংবা য়াথংনা স্তুতি তৌখি। ৪১...৬৪।

অস্মুম্না জগৎ তাইবংপান্নবু শেম্বা ব্রহ্মা কৌবা লাইফাওবা শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা স্নুমহৎতুনা অঙকপা ওইখিবগী ৱারী অসি শ্রীমদ্ভাগবতকী তরা শুবা স্কন্ধগী তরাহুমদোই শুবা অধ্যায়দা শ্রীশুকদেব মুনিনা পরীক্ষিৎ নিংথৌগী মফমদা লিখিবা ৱারীনি।

মরম অসিনা তায়াই! তাইবংপানবদা লৈরিবা লাই পুম্নমক্কী মকোকথোংবা লাইদি; পাম্বোম অনি পানবা বাঁশি পাইবা ধরা-চুড়া লৈতেংবা ব্রজগী গোপীকাশিংগী মবুংঙো যশোদাগী মচা শ্রীকৃষ্ণনি। মঙোন্দগী হেন্না চাওবা লাই লৈতে হায়বা অসি মরুওইবা লাইরিক অয়াম্বনা হায়। ব্রহ্মা মহাদেব শোরারেন্নচিংবা লাই পুম্নমক্কা যশোদাগী মচা ওই-বিরিবা শ্রীকৃষ্ণদা থুরুস্মি। অদুগুম্বা নন্দগী মচা ওইবিবা কৃষ্ণ অদুনা হন্দক্কী কলিযুগকী মতমসিদা নবদ্বীপতা শচিগী মচা ওইনা শায়োনবিরবনি।

চাউবা – ৱাফম অদু ওইথোক্কে তোলেন! মুনিশিংনা পংইদা ইশনবা অদু নখোয়না লাইরিক্কী ৱানি হায়দুনা পংথাদা থাজরুবগী ৱানি। ব্রহ্মানা যন্নাউশিং, অঙাংশিং পুম্নমক চহি অমা স্নুমদুনা লোৎশিল্লি হায়বা অসিবু ওইবা য়াবা ৱারা ? কৃষ্ণনা মহারাসদা গোপী অমগা কৃষ্ণ অমগা, গোপী মশিং স্নুননবা কৃষ্ণ ময়াম থোকই হায়বা ভাগবতকী ৱা অদুবু লৌবা য়াবরা ? ৱারী

ফুংঙাইনবা অতুক পংহায় হায়জিন্ননি। হৌজিক সিনেমাদা বিজুলীগী শক্তিনা মী অমাথকপু লিশিং-লক্ষা থোক্না উহল্লিবা অসিম্বু অচুম্বরা ? ঐনা মঙদা খোং-খুৎ তিংথোক্লগা উচেক-কুম্না অতিয়াদা পাইহুনা শান্নে ! মহু তাইবংদদি ওইবা য়াদে, অহুগুম্না কবিশিংনা পংই-ইরম্বা মঙগুম্বা ৱা অহু নখোয়না থাজরুবনি তশেংবদি নত্তে।

তোলেন --তাচৌবু-তাচৌনা থাজদবহুনা থাজদবগী ৱানি! তৌবদি কবি-শিংনা ইতিহাস ইবা মতমদা থোকখিদবা, ওইখিদবা খক ইশিন্দে। কবিশিংনা থোকখিদবদা ৱারী ফুংঙাইনবা অফ ফত্তগী পাওতাক লৌনিংঙাই ওইবা ৱারী লিলা কয়া ইনৱিবসিদি ইতিহাস পুরান নত্তে মহু কবিগী কাব্যনি। হায়বদি ডাক্তর কমলগী উরিরৈ মাধবীগুম্বা নাটকশিংহু থোকখিবা নত্তে ইতিহাসকী লাইরিক্তা ইশিন্না য়াদে।

তশেংনা থোকখিবা থৌদোকশিং অহু ইতিহাসদগী লৌখৎলগা পঞ্জিকাদা (খুপাইদা) হাপ্লি। থোকখিবা থৌদোক-শিং অহু চহি খুদিংগী খুপাই য়েংলগা কুমওন পালন তৌনৱিবা অসি তশেংনা থোকখিবা মত্তনি। মখোয়শিং অহুদি চাওরাক্না পনবা য়াবা খরদি :—কৃষ্ণজন্ম, রাধা জন্ম, ( থৌরাণী), বামন জন্ম, মহাপ্রভু ( য়াওশং) জন্ম, দুর্গা পূজা, মহারাস, গোবর্দ্ধন পূজা অসিনচিংবা। মীগীদা হায়রগা গান্ধীজন্মদিবস, নেতাজী জন্মদিবস অসিনচিংবা ছুটি লৈবা নুমিৎ, খোংজোম ডে, টিকেন্দ্রজিৎ ডে অসিনচিংবা ছুটি লৈবা নুমিৎশিং অসি থোক-খিদবদা কবিনা হেক্তা ইশিনবা নত্তে। থোকখিবা অশেংবা ওইবা মরম্না ছুটি পিহুনা চহি খুদিংগী কুমওন পালন তৌ-নৱিবসিনি। মসিবু থাজদ্রবদি তেরা পাম্বীবু মীয়াম্না তেরা

পাম্বীনি হায়রবদা কংয়েং য়েংলিবা নিপাদুনা মীয়ামগী তেরা পাম্বী ওইরবসু ঐগীদি উইন পাম্বীনি হায়দুনা য়েংপা কংয়েং অদুমক তারে।

হিন্দুশিংনা চহি খুদিংগী গোবর্দ্ধন পূজা তৌরিবা অসিসু লাইনিংথৌ শোরারেননা কৃষ্ণবু লাইনি পুম্নমক্কী মকোকথোংবা পরংব্রহ্ম ঈশ্বরনি হায়বা খংদদুনা নাপন তৌবা অদু কৃষ্ণনা মাগী নাপন য়েথেক্কে হায়দুনা গোবর্দ্ধন পূজা হৌদোকলম্বনি। শ্রীকৃষ্ণনা হৌদোকলম্বা অদু চহি কুমজা খুদিংগী পালন তৌনরিবা অসিনি।

য়াইমা – তোলেন, গোবর্দ্ধন পূজাগী ৱারীদু করি লাইরিক্তা য়াওই ? ৱারীনা করম ২ তৌবনো ? খংলবদি খর শন্দোক্লা লিয়ুদনা।

তোলেন—তায়াই, গোবর্দ্ধন পূজাগী ৱারীসি শ্রীমদ্ভাগবতকী ১০ শুবা স্কন্ধগী ২৪ শুবা অধ্যায়দা য়াওই। মসি য়াম্না শন্দোক্লা হায়জররোই চাউরাক্লা খরদং হায়জগে।

হান্নসু হায়জখরে পুম্নমক খংবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা, লাই-নিংথৌ শোরারেন কৌবা লাইগী নিংথৌনা কৃষ্ণ ঐবু মশক খংদরে, ঐবু মানা মীচম গোপমচানি খন্দুনা নাপন তৌরিবা অসি মাংহন্দুনা নাপন কোকহন্দ্রবদি পাপ লৈরা তারে। মপাপ কোকচনবা নাপন য়েথেকপীগে খন্দুনা নোংমা নুমিৎ অমদা নন্দ নিংথৌনচিংবা গোপগী অহন ময়ামনা শোরারেন পূজাগীদমক থৌরাং তৌরিবা মফম অদুদা চংশিল্লক্তুনা নন্দ-নচিংবা অহনশিংদা হংজরকখি।

শ্রীকৃষ্ণনা হংই—হে ইপা ! নখোয় ময়াম লাকতুনা য়াম্না কিনা লুনা থাজবগা লোইননা তিন্নদুনা থৌরাং তৌরিবা

অসিবু করি লাই খুরুমগদৌরিবা ওইরবনো ? ঐ য়াম্না তানিংঙি তাকপিম্মু হায়না হংই।

মচাগী ৱাহং তাবদা শ্রীনন্দনা খুন্দী। ইবুংঙো ইপাথোয়না লাংলিবা পোৎলম ময়াম অসে উরেদনা! মসি লাইগী নিংথৌ শোরারেনবু পুজা তৌগদৌরিবনি। মহাক্না নোংগী মপুনি পৃথিবীদা মহাক্না নোংচুহনবদগী তাইবংগী জীব পুম্নমক হিংলিবনি। ঈশিং য়াওব্রবদি তাইবংপাম্বগী জীব, মনা মশিং উ, ৱা, পাম্বী পুম্নমকসু হিংবা ঙমদবনি। মরম অসিনা লাইনিংথৌ শোরারেনগী পূজা অসি চহি খুদিংগী কৎলিবনি, অদুনা ঙসিসু কৎকদৌরিবনি।

নন্দনচিংবা অহনশিংগী ৱা তারুরগা কৃষ্ণনা শোরারেনগী মফমদা শাওদুনা মহাক্কী পূজা অসি তোকথোক্লগা গোবর্দ্ধন পুজা কৎপা তৌদোক্লগে খল্লদুনা শ্রীকৃষ্ণনা নন্দনচিংবা অহনশিংগী মফমদা হায়রকই!

শ্রীকৃষ্ণনা হায়। বাবা—জীবদি মানা তৌজবা কর্ম্মগী মহৈতনা পোকই, অমসুং বর্ম্মগী মহৈতনা শি, কর্ম্মগী মহৈতনা হুঙাইবা, অৱাবা, অকিবা, য়াইফবা ফংই। মা-মানা তৌবা কর্ম্মদুগী মহৈ ঈশ্বরনা পিবনি। মী অদুনা ফত্তবা থবক তৌরগা মহৈ পিবা ঈশ্বরনা অফবা মহৈ পিম্বা ঙমদে। মী অদুনা অফবা থবক তৌবগী মহৈদু ঈশ্বরনা ফত্তবা ওইনা পিবসু ঙমদে। তাইবংপানবা অসি ঈশ্বর মহাক্কী স্বত, রজ, তম, কৌবা গুন অহুম অদুনা শেম্বা, য়োকপা-থাকপা, মাংহন্বা তৌরিবনি। নোং চুহন্বা অমসুং হাংহনবা, অইং-অশাগী ঋতু খায়রিবা অসিসু ইশ্বর মহাক্কী প্রেকৃতীগী গুননা তৌবনি। শোরারেননা তৌবা নত্তে শোরারেন মহাকপুসু শেম্বীবা ঈশ্বরনি।

পৃথিবীদা নোং তাহল্লিবা অসি শোরারেন্না নত্তে। শোরারেন পূজা তৌদ্রগা নোং তারোইদবা নত্তে। শোরারেন পূজা তৌদবা মফমদস্তু চহি খুদিংগী নোং তাই। বাবা— গোপ ঐখোয়না হিংলিবা অসিদি যণগী মপানননি, মরুওইবদি যণশিংদা অনৌবা শজিক পিবিহুনা সঙ্গোম মরাংকায়না ফং-হল্লিবা গোবর্দ্ধন চীং অসি ঐখোয়গীদি লাইনি। অদুনা শোরারেন পূজাগী লাংঙুরিবা পোৎলমশিং অদুনা গো-বর্দ্ধন পূজা কৎলসি, লোয়নননা যণশিংবুস্তু পূজা তৌসি, অনৌবা শজিক পিজহুনা যণবী-যন্নাউ পুম্নমক পেলহনসি। মসিনা ঐখোয়গী অফবা ওইগনি।

জীব খুদিংমক্কী হৃদিদা পরমাত্মা ওইহুনা লৈবা শ্রীভগবান কৃষ্ণগী রাসি ভাবদা নন্দনিংথৌনচিংবা গোপগী অহন-লমন, ত্থুপী-অঙাং, নহা-পাখং পুম্নমক চপ মান্ননা গোবর্দ্ধন পুজা তৌরসি হায়না লেপ্লরে। অসুম তৌনা কৃষ্ণনা হায়বা মতুং ইন্না পূজাগী পোৎলম ময়াম পুনরক্তুনা গোবর্দ্ধনদা কৎনরকই। যণ পূজা তৌই, ব্রাহ্মনবু পিজপিথকতুনা যণবী দান তৌহুনা পেনহল্লি। চাক এঙ্গাং মথেল ময়াম, অহাও অথুম সন্দেস, ননি, মাখন, লডু, বেরা, সঙ্গোম অফম্বা, অনৌবা, তলনচিংবা পুম্নমক পুন্না পুন্না থমহুনা চীংগুম্না পৈহুনা গোবর্দ্ধন চীংদা কৎলি। কৃষ্ণনা হায়বা মতুংইন্না গোপ গোপী পুম্নমক ফজবা ফিজেৎ লৈতেং তৌহুনা কৃষ্ণগী মগুণবু ঈশৈ ওইনা শক্তুনা গোবর্দ্ধন চীংবু য়েৎওইননা কোইহুনা খুরুম্মী।

শ্রীকৃষ্ণনা ময়ামগী থাজনবা হায়হুনা অতোপ্পা রূপ লৌরহুনা এ গোবর্দ্ধননি হায়হুনা চাওরবা হকচাং ওইহুনা

গোপ গোপীশিংনা কৎপা পুম্নমক অতু চাই। ৩৮..... ৩৯।

ময়ামগা লোয়নরিবা শ্রীকৃষ্ণ মহাক্না, মানা ওইবা অচৌবা মুর্ত্তি অতুদা খুরুমই অতুগা হায়— য়েংঙু য়েংঙু গোবর্দ্ধন-চীংনা মশক পান্দুনা থোকপীরক্লে ঐখোয়বু চানবীতুনা ঐখোয়না কক্ষবা পুম্নমক কয়াদ হাওনা চাবিরে। ঐখোয়না খংদবদগী নহালমখৈ মহাকপু পূজা কৎলুদবগী ইরাল ঙাকপিনবা ঐখোয় পুম্নমক খুরুমসি ! অসি হায়তুনা গোপশিংনা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা কৃষ্ণনা ওইবা অচৌবা মুর্ত্তিতুদা কৃষ্ণ মশানা খুরুমম্মী। অসুম তৌনা শ্রীকৃষ্ণনা ইনশিন্দুনা শোরারেনগী পূজা তোক্তুনা গোবর্দ্ধন পূজা অমসুং ষণ পূজা তৌবা হৌদোকখি। ৪২।

মথংদা লাইগী নিংথৌ শোরারেননা মহাক্কী পূজা থুগাই-তুনা চীংবু পূজা তৌখিবা অসি খংলক্লবদা য়াম্না শাওরে। কৃষ্ণবু লাইনি খংদবদগী ব্রজগী জীব পুম্নমকপু তুম্না মাংহল্লগে খন্দুনা নোং নুংশিৎ তৌহল্লকখি। খংদবদগী শাওতুনা শো-রারেন্না কৃষ্ণবু অচম্বা মীনি খন্দুনা চৈরকখি।

ইন্দ্রনা চৈখিবা শ্লোক—

বাচালং বালিশং স্তব্ধমজ্ঞং পণ্ডিত মানিনম।
কৃষ্ণং মর্ত্যমুপাশ্রিত্য গোপা মে চক্রুর প্রিয়ম।৫।

অর্থ=চিনথৗবা, মুর্খ, নাপন তৌবা, জ্ঞান লৈতবা, পণ্ডিত শাবা, শিগদবা মীগী মপোক্তা পোকপা কৃষ্ণ অঙাংগী রা নৌতুনা গোপশিংনা লাইগী নিংথৌ ওইবা ঐবু থৌওইদ্রে ইন্দ্র ঐগী পামদবা থবক তৌরে। ৫।

অসুম্না শাওতুন ব্রজধামদা প্রলয়গী নোং-নুংশিৎ তৌহল্লি। নুংগুম্বা লেন কয়া হৈথতুনা, ব্রজ কয়া থাদতুনা, য়ুম্বী য়ুম্বীগুম্না

চাওরবা নোংলিকনা শাফু কন্না ফৃথত্নুনা ব্রজগী জীবপুম্বা মাং-হল্লগে হায়দুনা অঙকপা নোংগী লাল হৌরকখি।

মতম অদুদা ব্রজগী গোপ গোপী, নহা অহন, নুপী অঙাং, যণবী যন্নাউ, শা উচেক্লচিংবা পুম্নমক মিপাইনরে, কিনরে. রানরে, থরাই হিংগনি হায়বা থাজদরে। মতম অদুদা ব্রজগী জীব পুম্নমকনা শিবা তারবস্তু কৃষ্ণবু উনজরগা শিবা পামনরকখি। মরম অদুনা অমবু অমনা হৌনবা তৌদনা, নোং নুংশিৎ, লেন বজ্রগী মরক্তা থরাই শিবা কিদবামখৈ কৃষ্ণবু উনিংবগী অইনবা অদুনা কৃষ্ণনা নৈবা মাইকৈদা কৃষ্ণবু কৌ·কৌদুনা চেন্নরকখি।

ব্রজজীবগী অরাবসি উবদা শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিজরবা ব্রজগী মনাই অচান্নশিংবু কন্নবগীদমক য়াম্না থুনা গোবৰ্দ্ধন চীংবু থুং নামতনা ফুত্তুনা থাঙ্গৎলকখি। অঙাংনা চেংগুম অপাকপা পাইবগুম, ছত্র খানবগুমনা চীং অদু থাঙ্গৎলগা নুংশিবা খো-ঞ্জেননা ব্রজবাসিবু কৌরকখি।

কৃষ্ণনা কৌরকই, নুংশিরবা ইমা-বাবা অমদি ব্রজগী গোপ গোপী, অহন-লমন, মরুপ-মপাং, সখা-সখী, যণবী-যন্নাউ, শা-উচেক্লচিংবা ব্রজগী জীব পুম্নমক মফম অসিদা লাকপিরো। কৃষ্ণ ঐনা গোবৰ্দ্ধন চীং থাঙ্গৎলিবা অসিগী মখাদা নোং থুপ্পিররো, নুংশাথিবীগনু, কিবিরুগনু, কৃষ্ণ ঐগী খুত্তগী চীং তারক্কদরা হায়না চিংনবীরুগনু করিমতা তৌরোই।

কৃষ্ণগী নুংশিরবা রাহৈ ভাবদা হরাওথিবনা মীপাইবা মখৈ চেন্নরকখি। গোপ-গোপী, যণবী-যন্নাউ, ব্রাহ্মণ পুরোহিত, শা-উচেক অমত্তা চিখ না ব্রজগী জীব লোইনমক গোবৰ্দ্ধন

মখাদা চেনশিন্নরকখি। কৃষ্ণগী মাইথোং উজবদা অন্না-অনা কোকখরে, অরামবা খোঁরাংবা লৈখিদরে। নোং মুংশিংকী অকিবা লৈখিদরে বজ্র তারা লেন তাবগী অথাক অরাও তাখিদরে।

মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা ওইথংবা খুৎ নামতনা গোবর্দ্ধনবু থাঙ্গৎতুনা ব্রজগী জীববু কন্দুনা লৈরকপা অসি নুমিৎ ৭ নি সুরে। মতম অদুদা লাইগীনিংথৌ শোরারেন্না ব্রজগা জীব পুম্নমক তুম্না শিরম্নগনি খল্লি। শিদবা জীব য়াওরিবরা হায়দুনা য়েংলকখি। ইন্দ্রনা য়েংলকপদা ব্রজগী জীব অমত্তা শিরমদে মদু উবদা লাইনিংথৌনা ঙকপদা থেংখরে। মানা খল্লি হায় হায় অঙকপনি ঐনা মহা প্রলয়গী নোং-নুংশিৎ তৌদুনা বজ্র-লেন থাদদুনা নুমিৎ ৭ নি চুপ্পা হোৎনরুবদি অরেম্বদা তারবা, ব্রজ জীবগী মতু অমা ফাওবা তৎলমদবা মসিবু করিগীনো অতৈ জীবদি থমখো হৈপান-লৈপানশিংগী উনা অমা ফাওবা থদৎপা ঙমদবা ঐগী থৌনা ময়াই চম্লবা। খুৎলাই পুম্নমক্কী অথোইবা ঐগী বজ্র লেম্না মাংফদ্রবা, ব্রজদা ময়াই চম্লবা মসিবু করম্বা মায়ানো খনবদা ঙকখি। খল্লুরগা মতোমদা ইকাইকখি, মমৈ থংদা শ্রীকৃষ্ণবু জগৎকী পরংব্রহ্ম ঈশ্বরনি হায়বা খংলকখি। মদুদা মানা ঐ লানখরে হায়বসু খংজ-রকখি। মতম অদুদা মানা নোং পুম্নমকপু খামজিন্দুনা নোং ময়াম লোয়নদুনা ইকাই ইকাইনা শোরারেন মযুমদা হনখরে।

অসুম্না নোং হাংগ্রবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই। য়েংবীয়ু ইবা বাবা অমদি গোপ-গোপী পুম্নমক নোং হাংখরে নুংশা থোক্লে, রাবিরগনু মাইকৈ পুম্নমক শেংলে ঈশিং কংখরে। শোরারেন মথন্থা ইকাইদুনা হনখরে। অমুক হম্না নোং তারক-লরোই য়ুম য়ুমদা চংবিবা য়ারগনি।

মতম অদুদা গোপ-গোপী পুম্নমকনা কৃষ্ণনা জয় ওইরে জয় ওইরে হায়না লাও লাওদুনা য়ুম য়ুমদা হন্নরকখি। নন্দ যশোদানচিংবা ব্রজগী নহা-অহল, গোপ গোপী পুম্নমকনা কৃষ্ণগী মতিক ময়াই অঙকপা অসিবু ৱারী কয়া শানখি, কৃষ্ণগী মতিক মগুণতবু শক্ত শোন্নখি।

অশোমদা মরোল অহুমমক্কী নিংথৌ ওইরিবা লাইনিংথৌ শোরারেন্না কৃষ্ণগী মফমদা মহাক্না লংজখিবা মরালবু খল্লু খল্লুরগা মশাবু মশানা চৈজখি। মমৈদা ইকাইবা অকিবা হুন্দোক্নুনা সুরভী গোমাতাগা লোইননা লাক্নুনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ইরাল ঙাকপিয়ু হায়না চংজরকখি।

শ্রীকৃষ্ণগী চরণ অনিদা ইন্দ্রগী মকোকনা শোকচরগা চৈতুপ তাবগী প্যান্দমগুম্না খুরুমজরগা হিক্না হিক্না বপ্তুনা হায়জখি। হে প্রভু! থৌজন হৈবা কৃষ্ণ, ইবুংঙোনা ননাই ঐবু মরোল ও মক্কী মথক্তা লাইগী নিংথৌ ওইহনবীবদগী অপংবা ঐনা নিংথৌ ওইবগী ময়াই কাখিদুনা ইবুংঙোগী মফমদা অচৌবা ইরান কয়া লংজখরে। নহাক্কী মায়না সুমহৎখিদুনা পাপ চেন্বা ঐনা লংজখিবা ইরান ঙাকপিফম থোক্রুববু ইবুংঙোনা চান্বীদুনা ঐগী নাপন য়েথেকপিদুনা নহাক্কী তশেংবা শকতম খংজবা ঙমলে। ইবুংঙো নহাক্তি ফত্তববু দণ্ডী পিরগা ননাই ভক্তশিংবু য়োকখৎপিগে হায়বগীদমক মীচম অমগুম্না শায়োনবীবনি। হৌজিক্তি পাপচেন্বা ঐগী ইরানগী মতিকচাবা দণ্ডিদু পিবিদুনা পাপ কোকথোকপিরো। অসিনচিংবা ৱাহৈ কয়া হায়দুনা হন্না হন্না খুরুমজখি।

থৌজানগী মপু শ্রীকৃষ্ণনা মোমোন নোত্তুনা ইন্দ্রদা হায়বিরকখি। হে দেবরাজ, কৃষ্ণ ঐগী ইফমদা চংজরক্লবা ঐগী মুর্ত্তিবু উজত্তুনা ঐঙোন্দা খুরুমজরিবা জীবত্তুগী মশাদা পাপ লৈত্রবনি। রারুরগনু হৌজিক্তি কৃষ্ণ ঐগী য়াথং ঙাক্তুনা লাইরৈবাক্তা হন্জিনলো, লাইগী নিংথৌ ওইবা তোক্কনু, মরোল ৩ মক্কী জীববু য়োকপা-থাকপা তৌত্তুনা ঙাকশেল্লু। মতম খুদিংদা কৃষ্ণ ঐবু কাওদনা ভক্তি লৈবা ওইজরো।

কৃষ্ণগী থৌজান ফংলবদা শোরারেন মুংঙাইজরে কৃষ্ণগী মফমদা অমুক হন্না খুরুমজরগা গোবিন্দ হায়বা মিংথোল অসি অভিষেক তৌত্তুনা কৎখি। স্বর্গগী সুরভি কৌবী যণবীনা কৃষ্ণদা খুরুমজখি মহাক্কী সঙ্গোমনা কৃষ্ণদা অভিষেক কৎখি। ব্রহ্মা শোরারেন স্বর্গগী মুনি-ঋষি পুন্নমক্না কৃষ্ণদা অভিষেক কৎপা য়াওখি।

মতৌ অসুম্না কৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন পূজা হৌদোকখিবা অমসুং শোরারেননা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা গোবিন্দ হায়বা মিংথোন অমা অভিষেক তৌত্তুনা কৎখিবগী রারী অসি শ্রীমদ্ভাগবতকী ১০ শুবা স্কন্ধগী অধ্যায় ২৪/২৫ দা য়াওই। শ্রীশুকদেব মুনিনা পরীক্ষিত নিংথৌগী মফমদা য়াম্না শন্দোক্না লিখি। ঐনা হৌজিক হায়জরীবা অসিদি য়াম্না শম্না চাউরাকপা খরদং হায়জবনি, তায়াই।

শ্রীকৃষ্ণনা হৌদোকপিরম্বা গোবর্দ্ধন পূজা হৌজিক ফাওবা চহি খুদিংগী হিয়াঙ্গৈ নোংমা পান্দা কুমণ্ডন পালন তৌনরিবা অসিবু তশেংনা থোকখিবা ওইবদগী পূজা তৌনরিবনি।

মসিবু ঐখোয় তাচৌনা মুনিশিংনা পংই ইশিন্নবনি ওইদবা রানি হায়বিরে। মসিনা ওইদবা রা ওইরবদি মণিপুরদা খোংজোম লান্দা পাওনা শিখি হায়বা অসিসু ওইদবা রানি কবিনা পংই ইশিল্লম্বনি হায়রবসু য়ারগদরা? রারৌবিগন্নু তাচৌ! ইতিহাস ওইবা লাইরিক্তা থোকখিদবা ওইদবা থক ইদবনি। চহিগী কুমওন পাল্লন তৌনরিবা থৌরমশিং অসি তশেং তশেংনা থোকখিবা মক্তনি।

ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনা চৎনরম্লিবা লাইনিংলিচৎ অসি বেদ পুরানদা হায়রম্বা মীওইবনা তৌগদবা লাইনিং লিচৎ অসুম্না তৌবনা ফবনি মতুনা ফত্তবনি হায়না শন্দোক্লা তাক-লম্লিবা লাইরিক্কী রাফমদগী লৌবা য়াবা লৌখৎলগা চৎনরম্লবনি।

য়াইমা—ভাইখো তোলেন ঐ রা অমা হায়রগে! মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চং-লক্লিভৈদা লৈরম্বা ইপা-ইপুশিংগী লাইনিং লিচৎ ইপানাৎ ইপুনাৎ তোঙান্না লৈজরম্মী। গৌর ধর্ম্ম ইপানাৎ ইপুনাৎ ওইরমদে। অতুবু গৌরধর্ম্ম চংভৈদগীদি মৈতৈ ঐখোয়গী ইপানাৎ ইপুনাৎ গৌরধর্ম্মনা ওইরে মসি নত্তরা?

তোলেন—মানি তায়াই, অচুম্বনি। মৈতৈগী ইপানাৎ ইপুনাৎ অহান্বদা গৌরধর্ম্মনা ওইরমদে হৌজিক ওইরে।

য়াইমা—হোঃ মতু ইয়াম্বসু য়ারগে! হৌজিক্তগী চহি ২০০ রোমগী মমাংদগী গৌরধর্ম্মনা ইপানাৎ ইপুনাৎ ওইতুনা লাকখরেকো! অতুনা ...... হৌজিক অমুক ঐখোয় তাচৌখোয়গী কাংবু হায়বা তারে মৈতৈ মরুপ্না চৎনরীবা মৈতৈ লাইনিং লিচৎ অসিনা ময়াম্মক মান্নবা চৎলবদি ইপানাৎ ইপুনাৎ ওইরোইদ্র?

তোলেন – হায়রিবত্থু অচুম্বনি তায়াই। ময়াম্মক চপ মান্নবা চৎলিবা লাইনিং লিচৎ অত্থু ইপানাৎ ইপুনাৎ অত্থুম্মক ওইগনি।

য়াইমা—অত্থুদি নংস্থু ঐস্থু ঐখোয় পুম্নমক মৈতৈ লাইনিং চৎলসিদনা? অত্থুগা মত্থুনা ইপানাৎ ইপুনাৎ ওইহল্লসিদনা?

তোলেন—তায়াই মত্থুমক্তি ওইবা য়ারোই।

য়াইমা—করম্না য়ারোইদৌরিবা?

তোলেন—য়ারোইদৌবগী মরম য়াম্না লৈ তায়াই! মরমশিং অত্থু খরদং হায়জগে, হৌজিক্কী মৈতৈ মরুপকী লাইনিং লিচৎ অসি মরু য়াওদে, খংতপ্তুগী শাগৎপা মা-মানা নিংবত্থু মসি ওইগনি খন্দুনা রাখন্দগী শাগৎনরকপা লিচৎনি। অত্থুনা মরম ওইত্থুনা মৈতৈ লাইনিং চৎপা মখোয় মশেলমক্তা মোত মান্নদবা কাংলুপ কাংলুপ মখল অনি-অহুম থোক্লা লৈরিবসিনি।

য়াইমা—মোত মান্নদবা হায়বদি করিনো? করম্বা মরমদা মান্নদ্রিবনো?

তোলেন – মান্নদবা অসি মরম য়ামখরে তায়াই! পনবা য়াবশিংদি— কাংবু খরনা ফিঙাং শেৎলি, ফিঙৌ শেৎপা কাংবু খর ( ১ )। ফিরোইগী শ্রাদ্ধগী ঈশৈদা কোয়েৎ হাপ্পা কাংবু অমা, কোয়েৎ হাপ্তবা কাংবু অমা ( ২ )। বামোন্না থোংবা চাদবা কয়া অমা, বামোন্না থোংবা চাবা কয়া অমা লৈ ( ৩ )। অসিগুম্বা মোত মান্নদবা অসি হৌরকফম মরু অমখক্তদগী হৌরকপা নত্তবনিনা মান্নদ্রিবনি।

য়াইমা – তাচৌবু! তোলেননা হায়রিবা মোতশিংগী রাফমদগী বামোন্না থোংবা চাদবা হায়ত্থুনা হৌদোকলক্লিবা অসিমদি ননাওস্থু য়াজনিংদে। মরমদি—মীগী মী চপ মান্নে হায়ত্থুনস্থু ঐনা থোংবা বামোন্না চারবা, হাওনা থোংবস্থু ঐনা চারবা অত্থু ওইরবদি থকশি খাশি লৈতরে; মত্থু থকশি খাশি

ঙাক্কবা কৌগনি। হৌজিকপু ঐঙোন্দা হাওনা থোংবা চাদবা য়াদে নৎত্রবদি হাংকনি হায়রবসু ননাঙদি চাজরোই। তাচৌবু হরী হায়বা জাতী, মচিন্দা কা ইঙাং ঙাংনা চপ চপ শাইহনা কা চান-চানা মীগী থি শেংবা অত্নুগুম্বা হরি অনুনা থোংবা চাক তাচৌবু চাবা ঙমগদরা ?

চাউবা—য়াইমা মহুনা জাতি তিন্নদবগী ৱানিদনা! নংঙোন্দা হাওনা থোংবা চাও হায়বা নত্তে। নংগা বামোনগদি করিসু হেন্নদেনা, নংসু গৌরিয়া তৌই, বামোনসু গৌরিয়া তৌই. নংসু ঙা চাই বামোনসু ঙা চাই. নংসু উরিক লুকুন থাঙজি, বামোনসু থাঙজি নংসু ইরুংগা চন্দন খিন্দুনা লাই খুরুম্নগা চাক চায়, বামোনসু অত্নমঙাই নংগা চপ মান্নে করিমতা খেন্নদে। মসিদা বামোন্না হেন্দোকপা হায়ববু কনাগুম্বা লাই লাৎপা বামোন্না লাইসেবা তৌবা অত্নতনি হেন্দোক্লিবা। মৈতৈদসু নিতিগী চন্দন উপ্পুদা লাৎচরিবা লাইবু সেবা তৌরিবা অহল অত্নগদি বামোনত্নগা চপ মান্নে। অত্নগুম্বা লাইসেবা তৌরিবা মৈতৈত্নুনা থোংবদি বামোনসু চাফম থোকই হায়বনি।

তোলেন—তাচৌবু মণিপুরদা ইপা-ইপুশিংনা চৎনরম্লিবা, হৌজিক ফাওবদসু চৎনরিবা গৌরিয়াগী লমচৎ অসি য়াম্না ফজত্রবা লমচৎনি। থকশি-খাশি নাইবা, গুরু শিষ্যগী থৌগনলোন অসি তৌদবা য়াদ্রবা অমনি। মসিবু তৌদ্রবদি হাওগী য়ুম্নান, হাওগী লমচৎ তারে।

চাওবা—তোলেন, হাওসু মৈতৈসু মীগী মী চপ মান্নে করিমতা খেন্নদে।

তোলেন—তাচৌ, মীগী মী অমহা ওইরবসু খেন্নরিবদি লমচত্তনি। হাওদি থকশি-খাশি গুরু-শিষ্যগী থৌগনলোন ব্যবহার লৈতে। খন্দুনা

য়েংবীয়ু তাচৌ। তাচৌনা থোংবা ইতৈমনা চাবা য়াই, ইতৈমনা থোংবস্থু তাচৌনা চারি। তাচৌনা লেম্মম্বা চাক ইতৈমনা চারি, ইতৈমনা লেম্মম্বা চাকস্থু তাচৌনা চাবিবরা ?

য়াইমা — অচুম্বনি তাচৌ, তোলেন্না হায়রিবসি তশেংবনি। ঐগী চাক অরেম্বা হাওনা করিমতা হঙোইবা লৈতনা চাই. হাওদুনা চাবগী অরেম্বা অদু ঐনা চাবগী রাদি থমখো. মাগা ঐগা পুন্না চামিন-থকমিন্নবা ননাওদি ঙমজরোই। হোটেলগী ফাল অমত্তু-দা পুন্না ফম্মিন্নরগা চা থকমিন্নবা ফাওবা হেক পামজদে।

তাচৌ ননাওনা স্থুম খঞ্জবদা তোলেননা হায়রিবসি চুমগদবা মাল্লে। হায়বদি — হৌজিক্কী মৈতৈ লাইনিং লিচৎ অসি মরু লৈতবা রাফমনি হায়বসি চুমগনি খল্লি। মরমদি— মরু অমথক্তদগী হৌরকপা ওইরবদি কাংলুপ কাংলুপ মোত মান্নদবা লৈরমলোইদবনি। ফিঙাং শেৎপা, ফিঙৌ শেৎপা, ঈশৈদা কোয়েং হাপ্পা পালা, হাপ্তবা পালা কাংলুপ, বামোন্না থোংবা চাদবা খর, অচাবা খর অস্থুন্না মোত মান্নদ্রিবসি মরু লৈতবা অনৌবা রাখলনা শাগৎনরকপা শোইদনা ওইগনি।

চাওবা—য়াইমা, ইয়াম্বগী রাসি তাও ! পৃথিবীদা মীওইবনা চংনরিবা লাইনিং লাইশোনগী ধর্ম্মশিং অসি মীওইবনা শেম্না ঙাক্তনি! ঐখোয় মৈতৈগীস্থু মীতৌ তমদবা, মীথা থাদবা শেমগৎলিবনি। মোত খর মান্নদবা অদুদি ঐখোয় মসেল খন্নরগা অরেপপা অমথক্তা থম্লগা লোইরেদনা।

য়াইমা — ও • ও ...অনৌবা শেমগৎপা লাইনিং লিচৎনি হায়বদি চুম্লেদনা, মোৎ মান্নদবা অসি মান্নবা চুংশিন্নবিয়ু তাচৌ। অদুবু মান্নবা ঙমগদবদি মান্দে, করি হায়বগে তোলেন ?

তোলেন—হোয় তায়াই। ননাওস্থু খঞ্জে, হৌজিক্কী অনৌবা মৈতৈ

লাইনিংগী মোত মান্নদবা অসি মান্নবা ঙমগনি থাজদে। মসিদস্থু নত্তে মোত মান্নদবা অতৈস্থু লৈরি।

য়াইমা — আঃআঃ মসিদগী করম্বা মোত মান্নদবা করি অমুক লৈরি হায়য়ু?

তোলেন হায়জগে তায়াই! তায়াইস্থু খংবী-উবীরিবনি, ননাওনা খজিক্কং কাংথোকপদা তায়াইনা থোইনা ভাব তাবিগনি।

য়াইমা—হায়য়ু তোলেন করি থৌরমগীনো করম্বা রাফমদনো?

তোলেন—রাফম অহু অসিনি তায়াই! মৈতৈ লাইনিং চংপা মখোয় মশেন্দগী শজিবুগী নোংমা পান্বদা চৈরাওবা মীওই খর, লৈবাক্কী চৈরাওবা চড়ক পুজাদা লাওবা খর তৌরিবসি তায়াইস্থু খংবিরিবহুনি।

য়াইমা—ওঃ চৈরাওবা অনি থোকই হায়বদি ইয়াম্বস্থু উই-খংই, মসিদা করম্বনা চুম্বনো হায়বহুদি ইয়াম্বা ভাব তাদে, চৈরাওবা হায়রিবা অসিবু করিনো?

তোলেন—চৈরাওবা হায়বদি কুমগী অরোইবা চহি লোইবা ন্নুমিৎ অহুবু চৈরাওবা ন্নুমিৎনি। তশেংবদি চহি লোইবা হায়বা রাহৈদগী থৈথরকখিবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা 'চহি লোইবা"—"চৈ-লোইবা"="চৈরোইবা"="চৈরাওবা" অস্থুম্না রাহৈ থৈথরকখিবনি। অহুনা নোংমা পান্বদা চৈরাওবা অসি থাইনগী অরিবা ইপা-ইপুশিংনা তৌরকখিদে ইপানাৎ ইপুনাৎ নত্তে।

চাওবা—মহু হায়গন্নু তোলেন! শজিবুগী নোংমা পানবদা চৈরাও-নবগীদমক মণিপুর গেজেটতা ফোংহুনা ছুটি থারিবসি লানবা তারব্রা?

তোলেন—তাচৌবু ! ছুটি পিরিবা সরকারনা লাম্বদি ওইরমদবা য়াই, শজিবুগী নোংমা পান্বদা চৈরাওনবগী ছুটি পিবিয়ু হায়রুরিবা মৈতৈ মরুপ কাংবু খরত্থনা লানবা ওইরমগনি।

চাওবা—মত্থদনিনে ঐনা য়ানিংদ্রিবসে তোলেন ! লান্দবা রাফম ওইবদগী ছুটি পিরক্লিবনি, অরান্বা ওইরগবু পিরক্কদরা ?

য়াইমা—ঙাইখো তোলেন ! নংনা শজিবুগী নোংমা পান্বদা চৈরাওবা লাল্লি হায়রিবা অসিবু কদায়দা লাল্লিবনো ? ছুটি পিরিবা মণিপুর সরকারস্থ লাম্লোইদ্রা ?

তোলেন—তায়াই, শজিবুগী নোংমা পান্বদা চৈরাওবগী মরমদা লাল্লিবা অসি মরম য়াম্না য়াম্মি মথং মথং হায়জরক্কে তাবিয়ু।

(১) অহান্বদা, মণিপুর মৈতৈ ঐখোয়গী ইপানাৎ ইপুনাৎ নত্তে। থাইনগী ইপা-ইপুশিংনা চৎনরমদে, তায়াইস্থ তাচৌস্থ খংবীরিবত্থনি। শজিবুগী নোংমা পান্বদা চৈরাওবা হৌদোক-লকখিবা অসি চহি কুইদরী, হৌজিক্কগী চহি ১০ মুক্কী মমাং অত্থরাইদগী ওইরম্বা য়াই। তশেংনা ছুটি পীখিবদি হৌজিক্কগী চহি ৪ রোমদমক ঙাইরি। মরম অসিনা ইপানাৎ ইপুনাৎ নত্তে।

(২) অনিস্থবদা, মৈতৈ লাইনিং চৎপা মৈতৈ মরুপ কাংবু খরনা নোংমা পান্বদা চৈরাওবা লাল্লি হায়ত্থনা লৈবাক্কী ওইবা চড়ক পূজাদা লাওই। মখোয় মশেন মক্তা মান্নদবা অসিনা লাল্লি হায়বা অচৌবা খুদমনি।

(৩) অত্থমদা, চহি কুমজা অমা হায়বদি নুমিৎ ৩৬৫ গা পুং ৬ না চহি অমনি। চহি অমা মপুংফাবা নুমিৎ অত্থদা তৌরিবা থৌরমবু চৈরাওবা কৌই। শজিবুগী নোংমা পান্বদগী

মথংগী শজিবু নোংমা পান্নদা ৩৫৪ দগী হেন্দে চহি ফাগৎবা নুমিৎ ১১ নি ৱাংলি। নুমিৎ শুদনা চহি শাবদি ইপা-ইপুশিংনা চৎনরমদে ইপানাং ইপুনাং নত্তে।

(৪) মরিদা, চৈরাওবা হায়বদি চহি কুমজা অমগী অরোইবা নুমিৎ অত্তুবুনি। নুমিৎ অত্তুদা চৈরাওবগী থৌরম তৌবা থাইনদগী চৎনরকখি, হৌজিকসু চৎনরিবসিনি। মথংগী নুমিত্তা চহি হৌবা চৎনরকখিবনা হৌজিকসু চৎনরিবসিনী ইংলিস-কীসু ডিসেম্বরগী তারিক অরোইবা ফাওবা খ্রীষ্টমাস-ডে ( বড়দিন ) গী থৌরম লোইশিল্লগা, মথংগী নুমিৎ জানুয়ারীগী তারিক ১ দা নিউ ইয়ার্স-ডে চহি হৌবা তৌরিবসিনি। মরম অসিনা চহি হৌবদা চৈরাওবদি লাল্লি। মৈতৈ মরুপনা নুমিৎ শুদ্রগসু ঐখোয়গীদি শজিবুগী নোংমা পান্নদা চহি হৌগনি হায়রগদি লমতাগী থাশিদা চহি লোইরে হায়না খন্দুনা লমতা থাশিদা চৈরাওফম থোকই। অত্তু নত্তুনা চহি হৌবদা চৈরাওরিবা অসিসু লাল্লবনি।

য়াইমা— অত্তুদি তোলেন ! শজিবুগী নোংমা পান্নদা চৈরাওনবগী ছুটি পিরিবা মণিপুর সরকার অসিসু লানবা তারবরা ?

তোলেন - তায়াই ৱাফম অত্তুমদি তায়াইনা অত্তুম ৱাখল খন্থবীরো। লাল্লি হায়না লৌবীগেরা, লান্দে হায়না লৌবীগেরা ৱাখল তৌরগা লেপ্পীরো। ননাওগী মোত্তদি হন্দক ছুটি পিখিবা অসি সরকারগী মীওই খরদংনা ইচম চম্বা মোত্তা ছুটি পিয়ু হায়রক্লিবনিনা পিবনা চুমগদবা মাল্লে খন্দুনা লানব্রা চুমব্রা হায়বত্তুদি য়াম্না মুন্না খন্থহৌদনা ইচম চম্না হেক্তা পিখিবা ওইরমগদ্রা খঞ্জে।

তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা ধর্ম্ম কর্ম্মগী মরমদা তৌবা য়াবা য়াদবা, মাংবা শেংবা, ফবা ফত্তবা মীচং মীখাই নাইবগী মওং

সরকারগী ওইনদি লৈরমলোইদ্রা হৈঙে। অতুগা লৈগোব শাসন-পূবীরিবা সরকারগী ওফিসার অগম্বশিং পুম্নমক্না ধর্ম্ম কর্ম্মগী মরমদা তৌবা য়াবা য়াদবগী মরমদা য়াম্না কুপ্না খংলমগদবা মান্দে। মরম অসিনা খংদবদগী ইচম চম্না ছুটি পিখিবা ওইরমগনি।

তাবিয়ু তায়ায় মণিপুর মৈতৈ ঐখোয়গী ধর্ম্ম কর্ম্মগী লাই-তিনগী থৌরমদা ফবা ফত্তবা, য়াবা য়াদবা, মাংবা শেংবন-চিংবগী মরমদা ৱায়েন বিচার তৌরিবদি— শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ টেম্পল বোর্ড, ব্রহ্ম সভা, ১ দি সনাকোন্নুংগী পণ্ডিত লোইশংগী পণ্ডিত মখোয়শিং অসিনা পুরিবনি। হন্দক নোংমা পান্না চৈরাওবগী ছুটি পিখিবসি হায়রিবা সনাকোন্নুংগী থৌপুরিবা সংস্থানশিং অসিগী অয়াবা লৌখিদে। সরকারগী মীওই ছুটি পিগদৌরিবা অতুনসু সনাকোন্নুংগী শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী টেম্পল বোর্ড, ব্রহ্ম সভা, লোইশংগী পণ্ডিতশিংদা হংলমদনা হেক্তা পিখিবা ওইরমগনি।

চাওবা—সনাকোন্নুংদি খংহন্দ্রবসু য়ারে হায়তুনা খংহন্দবা ওইরমগনি। মণিপুর সরকারনা য়াতুনা ছুটি থাতুনা চৈরাওরক্লিবসি কোন্নুংগী মীওইসু, লোইশংগী পণ্ডিতশিংসু, ব্রহ্মসভাসু লোইনা তারিবা খংলিবনি। মসিদা মখোয়না য়াই-য়াদে, লাল্লি-চুম্মি হায়বা ৱা অমত্তা ঙসি ফাওবা হায়রক্লিবসি সরকারনা য়াবদা মখোয়সু য়াওরবনি।

য়াইমা—তাচৌনা হায়রিবতু অচুম্বদি ওইরম্বা য়াই। মসিদা লৈবাক মীয়াম্না ঙাংনবদি সনাকোন্নুংগী থৌ পুরিবা ব্রহ্মসভা, টেম্পল বোর্ড, লোইশংগী পণ্ডিত, মখোয়শিং অসিগী মফমদা য়াম্না পেন্নদে। ধর্ম্ম কর্ম্মগী লুচিংবীরিবা মখোয়না অচুম অরান করিমতা য়েংশিন্বীদে হায়তুনা ৱারৌনবা য়াম্না য়াওই। প্রজাগী কমপ্লেন্ট লাক্কদববু মাল্লি।

চাওবা—কনানা কনাদা করি কমপ্লেন্ট লাক্কদৌরিবা? লাক্লুনবু করি তৌরগদৌরিবা সরকারনা য়াদ্রুনা ছুটি পিদ্রুনা। হি খুদিংগী নোংমা পান্নদা চৈরাওবা মীশিং হেনগৎলক্লিবসিনি। চহি খরগী মতুংদদি লোইনা নোংমা পান্নদা লাওরক্লগদবনি।

য়াইমা—তাচৌ, রাফম অদুদি রাংলি, ননাওনা খঞ্জবদা স্নুকওইবু ওইররোই নিংই। মরমদি—তাচৌখোয়গী লাইনিং লিচৎ অসি মরু লৈতবা খাংতপ্তগী হৌবা তশেংবনি হায়বা খংলে। ইপানাৎ ইপুনাৎ নক্তে, অনৌবা শেমগৎ শাগৎপনি হায়বস্তু খংলে। তাচৌ ননাওগী পুক্লিংনা নহালমখৈদি পোল্লেপফম খংদনা লৈরম্মী হৌজিক খংলে। নহালমখৈদি গৌর ধর্ম্মনবু ফগদরা? মৈতৈ লাইনিংনবু ফগদরা? লাইনিং অনি অসি কনান চুম্লিগবা? তং তাবা অচুম্বা অদুমা খংদ্রিবমখৈ অসুম অমস্তু য়াওখিরোই খন্দুনা লৈজরকপনি। অদুবু ওসিদি অচুম অরান চপ চানা খংলে।

তাচৌ ননাওগী রাসি তৌরগা শাওনিংবা য়াই, অদুবু শাওরবস্তু কোন্ন শাওবিয়ু, অহান্নবা মানা হায়রিবসি চুমব্রা লানব্রা হায়বদু তিন য়োথদুনা খন্নদুনা য়েংবিয়ু।

হৌজিক্কী মৈতৈ মরুপ্পা চৎলিবা লাইনিং লিচৎ অসি মরু অমথক্তদগী হৌরকপা ওইরবদি মোত মান্নদবা ময়াম অমা লৈরিবসি লৈরমলোইদবনি। খাংতপ্তগী মানা মানা খব্রা রাখন্দগী শেমগৎ শাগৎনরকপা ওইবনা মোত মান্নদবনি।

চহি খুদিংগী শজিবুগী নোংমা পান্নদা চৈরাওরিবা অসিস্তু থাইনগী ইপা-ইপুশিংনা তৌরক্তে হন্দক্তা মীওই খরদংনা হৌদোকপনি ইপানাৎ ইপুনাৎ নক্তে হায়বা অসিস্তু চুম্নবা রাফমনি। খন্দুনা য়েংবীয়ু তাচৌ মৈতৈ লাইনিং চৎপা মী,

মখৈ শক্তিবুগী নোংমা পাম্বদা চৈরাওগদবনি হায়বা অরেপ্পা নিয়ম অমা লৈতে। নিয়ম অদু লৈতবনা মৈতৈ লাইনিং চৎলগস্থ নোংমা পান্নদা চৈরাওবা য়াওদবা মী কয়া অমা লৈরিবসিনি।

চাওবা – চৈরাওবগীদমকপু অত্তুক য়াম্না কুপ্না থিগৎলুবগী কান্নবা লৈতে, মানা মানা পাম্বদা লাওসন্নু। নংস্থ নংনা পাম্বদা অত্তুম য়াও কনানস্থ থিংবা য়ারোই। পাঙনগী চৈরাওবদা য়াওগে য়াওসন্নু, মৈতৈ চৈরাওবা য়াওগে য়াওসন্নু, ময়াং চৈরাওবা য়াওগে, য়াওসন্নু, খৃষ্টানগী বড়দিন য়াওগে য়াওসন্নু, মী মীগী অপাম্বদা থিংবা য়ারোই।

তোলেন—তাচৌবু, চৈরাওবা হায়রিবসি করিনো হায়বদু তাচৌনা ভাব তাবিদরে, ননাওগী রাসি তাবিয়ু। ভারতকী মনুংদা তৌবিবা চড়ক পুজা, লোইননা মণিপুরদস্থ মৈতৈ ইপা-ইপুশিংনা চৎ-নরম্লিবা চড়ক পূজাদা চৈরাওবা, হায়রিবা নুমিৎ অসিদা তৌরিবা থৌরম অসি ধর্ম্ম অমখক্তগী নত্তে, জাতি খরদংগী নত্তে পৃথিবীদা লৈরিবা জীব খুদিংমক্না তৌফম থোকপনি। মরমদি তাইবংপান্নদা নুমিৎ, থানা চৎপগী ঋতু খোংচত্তা চহি কুমজা অমা লোইবা নুমিৎ অদু চড়ক পুজা চৈরাওবা নুমিৎ অসিনি। অকাশদা থোক্লিবা নুমিৎ, থা, থরানমীচাক, গ্রহ পুম্নমক অসি পৃথিবীদা লৈরিবা জীব পুম্নমক্কী ওইবগুম্না, নুমিৎ, থানা চৎলিবা ঋতুগী খোংচৎ মতুং ইন্না অঙৈং-অশা থাইরিবা, থাশি-পুর্ণিমা নাইরিবা, চহি কুমজা অমা লোইবা, হৌবা নাইরিবা অসি পৃথিবীদা লৈরিবা লেংঙি পাল্লিবা পুম্নমক্কীনি। হায়বদি তাইবংদা লৈরিবা মী, লাই, শা, উচেক,

তিল, কাং ককচেং, ঈশিংদা লৈবা জীব, কংফান্দা লৈবা, লিন হঙোই, তুমিৎনচিংবা অচৌ-অপিক, পৃথিবীদা হৌবা উপাল রাপাল, উরী রারী মনা মশিং নাপীনচিংবা মিৎনা হেক উরিবা অচৎপা-চত্তবা পুম্নমক্কী ওইবা নুমিৎ-থানি। নুমিৎ থানা চৎলিবা ঋতুগী খোংচৎসু পুম্নমক অসিগীনি, ঋতুগী মতুং ইন্না কুম হৌবা লোইবসু পুম্নমক অসিগীনি।

মরম অসিনা হন্দক্কী চড়ক পূজাগী চৈরাওবা অসি নুমিৎ থানা চৎপা ঋতুগী খোংচৎ মতুংইন্না চহি কুম অমা লোইবা নুমিৎ অদুনি। অদুনা নুমিৎ অসিগী থৌরম পালন তৌবা মসি জাতি খুদিংমক্তা ধর্ম্ম খুদিংমক্তা তৌফম থোকপনি। মসি খংবদগী ইপা ইপুশিংনসু চৎনরম্নবা, তাইবংপান্বগী ওইনসু তৌফম থোক্লবা, চড়ক পুজাগী চৈরাওবা ইপানাৎ ইপুনাৎ তোকথোক্তনা নুমিৎসু সুদনা অনৌবা অমা হৌদোবপা অদুদা তুং ইল্লকদবা মীদি খর তাংনা থোক্কনি। অশিংবা মীনদি তাচৌখোয়গী তুং ইল্লকলোই।

চাওবা—তোলেন, মতুনা অচুম্বা শকপা য়ারোই। চড়ক পূজা য়াওদবা খৃষ্টানশিং অসি অপংবা তারব্রা? খৃষ্টগী চহি হৌবা-লোইবা তৌরিবা অসি লানবা তারব্রা?

তোলেন—তাচৌ, খৃষ্টগী চহি লোইবা-হৌবা তৌরিবা অদু লান্দে। অদুম ওইনমক মতুনা চৈরাওবদি নত্তে হায়বা য়াই; মবমদি তাইবংপান্নগী ঋতুগী খোংচৎতা চহি কুমজা অমগী অরোইবা নুমিৎ অদু নত্তে। খৃষ্টমাস-ডে (বড়দিন)গী অরোইবা তারীক ৩১ গী নুমিৎ অসি যিষু খৃষ্টগী চহি অমা মপুং ফাবা নুমিৎনি; জগৎকী চহি লোইবা নত্তে। অদুনা বড়দিন তৌরিবা অসি চৈরাওবা নত্তে খৃষ্টগী মপোক কুমওন পালন তৌজবনি।

বুদ্ধাব্দা কৌবা শককী চহি খুদিংগী কালেনগী পুর্ণিমাদা হায়রুনা তৌরিবা থৌরম কুম্মে অদু চৈরাওবা নত্তে। দ্ববুপুর্ণিমা বুদ্ধদেবগী মপোক কুমওন পালন তৌবনি।

চৈতন্যাব্দা, কৌবা শক্কী চহি খুদিংগী লমতাগী পুর্ণিমাদা গৌর পুর্ণিমা হায়রুনা য়াওশংগী কুম্মে তৌরিবসি চৈরাওবা নত্তে। গৌরাঙ্গগী মপোক কুমওনগী পালন তৌজবনি। মথক্তা হায়গ্রীবা থৌরমশিং অসি জগৎ তাইবংপান্গী চহি লোইবা অমদি হৌবা নত্তে। মী মী অদুগী চহিগী কুমওন পালন তৌজবনি। তশেংনা হায়রবদা চহি খুদিংগী ওক্টোবর-গী তাং ২ দা গান্ধী জয়ন্তী হায়রুনা মহাত্মা গান্ধীগী মপোক নুমিৎ পালন তৌরিবা অসিগুম্বমক্নি।

য়াইমা—ভাইখো তোলেন, মরকসিদা য়া অমা হংগে। চড়ক পূজা তৌরিবা, চৈরাওরিবা, শকাব্দঃ হায়বা শক অসিদি করম্বা লাইগী নত্রগা করম্বা মীগী মপোক্কী থিবা হৌখিবনো ?

তোলেন—তায়াই, শকাব্দঃগী চহি থিবা হৌখিবসি কনাগুম্বা লাইগী কনাগুম্বা মী অমগী মপোক্কী থিবা হৌখি হায়বা লাইরিক্তা লৈতে। মসিগী তশেংবদি রবি গ্রহনা রাশি ১২ দা চৎপদা নুমিৎ ৩৬৫ গা পুং ৬ চংই। রাশি ১২ হায়বদি থা ১২ বুনি রবি গ্রহনা হায়বদি ঐখোয়না উরিবা অতিয়াদা থোক্লিবা নুমিৎ কৌবা গ্রহ অসিনা রাশি অমদা লৈবা মতমদু থা ১নি। অস্নুম্না রবি গ্রহনা রাশি ১২ দা "থা ১২" দা চৎপগী মতম নুমিৎ ৩৬৫ $\frac{1}{4}$ নিগী মনুংদা তাইবংপানবগী অঙৈং-অশা, নোংঙ্গু নুংশা, কুম্বী-কালেন, নিংথম - ওলাংথানচিংবা ঋতুশিং

লৈরিবসিনি। রবি গ্রহনা রাশি ১২ দা লৈরকপগী অরোইবা নুমিৎ, থা ১২ না মপুং ফারবা নুমিৎ, চহি কুমজা অমগী অরোইবা নুমিৎ, হয়েংদগীদি রবি গ্রহনা অহৌবা রাশিদা চংশ্রগদবা ওসিগী নুমিৎ অসিনি চহি লোইবগী চড়ক পূজা চৈরাওবগী থৌরম তৌনরিবসি। মসি তাইবংপান্নগী নুমিৎ থানা চৎপা ঋতুগী খোংচৎ মতুংইন্না চহি লোইবা নুমিৎনি। কনাগী মপোক কুমওন পালন তৌবা নত্তে।

হায়রিবা কুমচং অসি পুথোকখিবদি—শক জাতীগী নিংথৌ শালিবাহন কৌবনা পুথোকখি হায়বা লৈ। কনা কনা-গুম্বনা শালিবাহনগী মিং অমনা কনিস্ক হায়নসু লাইরিক্তা লৈ। অদুনা শক জাতীনা হৌদোকপা কুম ওইবনা শকর্কা কুম=“শকাব্দাঃ” হায়না চৎনরকখি। শকাব্দাঃ হৌখিবসি খৃষ্টগী চহি ৭৮ দা হৌখি, কুমশি ইং ১৯৯৫ দা শকাব্দা ১৯১৭ শুরে।

মরম অসিনা তায়াই, ননাওনা হাজনিংই। চড়ক পূজাগী চৈরাওবা অসি পৃথিবীদা লৈরিবা জীব পুম্নমক তৌফম থোকই। মরমদি নুমিৎ থানা চৎপগী মতুংইন্না চহি কুমজা অমা লোইবা—অমা হৌবা নাইরিবসি জাতী খরদগী নত্তে। নুমিৎ থা জগৎ পুম্নমক্কীনি, মতমগী খোংচৎ জগৎ পুম্নমক্কীনি।

রাইমা—অচুম্বমক্কি তোলেন, ইয়াম্বা ভাব তারে! তাচৌ, তোলেন্না হায়রিবা অসি য়ানিংদবরনে? নহালখৈ ননাওনা খঞ্জরম্মি—তাচৌগী তুংবু ইনশিরা? তোলেনগী রাবু লৌশিরা, ভাব তারমদে। অতুবু ওসিদি ভাব তারে। তোলেনগী রাসি য়াম্না চুম্লে করিমতা খেৎতোকনিংঙাই লৈতে। তাচৌখোয়গী

অনৌবা শেমগৎপা লাইনিং অদু য়াওজরোই, মদুমক্তা ওই-গদবসু মান্দ্রে। অদুগা তাচৌ রাখন্দি তৌবিয়ু ইপা-ইপুনা হায়নবা পাওরৌদা নিংথৌ শেম্বা য়াওফদে নিংথৌ কনবা য়াওগদবনি হায়বা কাওবীগন্নু। অদুনা ননাওগী রাখন্দদি অনৌবা লাইনিং শেমগৎপগী মহুত্তা হান্নগী ইপা-ইপুশিংগী লাইনিংসি ভাকপনা ফগনি খল্লরে।

চাওবা—য়াইমা, তোলেন—নখোয় অনি ঐগী রাসি অমুক তাও। হৌজিক চৎনরিবা গৌরধর্ম্ম অসি পামহৈবা নিংথৌগী মথক্তা লৈরম্না ইপা-ইপুশিং অদুগী ইপানাৎ ইপুনাৎ ওইরমলবরা ?

য়াইমা—তাচৌ, মতম অদুদা গৌরধর্ম্মসি ইপানাৎ ইপুনাৎ ওইরমদে।

চাওবা—তো! অদুনি, নখোয়না হায়রিবা থাইনগী অরিবা ইপা-ইপু-শিংনা চৎলমদবা গৌরধর্ম্মবু হৌজিক্তি ইপানাৎ ইপুনাৎনি হায়রেদনা? ফরে মদু হায়জরো, মরমদি ইপা-ইপু পুরোন খরনা মতম খর চৎনরম্লবনিনা ইপানাৎ ইপুনাৎ ওইহনবদু ঐসু য়ারে। হৌজিক অমুক মৈতৈ লাইনিং লিচৎ অসিনা ইপানাৎ ইপুনাৎ ওইগদৌরবনি। ময়াংগী লাই লাৎপা তোক্লগদবনি, মীগী মরোম্না লাইশোন তিনশোন তৌবা তোক্লগদবনি, ইরমদমগী লাই, লাইনিংথৌ সনামহি, ইবুধৌ পাখংবা, ঐগী ঐগী য়েক সলাইগী ইপা-ইপু পোকপা ইরমদমগী উমং-লাইনচিংববু ইরাৎ থৌনিদা ইয়েক্লা ইরোম্না লাইনিং লাইশোন তৌরগদবনি। মীগী মরোল তাংলরোইদবনি। মতম অদুদা ঐখোয়না হৌজিক লাইনি চৎলিবাং লিচৎ অসিনা ইপানাৎ ইপুনাৎ ওইব্রেদনা ?

তোলেন—হোয় তাচৌ। তাচৌনা হায়রিবা অদোমদা ময়াম চপ

মান্নবা ওন্নবদি ইপানাৎ ইপুনাৎ অহুম ওইরগনি। ময়াম্বক নত্রবস্তু ১০০ গী মন্নুংদা ৯০ না হেক মান্নখিবদা লেমহৌ-রিবা ১০ দুদি অঙাওবা অরানবা তাজহৌরগদবনি। লুরিবদি পূনশিন্নবা য়ারোইদৌরিবসিনি।

চাওবা –করিগী পূনশিন্নবা য়ারোইদৌরিবা ?

তোলেন—য়ারোইদৌবগী মরমদি—বামোন মখুৎ চাদবা মীদা চাদবা য়াদে চাও হায়রুবস্তু য়ারোইদো। অচাবদা চারুস্তু হায়দুনা থিংঙ্বস্তু য়ারোইদো। মসিদবু অনিদু করম্না পূনশিন্নগনি। অদুগা নোংমা পান্নদা চৈরাওরিবা কাংবুদা নখোয়গিদু লাল্লি তৌরুস্তু হায়না থিংঙ্বস্তু য়ারোইদো। লৈবাক্কী চৈরাওবদা লাওরিবা কাংবুদা নোংমা পান্নদা লাওমিন্নরসি হায়দুনা হৌরুবস্তু য়ারকলোইদো। অস্তুম্না মৈতৈ লাইনিং চৎপা মশেলমক্তা মোত মান্নদনা লৈরি। মোত তিন্নদ্রিবা অসি মোত অমথক্তদা চুংশিন্নদ্রিবা মখৈদি কৈদৌন্নুংদা ওইবা য়াখিরোই।

য়াইমা—তোলেননা হায়রিবা ৱাসি অচুম্বমক্নি তাচৌ—হৌজিক্কী মৈতৈ লাইনিং অসিদা মৈতৈ মচা লোইনমক পূনশিল্লকপগী ৱাদি থমখো, তংখায় ফাওবা য়ৌবা শুকওম ওমলোয় হায়জনিংই। মসিদা ঐনা খঞ্জবা অমদি লৈ, মহুদি—হান্নগী ইপা-ইপুশিংনা চৎনরম্লিবা গৌরধর্ম্ম, অসিগী মথক্তা মতমগী য়াওন মতুংইন্ন অমুকহেন্না ফগৎকদবা মওং হাপচিন্দুনা শেমগৎপা অসিদি ফগনি খল্লি। হায়বদি—লাইনিং লাইশোন্দা ইরোন্না তৌজ-বনচিংবা তৌদুনা ফজবা খুৎলোইবা পুখৎপা পাম্মি।

তোলেন—মতমগী য়াওন্দি তায়াই. লেপ্প লৈতনা ওন্দূনা লাকখি, হৌজিকস্তু ওল্লক্লিবা অসিনি মতুংদস্তু ওল্লকখিগনি। মহৌশা ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা চৎনরম্বা গৌরধর্ম্মগী মওংগা হৌজিক্কী অসিগদি য়াম্না খেন্নরে। মহৌশা নট সঙ্কীর্ত্তণ ঈশৈদা মৈতৈলোল শকপা য়ারমদে, অদুবু হৌজিক্তি অয়াম্বনা মৈতৈলোন্না শকপা শোন্বা চৎনরক্লিবসিনি। চহি খরগী মতুংদদি লাইনিং লাইশোন অমদি ঈশৈগী শকপা শোন্বা পুম্নমক অসি মৈতৈলোন্দা লোইনা তৌনরক্ল নি। লাই খুরুম্বা, আজা পূজানচিংবা পুম্নমকস্তু মৈতৈলোল ঙাক্তা তৌনরক্লগনি।. হৌজিকস্তু মণিপুরগী অখং অহৈ ওঝাশিংনা লাইনিং লাইশোন অসি বেঙ্গলী সংস্কৃতীদগী মৈতৈলোন্দা ওনশিন্দুনা তৌননবা য়াম্না কন্না শেম্বা হোৎননরি। অদুনা পংকুই কুইররোই মতম খরগী মতুংদা খুরুম-থাকুম্বা, আজা পূজা, শকপা শোন্বনচিংবা অসি মৈতৈলোন্দা ঙাক্তা তৌরক্লগনি।

অদুনা ইপা-ইপুশিংনা চৎনরম্লবা গৌরধর্ম্ম মুৎলরোই। মতমগী য়াওন মতুংইন্না অনৌ অনৌবা মওংগী অফবা হাপচিন্দূনা চাওখৎপা থাক রাংবদি হেনগৎলকখিবা য়াই, গৌরধর্ম্মনা মুৎপদি মুৎলরোই। মরম অসিনা ইপা-ইপুশিংনা চৎনরম্লবা গৌরধর্ম্ম ইপানাৎ ইপুনাৎ থাদোকচররোই।

চাওবা—নুংঙাই নুংঙাই ! নচিন-ননাওগী মংগী দলান কয়া রাংনা শাগৎশিবা। থাক খর রাংমল্লি মিকপ থোক্লিঙৈদা নিংথায়রকপদি শোইরোই। গৌরধর্ম্মবু ইপা-ইপুনাৎনি হায়দুনা কোনশিনলিবা অদু কয়া কুইনা কোন্না ঙমগদৌরিবা ? গৌরধর্ম্মদি মুৎকদবা

খজিক্কা ঙাইরে হায়বদি খংদবা শারি। হৌজিক মণিপুরগী য়ুম খুদিংমক ইমুংহুগী মীয়ামদগী অহল ওইবা মমা নত্রগা মপা অনিহু নত্তনা অতৈদি গৌরিয়া তৌত্রবনি। অহল ওইরিবহু হেক লৈখিদবদা ইমুংহু পুমথা থারগদবনি। অহুগী মথক্তা ইমুংহুপ্না মৈতৈ লাইনিং চংপা কয়া অমা লৈরিবসি খংলেদনা ?

অহুনা হৌজিক হৌজিক মৈতৈ লাইনিং চংপা অসি চামদা ৭৫ দি ওইরবনি। অহুনা পুন্না ওইগদবা অসি পংকুই কুইরবোই। চহি ২/৩ গী মতুংদদি মণিপুরদা গৌরিয়া অসি পুংমূৎ মুংলবা য়ানা লৈরবনি। মরমদি হৌজিক ইমুং অনদা অহল অমমমগুম্দা মঙাইরে গৌরিয়াদা য়াম্নরিবা। গৌরধর্ম্ম মুৎথ্রবদি গৌরধর্ম্মনা ইপানাং ইপুনাং ওইবা য়াখিগদরা ?

য়াইমা—মুৎথ্রগদি ওইথ্রেদনা তাচৌ! হৌজিকমক্তি গৌরধর্ম্ম অসি মৈতৈ এখোয়গী ইনাং ওইরিদনা। ইপানাং ইপুনাং চাক-চবিবা এখোয়দা অনৌবা অমা হোংসি হায়না হৌবিরক্কন্তু, মান মান পামজবা চৎপদা অপন্বা পিনগন্নুসি। তাচৌগী অপাম্বহু চৎপিয়ু করিমতা থিংজরোই য়েৎচরোই।

চাওবা—হোয়দা-হোয়দা। অহুবুদি খোঙলগা খংগদবা লৈরেদা। গৌর-ধর্ম্মনা ইনাং শারিবদো কয়া কুইনা শাবগে য়েংসি, কুচু মুই হায়হুনা ক্বাক্বা কোকিন শাবা কুইবা য়াদবনি, খোংত্রিমখৈ কোকিন শারম্বা য়াই, কোকিন শারিবা ক্বাক্তো খোংগদবা কুইত্রবনি মসিমদি কাওগন্নু। ইয়াম্বমু নখোয়গী অপাম্বদা করিমত্তা য়েংলোই, কোকিন শাগে শাও, ঙান্নু শাগে শারো, কাঙা শাগে শারো। মতম য়ৌরম্বা খোংদবদি য়ারোই

শোইদনা খোংলক্কদবা লৈরে। খোংলকপা ঙাইদুনা লৈরগে ইয়াম্বদি নখোয় অনীগা ঐগা ঙাংনরুবগী কাম্নদরে, নথৌ নথৌ তৌরুরো অমুক হন্না ঙাংনরগন্নুসি।

য়াইমা—হোয় তাচৌ—ঙসিগী ওইনদি অম্বাইদা অস্থম তৌরুসি। মতুংদা অমুক ঙাংনখিসি হায়রবস্থু য়াজে।

অহানবা পন্দুপ লোইরবা

# অরানবা চুমথোকপা

| | লমাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|---|
| ১ । | ২ | ১ | ঙমদনা | ঙমদবা |
| ২ । | ২ | ৯ | মীওবনা | মীওইবনা |
| ৩ । | ৩ | ১২ | স্বনুষ্ঠিতাৎ | স্বনুষ্ঠীতাৎ |
| ৪ । | ৬ | ৪ | তোঙ্গোলদা | তেঙ্গোলদা |
| ৫ । | ৫ | ৭ | থাদোক্তনা | থাদোক্তুনা |
| ৬ । | ১০ | ২ | নশা-নশান | নশা-ইশান |
| ৭ । | ১৬ | ১ | নিংথৌ | নিংথৌনা |
| ৮ । | ১৬ | ২ | নিংথৌনা | নিংথৌ |
| ৯ । | ২৬ | ২৫ দা | ময়েক মুৎপা | |
| ১০ । | ২৭ | ২৫ | বৎখিবা | কৎখিবা |
| ১১ । | ৩০ | ১২ | লংজরিব | লাংজরিবা |
| ১২ । | ৩২ | ২৩ | অহুক | অহুম |
| ১৩ । | ৩৪ | ২৫ | হায়বদী | হায়রবদি |
| ১৪ । | ৩৫ | ২৩ | চা | ঙা |
| ১৫ । | ৩৬ | ১০ | চাদে | চাবা য়াদে |
| ১৬ । | ৪৪ | | ভাগবদগী | ভার্গবদগী |
| ১৭ । | ৪৯ | ২২ | দাতবং | দাতব্যং |
| ১৮ । | ৫১ | ১ | রাথনমী | রাধনমী |
| ১৯ । | ৫১ | ২ | লভ্ভে | লভতে |
| ২০ । | ৫৫ | ৯ | থোক্কো | থোক্কে |
| ২১ । | ৫৫ | ১০ | য়েংবদা শনিনা | শনিনা য়েংবদা |
| ২২ । | ৭৩ | ১১ | শদোং | শাদোং |
| ২৩ । | ৮৫ | ৯ | খংতপ্তগী | খাংতপ্তগী |
| ২৪ । | ৮১ | ৩ | হরী | হারী |
| ২৫ । | ৯৪ | ৭ | চডক | চড়ক |
| ২৬ । | ৯৫ | ২ | দ্ববুপুনিমা | বুদ্ধপুর্নিমা |
| ২৭ । | ৯৭ | ২২ | লাইনি চৎলিবাং | লাইনিং চৎলিবা |
| ২৮ । | ৯৯ | ৮ | তৌনরক্লনি | তৌনরক্লগনি |
| ২৯ । | ১০০ | ১০ | মুলবা | মুৎলবা |

## অইবগী ফোংঙ্গ্রবা লাইরিকশিং

১। মতমগী য়াওন, মৈতৈ লাইনিং লিচৎ—ইং ১৯৯২

২। মৈতৈ চৈরাওবগী মুমিৎ—ইং ১৯৯৪

৩। মণিপুর থিবা অমসুং তাকপা—ইং ১৯৯৪

৪। মৈতৈ ইপানাৎ-ইপুনাৎ অহানবা—ইং ১৯৯৫

শোয়দনা ফোংজরগদবা লাইরিক:

মৈতৈ ইপানাৎ-ইপুনাৎ ২ শুবা।

(মতম খরদং ঙাইবিয়ু)